# লৈগী য়েন্দাই



বি-শর্ম্মা

M U LIBRARY
Data Entered

BY

লৈগী য়েন্দাইঃ

লাইবিক অসি অইবা অমগী লাইবিক অনি পুন্‌সিন্‌দুনা খোমজিন্‌বা ওইনা পুথোকচবনি। খোমজিনদুনা পুথোকচবিবনা বি-শর্ম্মা।


47058
20/1/09
02, 3SHA
P8;9

| | |
|---|---|
| অহানবা ফোংবা | ২০০৮ |
| লাইবিক্ মসিং | ২০০ |
| ফোংজবি | লোখিযা |
| মমল্ | ৯৫/- |
| লমাই | (৬০+৮০)=১৮০ |
| লাইবিক ফংফম্ | লাইবিক দুকান্‌সিং |

নমকম থোইবিচা প্রেস ব্রাংজিং

## বাহৈ খরা

মনিপুরি সাহিত্য লৈকোলদা খোমজিলবা লাইবিক অমতং খুদোল্ তম্জনিংদুনা '*লৈগী যেন্দাই*' হাইনা মিংথোনবা লাইবিক অসি পুথোক্চবনি । ঙসিদি লমদম অসিদা লাইবিক লৈদুনা পাবিবা মীগী মসিং অসি অসুক্কী মতিক্ লিকখ্রে। মসিগী মবম কযা লৈগনি। অদুবু ঐনা হোৎনবিবা অসিগী খুদোংচাবা অমদি পাবিবিবশিংনা ফংবিগনি। লাইবিক অমদা অনিগী নুংঙাইবা অমদি কান্নবা খুদোংচাবদু মাংহনবিগনু। খবা অসিগীদক খোমজিনজবা ঐনা মযামগীদমক হোৎনজবনি ।

খোমজিনজবা

য়াওফম তাকপা

# অহানব সরুক

লমদমসি সুফম নোমফম মবাং কাইনা লৈজববসু, হেক থিজিল্লুববদি মতা চাব ইয়াও যাওবমদে। বিমল্ বিএ লোইসিল্লবনি তৌফম্ খংদদুন ঙাওচংনদুন লৈবে। মমা মপানদি মতোম্ত যাওজব মচানিন আসা চাওন তৌজবিবনি। মহে- মসিংদ মিকোক্ থোংব ওইবববুদি সবকাবগি থবক লৌবদ ইকোম- কোমব, মদুমকসু নংতবনিন সেনজাওসু পাইহৌদ অৱাবসি অদুমক্ মাইযোকনবি। সিফাই যাওবুনি হাইসু মচা মতোমতনিন যুম থাদোকপ হাইবদুসু নুংঙাইতব। ঙসিদি সিফাই যাওব ফাওবদ লুপা লিসিং কুন- কুনথ্রা চংনবে। মতমসিদ হিংব হাইবসি য়ামন লুবে। ৱাখল যামন থাক ৱাংলৱ হাইসু নংতব, অদুগ হিংবগি থাক্সি মপানথোংদদি যাম্ন চাওখংনবব, হাইবদি মেতবিয়েল ৱাবলদ লোমদনি। অদুন তোন্থন হিংবসু ইকাইব পোকলিব। ফবে, বিক্সো থৌদুন হিংব হাইবসিদ খৌখক চাব অমদি লৈবিব। চাওথোকলুবগি ৱাতসু নংতে বিএ লোইবে হাইদুন। মসি যাওনদবদি নংতে। মতাংসিদ মি- মিদুগি ফিবমগি মখা খবসু পোনব লৈ। হুমাং তাব থবক হাইবসিদ পাংগল থৌনাগি মখা যাম্ন পোল্লি।

ৱান সিন্নবব মতুংদ ইম্ফালগি মযাং দুকান্ অমদ বিমল ফি যোন্ব যাওবে । যুমদগি নুংতিগি চংপদদি ভবা কাইথোক্খ্রগা ইবেম্ লেম্হৌদ্রে। অনৌবনিন সেন্সু অমা চম্ঙাখক্ত ফংঙিব। অদুন লৈনব ঙাংনবে। হন্দকতি যান্নদুন মফমদুদ অদুম্ লৈবে। মতমসিদ লিসিং অমদি লেমজব ঙম্লে। মচানুপান লিসিংমা থাগি থাবক্ই হাইদুন নুংঙাইফম্ লৈতে। মখোইন পাম্লিবন মচাগি মতিক্ চাব থবক্ অমা ফংজবদুনি। হান্নগি মচিন্জাক অদুম চাজাব ইমুংনিন থাবকপ সেলদু সেদুল্ বেংক অমদ থা থাগি থম্জিন্জে। অসুম্ন

তৌবিবি হায়বসি বিমলদি খংদে।

য়াওসং মতমনিন ফিগি দুকান্সিং মি য়ামন চিল্লি। অসিগুম্ব মি চিন্ব মতমসি পোৎ য়োন্ব য়াওবিব মি অয়াম্ব, মপু খংহন্দন পোৎকি মমল্দ মখোইন সান্নদুন লনাই সেন তান্সিন্নৈ। মসিগি মওংসি নৎতব পোৎ অনি যোল্লগ অমগি মমল্ মপুদ পিসিন্ব অসুম্ন মখল্- মখা কযাদ নাক্তা সেল তান্সিল্লি। মসিগুম্বসি বিমলদি হৈনদে। মান ঙমলিব অদু ফাওবদি অচুমব তৌব্রি। মতৌসিদ মিযামন মাবু পংঙি হাইনৈ। অপংব অমসুং অঙাওব মসি কবিগুমবদ হেক্ পুন্সিল্লকপ যাওব্রি। মাগি পুক্চেলসি মপুনসু খংঙি। অদুন মাবু চান্বি, লোইনন খুদোংচব কযাসু পিবিবিবনি। ঙসিদি যাম্ থাজদন নুপি অমখক্ বিমলখোইগি দুকান্দ চংলকই। মহাক্ বিমলখোইগ কোলেজ অমখক্ত মহৈ তম্মিনবক্খিবিনি। মতমদু বিমল ইকাইখি। মদু লোৎসিন্নব কন্ন হোৎনজখি। মসি মসান থেংনবগ খংনগনি। উপাই ওইন,

- সন্ধ্যা,

- আই বিমল্ যাম্ থাজদন,

- থাজদব ঙাক্তনিদ।

খজিক্ মবৌলৈবদুদ, সন্ধ্যান, যাম্ ফবেনে, নংগ থেংনবমিনিন, মমল্ খব হোংন ফংলনিদন। অসুমন বিমলগি ইকাইবদু নথৈহন্খিনব হোৎনবক্ই,

- যাম্ নুংঙাই, নংগ থেংনবসে।

বিমল্ পুকনিংচংদ নোক্লক্ই। মতৌদু সন্ধ্যা খংখিব্র খংখিদবব খংদে। মনিপুবসি ফিজেৎ চাকচাদদি যাম্ ব্রাংন উহন্নৈ। ফিজেৎতদি নুপিদন খব হেল্লি। মসাগি নাৎকি ফিজেৎতি অমতসু সেৎনদ্রে। কবিগুম্ব ধবম কবমদ অদুক্ সেৎনব নৎতন। মসিদসু তসেংন য়ান্সিন্নব ফিজেৎন অযামব ওইনবে।

মিসি খ্বাইদগি ঙকপ জিব অমনি। ফিজেৎ হাইবসি অইং- অসাদগি ঙাকথোক্নব অমদি ইকাইব ঙাক্নবনি। ঙসিদি মিযেংসিদগি খব থৈদবকপ অমসু লৈবে। মতাংসিদ নুপিসিংদন মবুওই, মাংজব কযামসু লৈ। মসি মখোই খংলমবসু- খংলম্দবসু যাই। অদুগ মখোইগি পান্দম অমা লৈবমব যাই। পান্দমসি চুমলিব্র হাইন কুপন নৈনব অমা চংলি। লৈসাবিসিংন মযুম মকৈ পান্বদ কান্নব অমওইন নুপাসিংন পামবিনবগি মওং অমদ ফিজেৎসি যাম্ন নেকেৎ ওইসিল্লকপ, ফজব অমসু লু নান্ববু নেকেৎ ওইন লৌনবগুমব অমা লৈবসিদি চুমদে। মসিদ মাংজবিবসি কনানো, মসিদগি থোক্হন্নিংদব নুপা- নুপিগি থৌদোক কযা থোবকলি। মসি নুপি খুদিংমক্কি ব্রাদি নৎতে।

মৌ নহাসিংন তৌখৎলক্লিব অসিন কমদৌবনো হেন্ন ঙক্লি। মখোইগি পান্দম্সিন করিনো ? সন্ধ্যা অপাম্ব ফিরোল খর লৌরে। বিমল্সু মমল্দ খর য়েংবিরে। হবাও- হরাও সন্ধ্যাসু হন্খ্রে। মতুং তাবদ পোং য়োনবদু বিমল্ পুক্নিং ইচং- চংদে। মমান্ - মমান্নবনিন ইকাইখদু হৌজিকত মথি ফোংদোবকই খল্লু- খল্লুরগ, হিংবগি ইজৎকি য়াকম্ অমা লাক্ই, মতাংসিদনি হিংবগি ময়াইসি য়াংখৎলকইব।

অহিংসি তুম্থব যাদে, ঙসাই দুকান্দ সন্ধ্যা থেংনখিব মদুগী য়াখলদ। পুন্সিদ হিংবগি থাক্ মসিসু যাম্ন লুই। অমবোমদ মখোই কোলজ তমমিন্বকখি। বিমল্ন মহাক্পু পামজখি। মমান্নবদ য়াফমদু হাইহনখি। অদুবু সন্ধ্যান যানিংব উংখিদে। বিমল্দি কোলেজ কাবকপদ গাবি মচা তোংলক্তে। গারি মচা তোংবসি লেমনবিনি। হৌজিকতি মুবাইল ফোনসু হাপ্চিল্লক্লে। অদুবু বিমল্গি পাতক্ন ফজব সবান্, মাইথোং কবিগুমবদ কল্লকখিদব নৎতে। অদুবু অবুম অয়াংদুগি য়ানি। মযামসি নৈন ঙসিন অমুক মিগি দুকান যাওদুন লৈবিঙে থেংনবে। বিমল্ মদোম তুমিন খনজৈ, ঐগি পুন্সি খোংচৎসিদ কবিগুমব অমতসু চাওখৎপ ঙমদ্রি। কবিনো, কয়ামসুনি খল্লিব, য়াখল্সিদ বিমল্ উংদুন লৈখ্রে। মসি মিওইবৈ লোনচৎনি, নহা ওইবসিংদন অমুক্ হেল্লিবনি।

*****

৩ / শি অমসুং ৫

# অনিসুব সৱুক

ঙসিদি নোংমাইজিংনিন বিমল মসা খর কোমম্মি। অদুবু মুকান মপুন করি পাখোল্ অমুক্ সিরক্কদবনো হাইবসি খংদবগি ৱাংমদ লৈবি । মসিদ য়ামন সাওনিংলুবগি ৱাফমদি নংতে । গমলাগি লৈসিংদু ইসিং চাইদুন লৈ । মতাংসিদ ইমুংদগি মাবু কৌবকপ তাই । মখুৎত মুবাইল ফোন অমা পাইদুন চেনখোরকই,মপুগি মচানুপিদু মসা য়ামন খেংঙি,

- দাদা নংগি ফোন্

বিমল লৌদুন কনানো হংঙি । মপুগি মচানুপিসি বিমলবু নুংসিগুম পামগুম ইতৌ তৌৱি। বিমল্ পাওদু খংলবদ ফোন্দু অমুক পিখি । খিগংতুনা বিমলদ ওনসিল্লকই।

- কনানো দাদা ?
- পাবুংনি ।
- কবি হাইবকইনো ?
- হৌজিকপু য়ুমদ লাকতব য়াদে,সিনি ।
- এ কৈদৌবজাৎনো, ঐদি দাদাগ গোবিন্দজি খুবমলুসি হাইগে তৌরম্লি,অদুবু ফবে।

ৱাহৈদুদ বিমল নোক্ই । চৎলুবনু হাইবিবো হাইদুন ওন্সিন্লকই । ক্রিসন মদুগি পাওখুম পিবকতে, মদুই মহুৎত,

- হয়েং লাক্তাবে ?
- ঙসি হল্লকউ হাইবো ।
- অদুই নংতেদ ।

খজিক ইকাইখি । ইমুংলোমদ চংসিনখ্রে। ক্রিসনগি থমোইদ তাবিব মম্লিদু বিমলসু

৪/ মি অমম্পু ৎ এ

খংঙি। অদুবু মাগি খযোইবুদি কৈদৌনুংদ লানখোকখিদে । মরম হাইববু অমন মপু, অমন মনাই ...। কবিগুমবদ কান্নবগি মতাং খলজুদখদি নংতে । অদুবু বিমল মি হাইবসি মবৌ চাওখ্রি হাইবসি কাওখোকতে । পুমনমকসিগি মথকত ফজব হাইবসি কল্লকতব মি তাংঙি। মৈতৈন ফজববুদি ময়াংন হেললি। ময়াং নুপিন ফজবসিদি, সবান মুরতি কয়াদি মপুং ফাবিব খোংপ মেংব,কুচু- কুমেন মেংন নিংথিজত্ত্রপোংনি ।

বিমল ফমুংদ লৈতান ফমদুন ময়ুমদ কবি খোকলবনো হাইবগি মতাংদ মপুকনিংদ মওন্ মওন্ খলজি । ব্রাখলসি খ্বাইদগী মনিং তমম্রি নুংসিংকুমবনি । তানজাসিদ মপানদগি মাম্‌মিজিন বিমলবু কৌবকই । কুক হৌগংতুন মপানদ খোবকই । কৌবগি মরম হংজে, পাওখুম ওইন

- বিমল,

নংন যুম চংত্রিঙৈদ, গ্যাস খব লৌবমমু ।

বিমল যানিংব উংজি। মান ময়ুমদ চংকনি হাইবসি মাম্‌মিজিসু খংলমাননে । মখোই ইমুংসি ময়াংনিন খব অদুম মবোল্ খোই । তৌবগিদি কুইন লৈবকলবনিন ময়েকতি সেংলে । বিমল থুনমক্ ভেনদু থৌদোকতুন গ্যাস লৌব চংখ্রে ।

বিমল ময়ুম্ চংনব ফি হোংব লোইবদুন মপান খোবকই তানজাসিদ ক্রিসন চংসিললকই, অদুগ হাইবকই,

- দাদা,ঐদি নখোই লমদো চংনিংঙি ।

- য়াই,অদুদ ঙসিদি খব থুবে ।

- নোংমা চংলবসু য়াইদ, চুমন খুংগংগি ফজবদু য়েংনিংদুন তৌবনি। ফবেনে, পৈসাবু ওক্লদ্রো ?

- য়ানিদ।

বিমল চংখ্রে । মহাকন চংখিবদু গেইৎ ব্রাংমা লানখিদ্রিব ফাওব চিংন য়েংদুন লেপহৌবি ক্রিসন ,

মচানুপান য়ৌবকলবদ মমা- মপা অনিমক নুংঙাইব পোকই। ইমুংদ চংদুন ফি হোংলগ খোবকতুন মখোই পুনন ফমমিননদুন কবি কমদৌব হাইবদু তাননৈ। মপান কৌবিবসি লোইজিং খুনসিদ লনাই বেংক কয়া লিংখংনদুন চাওখংনখিব কয়াসিদ মখোইগিসু নৌন হৌবকপ অমদ য়াওহৌরসি হাইদুন কৌবনি । ব্রাফমসি বিমল য়ানিংদে, অদুন হৈনিংদন,

- পাবুং বেংককি ইহৌসিবু ?

চিংনন হুংলকপ ব্রাহংসিদ মপান সুগাইন, অব্রাংগি মাম্‌মখোই বেংক তৌবদগি

চেককি মুম সানল্লে। মখোইগ লোইনবসিংসু মসা য়ামন লান্নগ্রে। মমামসি পনদুন মচানুপাগি পুকনিং চিংসিন্নব কন্ন হোৎনরি। তৌবগিদি মমাম হিংনরিব মহিং অসিদ খর মসক থোকন হিংব পামদুন হোৎনরিব ঙাকতনি। মচানিশান অমুক,

- মখোইগিদু চহি মঙাবু সুরম ?
  ফিরেপ অমা খংদ্রিবজাৎনিদ।
  মসিগি মখকত মখোইদি সিপি আইনি।
  মখোইদি হিংবদগি ইজৎন হেন্ন লুবনি।
  লিংজেলসু মানন্নগ্রব। মখোইন তৌরেন
  মি অমন হেকত ঙমগদব য়া নৎতে।

হনদকতি মমাসু য়াওন মচাগি পুকনিং হোংলক্নব কন্ন তকসিল্লকই। লোইনন বেংকন পুন্সিদ চাওখৎনখিব কয়াগি পবেং পনখৎলকই, অমুকসু মখা তাবকই,

- মমাং লৈকাইগি তোমবদি সি পি আই নৎতেব,
  মাসু লৌ পবি অমদি লেপসিনগ্রেব।

মমাখোইগি য়াখলদু বিমল খংঙি। অদুবু মহাক বেংককি য়াসি য়াব ঙমদে। তসেংন বেংককি মবমদ মুন্ন খংলুবগি য়া নৎতে। বেংক হাইবসি সমন সেন হাইবনি। মাগি মতাংসি য়ামন লুই। মসিমদি মা মতম পুমনমকত থাজে। মপান মখা তাবকই,

- নং দুকানগি লিসিং সিনদি হিংব ঙমলোই কানদব য়ানি নুপামচা খললু।
- দুকানবুদি তোককেদ, বেংককি য়াসি হৈনিংদবৈ য়ানি।
- অফব, কান্নগদব য়াদি যাবোইনে। অঙাংসিংসি অহনগি য়া লৌদেনে।

য়াফমসি য়ানিংদে অদুন নুমিদাং অমুক্ক তান্নখিসি হাইবমলগ বিমল অসুম থোংগাললোমদ থোকখ্রে। মমা মপা অনিমক মচাগি মতৌদুদ য়াম পেনখিদে। থমোইনুংদ মওন্- মওন্ খলহৌরি। ওনথোকপ ইচানিদকো মাগিদমক ঐখোইন কয়াদ য়ারিব ইচানুপা হাইবসিন মমা মপাবু কোনজগদৌবিবনি। নুপিসু ইচানি অদুবু মখোইন মিগিদ চৎখিগদবনি। মাতনবু খব চাওখৎচহৌববদি খনদুন তৌবনি। মখোই অনিসু ইমুংগি থবক ইংখাংদ মাই ওনসিনগ্রে।

বিমল মমান্নব জোইগ লমবিদ থেংনদুন ইমফালগি, খুংগংগি য়াবি সান্নরি। পাখংনিন মখোং কায়কপি লৈসাবিসিংগি য়ারিসিং ঙাকতনি খন্নবিব।

ৱারি ময়ামসি খন্‌ন- নৈনব লোইবদুন অমুক মোংম্নানব নুংসিনজরিব থোইবিথোইদ চংলুসি হাইদুনা মমানব জোইগ লাকমিনবে। দাওন য়ারিসু লমবিদ থোইবিগ থেংনরে । মাদি দুকানদৈ নুম্নিদাংগি অৱাং- অপা লৌব লাকপনি। নুমিৎন চিংয়া পাংলকপা ওইবনে পাখং লৈসাবিসিংসি অমন অমবু য়েংন উনবদ পেনব নাইখিদে। ইমফালদ লৈম্ৰব মাগিন থমোইনুংদ লাংচবিব মহাকন মিংমাংদ লেপ্‌লববদ থোইবি কয়াগি মতিক হুবাওজৱব। পোং লৌবুবগ অমুক হল্‌লকপদ থোইবিন,

- য়াম থাজদন তৌবিবকলিসিবো,

- নহাক উনিংদুন লাকইনে।

মখোই অনিগি ৱাতাদু জোই খব লৈথহৌবন চুমগদ্র খনদুন ইংগিৎ তৌবি, বিমলন ইকাই কাইবোইবগি মওং উংলকই, মতমদুদ খব নেনা তাই,

- কৈদৌঙে চংতোইনো ?

- হয়েং চংকে।

- নংগিদি মদু ঙাকতনি,
  নোংমা নিনিতসু লৈথখোব,
  ঐখোইগসে ইনিং- নিংসিংবিদ্রমানে ?

মখোইনা ঙসাইদগি ৱাবি সান্‌নবকলিবসি লমবিদ অসুম চংন- চংন সাবকপনি। বিমলন থোইবিদ,

-থোইবি,

- হুং,

- নুংমিদাং ফাওব লৈথব য়াগদ্রো ?

- তামোচাসু যুমদ সুতি লৈবনি।
  ফবে, য়ানব তৌবকলগে,

থোংগাল যৌবকতুন থোইবি চংখ্রে। মতমসিগি পাখং লৈসাবি উনবসি বেসতোবেনত অযামবন তৌনববনি। অদুবু কবিগুমব মতমদ মফম হাইব অমা লৈবকতবসু য়াওবি তানজা তানজান পুবকপ য়াওবি। মখোই অনিসু সনধ্যা মতুং ওইবক ঙাইদুন লমবিদ চংথোক- চংমিন তৌদুন লৈ। খংহৌদে মতমসি সগোলগুমবনি, জোই মফম চাব অমদ বিমলবু ঙাইদুন লৈহৌরি। অসোমদন পুম্রি মপান হৈনৌ মখোংদ থোইবি, বিমল মখোই অনি নুংসি মবিদ পুকমেন পাওমেন্‌ননব অমন অমবু ঙাইদুন লৈবি, থোইবি থোবকলবদ বিমল ঙাইবগি অৱাব কাওখি,

৭/মি অমসুং ৫

- কুইগুমসি অমো,
- য়াই, অদো গুসাই য়াম ৱারৌন তৌৱি,
- নহাকতি ইমফালসি য়াম নুংঙাইঙ্গমানেনে,
-করমন নুংঙাইদোইনো,
ঐন তৌবিবদো ইকাইব ফাওবিবনি।
- অদুই ৱাবুদি নহাককি ওইব খুদিংদ
ঐগিসু অৱা- নুংঙাই সবুক য়াওবিনি।
কবিগুমবদ ঐবুসু কমদৌবি হংহননিংবৈ ৱানি।
- অদুন লাকইসিদি,
- অদো নহাকসে ইমফালদদি খব নুংঙাইজবগুম তৌবি।

মাগি পেনদব মযামদু বিমলদ ফোংদোকচখি। বিমলসু থোইবিগি পুকনিং পেন্ননব থেমজিনবি। লোইনন থমোই- থমোইদ লৈনব ৱাফমসিংদু মনিং তমন ফোংদোকনখি।

- থোইবি নংন লুন খনবৈ ৱানি।
ঐ নহাকপুদি থমোই সেংন নুসি।
নংগিদমক সিবসু ওমগনি।
- ঐদি নুপি ওইবিনি।
ইকাই- ইকি হাইব অমসু লৈ।

থমোই থমোইদ অমকপ লৈনবকত্রবদ নুংসিন থোইবিবু মথানুংদ কোনসিনজৈ। ওইরকলিব মতৌসিদ পুকনিং চাওথোকনখি।

- ঐবু পুনসিগি থাদোকপিগনুকো,
- কবিগি অদুমন ..
নহাকসে ঐগি থৱাইমক ওইবিবনি।

তানজাসিদ মমান কৌবকতুন থোইবি বিমলবু বিদাই পিবমলগ চংশ্রে। বিমলসু নুংসিন বিদাই পিখি।

মাগি কাদ চাক চাবিঙৈদ মমা চংলকতুন বেংককি ৱাফমদু অমুক হৌদোকলৈ। মদুন বিমল খোইদৌ চিকহনখি।
ইমা নাতৈ চাদব ৱানি।

-নংবু অমুকত মুন্ন খললুনে।

মসিগি ৱাফমসি তোকথোকলগ বিমলন ৱাফম অমা হৌদোরকই, ইমুং

অয়াঙবদ মচাগ-মমাগসি খবগী মখৈদি অদুমকোইনদে। অদুনা মখোই ইমুংদ মসি লৈ।

- মৌ অমা য়েংনব তৌসির
- ইবুংঙো, নুপিসি য়াম নুবনিকো,
  মুন্‌ন য়েংব চংলি।
- অদুবুদি ইমান য়াগদব......
- ঙাওসিন্‌ননুকো, মতম য়াংলি।
  নসাগি সেনখোক লৈতন য়ুম পানব যাদে।
  হয়েং য়ামন য়াগনি।
- চুমমি অদুবুদি।

হৌজিককি মৌসিংন ইমুং অমদ হেক লাকপগ ওইবকপ নুংঙাইব, নুংঙাইতব ইমুং অদুগি মসকত মৌদুগি য়ামন মখা পোললি। ইমুং থুগাইব, ইমুং সেমগৎপা, ময়ামসি হৌনবি ওইবকলে। অদুবু য়ামন ফব নুপি য়াওদবসু নংতে। অফবন ফৈ। ফংতবন ফংতে হাইবদুনি।

******

# অহমসুব সবুক

অমুককি পুং তরেৎ তাগদৌরে। বিমলসু দুকান চংনব কি থুন হোংগি। তানজাসিদ ক্রিসন চংলকই, অদুগ লনাই ক্লিনিক অমদ চংমিনবুসি হাইরবি।

- য়ারব নৎত্রো দাদা ?

- দুকানদি কমদৌব ?

- দেদিদ হাইনরবনি।

য়ানিংব যানিংদব মপুগি মচানুপিনিদন, বিমলগ মপুখোইগ হেন্‌ন নকসিন্‌নবগুম তৌবিবসিগি মবমন, অতৈ মিওইসিংগ বিমলগ খেনব লৈ। মাদি পুকচেল সেংগি, তনদে, ঐগি মিগি হায়ব খাইদোকতে। মগুনসিং অসিন লমসু লাপগ ওইবনে মাবু মপুগি যুমদ লৈহনবনি। ক্রিসনগ মবাননি, নৌন লৈবুব কাবদু থৌদুন চংখ্রে। ক্রিসনন নুংঙাইত্রিবসি পুক নাবনি। সিজহোসপিতালদ ওইন য়েংলে। মখোই অনি পুন্‌ন দোকতবগি নাকত চংমিন্‌নদুন য়েংলে। অনাবদ কবিনো খবা হংগি, অদুগ হিদাক খব ইবি, মতৌদু বিমল নুংঙাইতে,

- সাব নুংঙাইত্রিসিবু কমদৌবনো ?

- থোইন লুব নৎতে, অদুন তৌবনিদ,

- চুমন চাব খব তুমদদুন পুক নাব ওইগনি।

অদুন অচমব গুলি খবসি চাবগ ফগনিদ,

হকচাং য়েংব লোইবমিন মখোই অনি অমুক যুমদ হললকলে।

ঙসি দিব্রালিনি, কুমহৈ অসি লমদমসিদসু পাংথোকনৈ। মনিপুবি ময়াংসিদন হেন্‌ন চাওন পাংথোকনৈ। মৈগি কুমহৈসিখক নৎতন অহাও অথুমগি সবুক অমসু য়াওবি। লোইনন স্রিবামগি ওইব চাওবব থৌবম অমসুনি। মৈতৈ হিনদুসিংন খব চমন কুমহৈ অমা ওইন পাংথোকপনি। সম্‌ন মৈতৈদি লাই ইথা-থাজদে। ইসোবগি থৌবমসিংদসু সেনদান লমবি ওইন তৌবি। মসি পুকনিংগি অসোনব অমনি। মসিন মসাবু মসক খংজব ঙমদদুন হিংবদ চবক চহিংনব, ইবাং কয়া থোবকলিব অসিনি। ময়ামসিগ লোইনন ঙসিগি য়াচংব অমসুং য়াচংব মতুংসি ফজবব মৈঙালতন মনিপুবসি অযামব সবুক লৈতেংলে। নুংওল্লব হৈনম-লৈনম খুপ-চনদলগি মনম্ ময়ামসিন ক্রিসনগি থমোইনুংদ নুংসি-নুংওনগি ব্রাখলন খমথেংন লৈতাহনদ্রে পুকনিংগি ইখৌলাংবন পাথোকখিদুন নুংঙাইবব কুমহৈসিগি অব্রাৎ-অপা য়েংসিলসিব বিমলগি ব্র

১০/ম্বি অমমুং ৫

খলদ ক্রিসন, পুকনিংগ হকচাংগ চয়েংনবগুম মসাদু ইত্তাও- তাওন বিমলগি নাকত চংসিললকই, য়াম সেরিঅস ওইন,

- দাদা ...

- কৈদৌরে ক্রিসন

- ঙসিদি ঐ,

মখা তাব ঙমখিদ্রে। লৈমাইদ য়াম চোকথন ফমথগ্রে। মতৌদুদ বিমল চিংনব পোকই। মাগি নাখিব পুককি অনাবদু হৌবকলব্র হাইন। পাখৎন বিমলসু,

- পুক নাব অমুক হৌবব্র ?

ব্রাহৈদুদ ক্রিসন নোকথোবকই। মতৌদু বিমল গ্যান তাদে। পুককি অনাব ওইদ্রবদুদ ফুক হৌগৎই। ক্রিসনন খুৎ ফাদুন অমুক য়াললি,

- দাদা, ঐবু অমুকত মুন্‌ন য়েংবিয়ু।

বিমল কিব অমা পোকলকই। লোইনন মমাই ঙাংসিল্লকই,

- কৈদৌববগে, মাই লৈথোকলিববো ?

লৈথোকখিব বিমলগি মাইদু ক্রিসনগি মখুৎমকন ফাদুন মসাবোমদ চিংসিনজে, অদুগ

- নহাকপু নুংসি খংদব মিব।

বিমল মসা পুমব মৈসা ফাওবকখি, অকিবন তনিক- তনিকহনখি।

- ঐবু লান্‌নসু লৌবিখিনু।

- ক্রিসন . .।

খোন ফাইন খুমলকখি। মতৌদু ক্রিসন ইপেন পেনখিদে, বিমলবু ব্রাবৌখি। মথমোইনুংদ ইহৌবকলিব ইবৈদুন অফ- ফৎত অচুম চুমদ কাওহনখ্রে, বিমলগি খজাই অনি নাপ্‌পদ থোৎলবি ক্রিসনগি খুবাক অনিন পাইদুন বিমলগি চিনবানদ পুকনিং পেন্‌ন চুপচখি। থংনব মিকুপত ক্রিসন ইমুংদ চেনসিনখ্রে। মতৌদুদ বিমল গ্যান ঙাইহাক মাংলুই। ফিবম চুমলব মপান লমগি হুইদুন কমলাকত লেংবোই কবিবোই সান্‌নবকপদুদ গ্যান অমুক তাবকই। বিমলসু থুন ইমুংদ চংখ্রে। ফমুংদ খোং যানথদুন তপথন ফমমি, কবিনো তৌবিবসি খনদুন কোইন য়েংঙি। খংহৌদে কবিনো মসাদু ফন চোংখৎখি। মদু ফকলাংগি মিংসেলদ মাগি চিনবানদ তৈবমলিব লৈমচুগি চিনতৈদুদনি (লিপসতিক) মিকুপ অদুদ ঙসাই ক্রিসনন মচুম তান কেরকখিব নিংথিবব সকফমদু খংনিং- নিংসিংদুন মিৎমাংদ লেপলবে। মিকুপসিদ নুংসিন,

- ক্রিসন ...।

কৌবগী খোনজেনগী সহমদ তরংদগী গ্যান তারকই। মাথলগী হি-তোংদুন নুমিদাংগী চান-থকনব সিল লাংঙি। সোমদন কমদৌবি ক্রিসনদি নুংঙাইবগী মালংদ তোংদুন পৃথিবিগী ফজ-ফজবব মফমসিং নুংসিবগী নৈনমলকত কোইন থুংন চংলি। নুংসিবগী ইনিল ময়াই থমোইদ নৈসিনদুন লৈব মসি মিওইবগী হৌনসানি। মসিনসু হিংব ওমনবিবনি অব্রাবন সব্রুক হেল্লব পুনসি অসিদ।

******

১২/মি মমসুং ৰ্ক

# মরিসুব সবুক

ক্রিসনগি মবুং অহন্দুন আবমি ওফিসাবনি। য়াইমদুন দিলিদ বিএসি তমলি। অদুগ নুংঙাইবিব অমন হনতক অমুক ক্রিসনন মেদিকেল ইনত্রানস মাই পাকলকপ অসিনি, মখোই ইমুংসি য়াম হবাও- তয়ামহললি। বিমলসু নুংঙাইবসিদ সবুক য়াবি। হৌজিক ক্রিসন বেংগ্লোরবগিদমক্ চে থাবকপ মতম ঙাইদুন লৈবিবনি। হৌখিব মাগি ইনত্রানস তেইসকি বিজল ফংব নুমিৎকি হবাও তয়ামবগি মনিং অহিংগি মতম অদুদ বিমলগি কাদ মদোম তুমিন চংলকখিব থৌদোকতু ঙসিসু বিমলগি থমোইদ কাওদবি,

থোং থিল্লকপ মখোল তাই। মতাং চাদবসিদ গ্যান তান ইলেকত্রিক থাদুন, কনা কমদৌব গ্যান তৌবি। থোংজিন ময়াদ চংসিললি কনানো হংঙি, ক্রিসন ওইবমবদুদ, মতমনগ চাদবনে থোংদু হাংনিংদন হাংতোকই। ইবেন্ন চংলকতুন বিমলগি ফমুংদ ফমথখি। মতৌদু মহাক হৈনিংব ৱাংলি। মোবাদু কাংখদগি চিংথোকতুন ফমলগ বিমল ক্রিসনদ হংলকই,

- কৈদৌবে নুমিদাংসিদ ?
- নুংসিবন চিংদুন পুবকলিবনি।
- নুংসিবগি লিচিংন লানজাও অমগি হৌবকফম ওইখিব যাওখিদব নংতে।
- মদু পুমব নুংসিব মাগি দাইনি।
- ফবে কবিনো হাইবো ?
- মাঙোনদ হংঙু (নুংসিবদ)।
- নংসি ঐদি কিসিল্লক্লে।
- মদুসু নুংসিবন।

১৩/থি অসদুং ৰ

-ফরে নহাক হন্থিনব তৌরো,

-লৈহননিংদ্রবদি য়াই, অদুবু নহাককিদমক ঐসে সিবসু ঙমগনি।

-ফরেসে ...।

ক্রিসন য়াম সেবিঅস ওইসিনখ্রে। মসাদু গ্যান মান তাদন অদুম চংখ্রে। থোংজিন ময়াদ অমুক লেপতুন লৈসিল্লকই, অদুগ হাইবকই,

-হিংবগি থাক ৱাংনবগিদমক ঐন হোৎনবিব ময়ামসে নহাকতগিনি। নুংসিবন চন্নফম খংথিদ্রব ঐগি পুনসি ঙমন অবেমবনি।

ক্রিসনন ফিংন চেনসিল্লকপদ নিংসিংলুব ৱাবিদু অমুক কাইখ্রে। থুন মখুৎতগি মুবাইলদু পিবকই, লৌদুন বিমলসু কনানো হংঙি। ময়ুমদগি ওইবমলে। পাওদি লাকতব য়াদে সিনি। ঙসি হযেংসিগি মনুংদ, অবুব থবক অমা লৈবে। ফোনদু ক্রিসনদ অমুক সিন্নখ্রে।

-কনানো দাদা ?

-য়ুমদৈনি, নোংমা নিনিসিদ লাকউ, হাইবকপনিদ।

-হনদকতি তোইন কৌবকই, কবি লৈবমো ?

-ঐসু গ্যান তাদে।

-গ্যান তাব তমবিয়ু, পুনসিসে কবিসু নৎলমদ্রে। লুনত যেংলগ অসুম লুসিল্লকপৈ ৱানি। লাইতোকনসু অমুকতং য়েংসি কমদৌরি হাইবদু।

ৱাফমসি হাইবমলগ ক্রিসন অমুক থোকখ্রে। বিমলসু দুকান থোকনব সেম সাই। তানজাসিদ মামমিজিন কৌবকপ তাই। মপান থোকতুন কবিনো হংজে। মপান লমদ মহে তমলিব মচা নুপাগিদমক সেল খব থাবুনব হাইবকপনি। মপুনিন বিমল যানিংব য়ানিংদব লৈতে। মাই হাইদুন লৈথোকলুব য়াবসু নৎতে।

-নং দুকান থোকপদ সেনদু পুখ্রো। অদুগ ওফিস মতমদ হেক থাদোকলুবো,

চৎলমদাইদ কৌবমনব হাইবমলগ মামমিজি ইমুংলোমদ অমুক চংখ্রে। বিমলসু মাগি কাদ তন্দন চংলকতুন ফি সেৎপদু লোইসিন্নব হোৎনরি।

নুমিদাং ফন থেংলফাওবদ তুমথব য়াদে। ঙসিদি বিমল ময়ামন হিংনবিব মহিংসিদ,ঐগিসিবু কবমব থাকত লৈবিবনো ? খ্বাইদগি সোৎথহৌবর, মসিদ ঐহাক অসুমক পেনথোকখিব তাবিবর। নহানিন য়ৌবনগি নুসিৎসু থমোইদ য়ৈববি নাথৈবুব য়াব অমসু নৎতে। মখল-মখা

অয়ামব ব্রাখল তৌরুববসু মমৈদ হিংবগি লানসিদ হেকতমক চংসিল্লকই। অহল-লমনগি মবনসু লৌ- মবাক অমতনি। ইংখোলসু পোইন্‌ত কুনমুকতনি। মসিন খুংগং লমগি মনা- মসিং থাদুন হিংব হাইবদুদি ওইখোকলরোই। দুকান য়াওবসিন থা অমদ ফংলিব সেনফমসিনদি য়ুম পানব য়াবগি ব্রাংমদ লৈখ্রে। ইমা ইপাসু অহন ওইসিল্লক্কনু হাইব য়াবোই। অসুমন ব্রাখলসি ঙমখৈদু য়ৌন খল্লুরগা হেকতমক নাতৈচাব লমবি অমা সুকফংহেক ফংদে। মতাংসি য়ৌবকপদদি লাইবিক খবদি তমসিল্লুবগা তৌফম খংদন কোককি লাইনা নারকলিবসি। কোকতু মৈ হৌদে হাইবদুমক মঙাইরে। থাবলদ খোরকতুন মহৌসা লাইবেমবিগ ব্রাবি ব্রাতাই কয়া তৌবুরি। তানজাসিদ ক্রিসনসু মপান খোরকই, অদুগ বিমলগি নাকত চংলকই,

- দাদা, থাবলসি উনমকতি নংতবনি।

বিমল নোকনিংদন মচিন হিগংলকই, ক্রিসন মখা তারকই,

- ব্রাখলসি মসিং মসোন নাইবনি ফাবে নুংঙাইব পাও অমা তমবিগে। ঐগি চে লাকলে, থুন চংনব তৌবনি।

বিমল মংগোল পি ক্রিসনসু হবাওন লৌজখি। বিমলসু হয়েং য়ুম চংকনি খংহললি। ক্রিসনন চংলমদাইদ বিমল থেংনহৌনব চেংন সিনজখি। ব্রাফমদু য়ানিংব উংখি। মতৌদুন ক্রিসন নুঙাইজখি। মহাক ইমুংদ অদুম চংখ্রে। বিমলসু অতিয়াগি ফজবব থাজাবু চিংন অমুকতং য়েংলমলগা বিদাই পিবমলগ তুমফম কায়োমদ চংলকলে। ফমুংদ লোংন হাইখখি। ব্রাখলগি ইথকতি লেপতন সনদোবকলি।

মাবু কৌবগি মবম খংলবদ বিমল খমথেংন সাওখি। অদুবু তাইনফ মদি খংদব ব্রাফম ওইবন মহাক যামন তৌফম খংখিদে মপান মঙোনদ হাইখিব ব্রাফমদু ঙংদুন লৈবে।

- ঐন য়ুমগি অব্রাৎ-অপা য়েংসিনদব য়াদে। বেংকসু য়াওসিললুববনিন থবক চেনদব যাদে অদুন নংন বেংককি থবক চেনদব য়াদে, অদুন নংন বেংককি থবক থানসিংসি তৌবো, নংগি দুকানদু তোকনব তৌবসি।

তোকপ হাইব ব্রাহেসি খোংথাং য়ৈদুন নাপ্‌পদ লৈবে। ঙাইহাক মপান - ইপান থোকতুন কোইথোকলুগনি হাইব ফাওব কাওদুন, ইমুংদ উংদুন লৈখবে। মতৌদুদ অপোকপি মমা মাগি কাদ চংলকই। ফমুংদ খোংগ্রাই চন্দুন ফমলিব মচাবু চিংন,

- ইবুংঙো, নংবু নপাগি মতৌসি
য়াম য়াবৌবত্র, হাইয়ু ইমাদ।
- নচা য়া ঙাংনিংদে।
অদুবু থবক অসিগি মহৈদি নচা খংদেকো,
- খংদ্রে ইমাসু কবি হাইগদবনো
হোৎনবিব ময়ামসি ফনব ঙাকতনি।
অদুবু অফব ওইবকতব হাইবসিদি কনান তমলুগনি।

মচাগি পুকনিং থেমজিল্লমলগ ইমুংগি কুপনোম মেনসিন্নব মপান থোকখ্রে। বিমল ফি সেৎচিনদুন লমহাংলোমদ থোকখ্রে।

কোবি লৈদু নুমিদাংগি যেনসাং ওইনব মাংগোনদ সেমলি। তানজাসিদ মপুবোইব চংলকই। মাংগোনদ ফমমিন্নদুন য়াবি য়াতাই তৌবি, মচানুপাগি য়াম খাংঙমদন য়াজখিবদু মপুবোইবদ তমজে। য়াফমসিদ মচানিপাবু অহন-লমনগি মাইয়োকত লেপপ,

- মান পামলিবসি কবিনো ?
মমা- মপান মচাগি মাংনব সিনগত্র,
মখোইদগিদি ঐখোইন অহননিন।
মদুসু খংদব ঐবু সাওহনগনু।

মপামচাগি মতৌসিদ মমা ওইবিদি নুং অনিগি মবকত হা ওইবে।

*****

# মঙাসুব সরুক

বিমল ক্রিসনখোই যৌবদ অয়ুককি পুং নিপাল মখাই তাখ্রে। ক্রিসন চৎনবগি সেম-সাব লোইদুন লৈবমলে,মহাক য়ৌবকপদ ঙসাইদগি মকা লাম্‌লমদব ক্রিসনগি মাইথোং অমুক নৌন মকা লামললকই।

- দা,য়াম নুংঙাইবে যৌবকপ। দেদিনে মামনে ঐখোই মবি পুন্‌ন য়াবপোৎ ফাওব চৎলসি।
- উম।

বিমল খজিক খিগৎলি, মতৌদু খংঙি। অদুবু মবমদি চপচান খংদে, খেনব অমা লৈবি। ক্রিসনন মখোই অনি লাপথোকনবগনি হাইবগি ব্লাখলদ নুংঙাইত্রিবোই নিংঙি। মদু নৎতে মহাকন ব্লাবিব ব্লাখলন, চহি অহুম লোইবকলব দুকানগি মিওইসিং অসিগ খাইনবগনি খললুব ব্লাখলদ লৈতফম খংদ্রিবনি। লোইনন বেংককি মবমদনি। চৎননবগি মতম যৌসিল্‌লকলে, নিংথিবব কাবদুদ মখোই মবি লাকমিন্‌নবে। মতমসিদ কনাসু খংহনদন ক্রিসনদি থমোইনুংদ মৈসা লাংলিবোই, তামনবগি মতমন অসুম নকসিললকপসিদ। খংহৌদে মফমদু য়ৌবে। গাবিদগি কুমথবগ ব্লাইতিং বুমলোমদ চংসিল্‌লকই। লোইনন মসাগ লোইনবকপ পোৎচৈসিংদু চেক তৌনব খংহনলকই। থবকতু লোইববদ খোংসাননব খংহন্‌লগকপ ঙাইনবি। মবকসিদ ক্রিসন বিমলদ ওনসিললকই।

- দাদা, পুনসি অসি লাইথোকহনসি ঐগী খোংচৎসি নহাককি আসাদনি
- নহাক মতম পুমবগি মাই পাকপ ওইযুকো।

খংহৌদে ইয়াব কস কাখৎনব খংহন্‌লকই। ক্রিসন মমা-মপা অমদি বিমলবু বিদাই পিবকলে। লোইনন বসলোমদ চংসিনখ্রে। প্লেনগি ইসতেয়াবদু কাখৎখ্রে।

১৭/মি অমসুং ৫

থোং য়ৌববদ অমুকতং মাই নৈথোকতুন মখুৎ হাইবমলগ মনুংলোমদা চংখ্রে। মখোই অহুম প্লেন্ পাইখিদ্রিব ফাওব লেপতুন য়েংঙি। মতমগী মতুংইন প্লেন মখোল তাবকলে। ঙাইহাককি মতুংদ য়ামলব জাত্রিকসিংবু পুদুন মাগি মাগি পনথুংফম তান্ন পুদুন চংখ্রে। মখোইসু য়ুমদ অদুম হললকলে।

বিমল মপুগ ব্রাবি অমা সাননিংদুন মখোইগি বিজিতিং বুমদুদ মপুখোই চংলকপ ঙাইবি। তানজাদুদ মপুনে মাগি নুপিগ পুন্ন চংমিনবকই। তানজাদু লৌদুন ব্রাফমদু হৌদোকই।

- মামমিজি, ঐ দুকান য়াওবসি লেপপ তাবে।

- বিমল নংগি ব্রাসিবু ?

- ঐদি পামজদবনি, অদুদ ঐগি পাবুংন নমদুন থবক অমা য়াওনব সিললম্লে।

বিমলগি ব্রাফমসিদ মপুদু য়াওবকই,

- কবি থবকনোনে বিমল ?

- প্রাইবেৎ বেংকনিদ।

ব্রাফমসি বাবুজিদি থৌগৎপি। ময়াং লমলোমদদি মি অয়ামব মসাগি দাইত খংনবনিন বেংক হৌগৎপ হাইবসি যামন ফাব, অমদি চাওখৎপদসু থুব থবক অমা ওইন লৌনৈ।

- য়ামন ফৈ,

অদুবু নংগিদমকতদি ইমুংসিন থোংলাওন

হাংদুন থমলিবনি।

মামমিজিন থেমজিলকই,

- নহাকপু ঐখোইন থাজে। নংদি অচুম্ব চংলি।

মাগি ফংফম থোকপ সেনফমদগি হেনগৎন মামমিজিন বিমলদ সিন্নরি। অহেনব সেলদু নুংসিদুন মাগিদমক পিবিবনি। অফব মি, মসিং খব তাংঙি। দুকানসিদ বিমলগি অব্রাৎপদি মতম-পুমবগি অদুমক মেনখৎপ ঙমলবোই। বিমল ময়ুমদ পুখিগদব পোৎচৈসিং কাদগি লৌথোকলুবে। খাওদু মনাকত থমলগ,

- মামমিজি, ঐ অমুক হন্নব তৌবগে,

- ফবে, ফবে ,

মামমিজিনে, বাবুজিনে মংগোল পিবকই। লোইনন বাবুজিন,

- নংগি অব্রাৎপা হেক নৈবদ ঐগিদ লাকউ

ঐনা নংগি নতেং পাংগনি ।

বিমল চৎখ্রে মপুখোইদি নুংঙাইতবগি থমোইনুংদ মৈসা লাংহৌরি বিমলসু অদুমঙাই ।

থবকসি অহানব ওইবনে, মসান য়ামন পামজগদব ওইবনে। বিমল থবক তৌমিন্নবিব মিওইসিং অসি লোইনবদ য়ামন নুংঙাইতব হাইবদু থোকলে। ময়ামদুগি মবকতসু মান অঙাং ওইবে। অদুন বিমল থবককি মথকত পাখোললোই অমসু ওইহনবিবে বেংক তৌবিব ময়ামদুদগি খব হৈথোই-সিংথোইব নুপা অমন বিমলদ হাইবকই,

- ইবুংঙো, নংন লোনগি খোমগৎলুব সেনফমসি
  কেসিয়াবদ জামমা তৌসিনব ওইবো।

খুমদন বিমল লৈ। নুপাদুন মখা তাবকই, সকখং- মাইখংনব ওইন মিং মথং- মনাওনাইন হাইবকই বোমেস, খাব, বনজল, ধুমাকেতু, গৌবো, বনেল নবা লোইনন নখোই বাবা চৌবজিৎকনি । মযামসি বেংক অমগি চৎনগদব নিযম-কানোল অদু অমত খংনদে। বিমলসু অদুমঙাই। চৎনবি অমা ওইন পংতৌদ তৌনৈ। মখোই মসেনসু খংব- হৈব য়ামন সানৈ। বিএনি,এম এনি হাইদুন। মতৌসিংদু বিমল হৈনিংদে। তৌবিব থবক খুতৌদুসু সেনদোং থিবিবনি হাইবসি নিংসিংদবগুম তৌরি। বিমলন হংখিব ব্রাহং করি-কবিনো তৌগদৌবিব,সেনদোং তানগদৌবিবন কবিনো ? মসিগি পাওখুমদ বোমেসন যাম চিংলেমন খুমলকই,

- ঐখোই নিপানগি সেনথাং কুন-কুননি,
  পুন্ন লাক অমগ লিসিং হুমফুনি, মসিন লোন থদোককনি
  সনা বনধান,গাবিনচিংবসু লৌগনি ।

মবক-থৎন বনজলসু ফেনজিল্লকই,

- মবুপ অচৌব খবসু তৌগনি ।

মিওই নিপানসিগি মনুংদ অবাকপ মখোই খবগি মোৎ লোইন পিনবকখি ব্রাফসিংদু বিমল যানিংব অমতসু যাওদে। মি অনি অমা সেন খোমগৎপ চৎখ্রে। লৈহৌবিব খবদুন নোংমগি চৎখিব-লাকপ ইসিন্নব অচৌব বুক অদুদ কবিনো খব ইসিনব হোৎনবি । অসুমন নুমিৎ মঙানি গুমব হৌখ্রব মনুংদ বোমেসন ব া অমা হৌদোবকই,মযামসু মুন্ন তাই ,

- ঐখোই ময়াম নুংতিগি কাবকপসি কান্নদ্রে।

অদুন ঐখোই খব খব বোতেসন তৌনদুন থবকসি পুনসি। ব্রাফমসিদ বিমলগিদি মোৎলৈখিদে । মখোই অতৈদি লোইন যানবগুমন উই। অদুন অহানবগি ওইন কনান কবি পুব হাইবদু খাইদোকনবে । বোমেসন মেনেজব,বনেলন কেসিয়াব অদুগ বিমলবুন একাওনতেন অমদি খাববুন লোন কলেকতব ওইন পুবদ য়ানবে। হাইনবিব অসি থা কয়াগিনো লেপনদ্রি। মখোই মবিন থবক পুবকপ থা মথাইমুক ওইবকলে । হৌজিকতি লোন লৌজগে হাইদুন লাকপ মি যামমনখিদুন পিব ঙমদবনি ব্রাত মঙাইবে। ইন্‌সপেকসন তিম অমসু সেমদব য়াদদুন সেমলে। থবক চেন্‌নবগিনি হাইদুন এন ভি গাডি মচা অমসু লৈবে। নুংতিগি থাও হানদুন থবক চৎনবে। গাড়ি অসি ইন্‌সপেকন্ চিবাবমেন্ ধমাকেতুখোইদ থমমি। ওফিসকি থবক চৎনদব মতমদ মখোইগি ইমুংগি থবক থানদ সিজিন্‌নখি। অমবোমদ সনা বনদান্ লৌবদুসু মেনেজবগিদ থমমি। মদুন মাগি নুপিন ধবম- কবম চৎপদ সিনখি, মবম অসি লৈবন বেংক তৌমিনবিব মখোই মসেনগি মবকত ব্রাবৌনব যাওনবকখি। মসি ঐগি ঐগি কান্‌নব পামনবক্‌পদগিনি।

পাখং নহা ওইবসিং অসি অযামবন নুমিদাংব্রাইবম অমদি অতোপ্‌প মতমসিংদ লমবিদ ব্রাকিং চৎপ নৎত্রুগ লমহাংদ ফমব অদুগ যৌবনগি ব্রাবি- ব্রাতাই তৌনব হায়বসি মহৌসানি। নৈসাবিসিং অযামবসু মদু মঙাই, বিমল অমদি জোইগ ফমমিনদুন লমহাং মচি অমদ ব্রাবি তৌবি। জোইন ঙসি বেসতোবেনত চংলুবসি ব্রাবি হৌদোবকই,

- ঙসিদি কে অচৌবনি।
- অদুদি কবি হাইবিব ?
- অদনি ঐন নংবু পংঙি হাইরিসে, কে হাইদি কিস হাইব খংলেদন।
- ওনথোকপ, য়াইনে।

য়াম হবাওন মসাদু ইবাং লাংন মখা তাবকই,

- মচুগ থাকলিবনি।
- অদুদি থুম্‌লম্‌দৌমাললিবো
- অদুই ব্রাদি কবি হংঙুবনি।

মসিতসু নৎত্রি .. ।

- মখা লিরকল্যো য়াম তানিংঙে।

জোইন অংগুরগি ব্রা সমথবকপদু বিমল লাম্‌সিন্‌ব্র খব ব্রান থোকই, অদুবু

মখা সমথবকপ অঙৌব ঙাংলৈনব হাইবকপদুদ নোকপ নৎতন বিমল অতৈ ব
া হাইবকখিদ্রে। মতৌদুদ জোই মখা হাপচিল্লকই

- খুবাম থনব, পাথোবকতুন খুরক থিবকলিবনি।

হেন্জিনব ব্রাদুদ জোইদ ওনসিনদুন মবুং অমা মনুং সবকাব য়াওবিবনি হাইদুন চেক্সিন্জনব ব্রামাং য়াললি, মদুদ জোই থওইদে। মসা মসা য়ানবগি ব্রানি, হাইদুন মসা কোমথোকতুন নোকথোবকই,। লোইনন ব্রাবিদুগি মনিং আসা অমসু তৌবি,

- চাক যাওব দেৎ অমসু সিল্লবনি।
- নংসু যাওবুসি, লাক্কদব সন্দে নুমিৎতনি,
- য়াই।
- নুমিৎতুদি লাই খুবুমজহৌব তাবি।

জোইগি অবথসু য়াওব লোইনন কবেম- কথাইনব ব্রাহেসিংদুদ ঙাইহাককি ওইন পুকনিংগি নুংঙাইব লোকই। মবক থৎন বিমলন,

- নং প্রিয়াসি লৌবদ তাবেনে।
- ফিবেপ লৌম্রিদ,

জোই প্রিয়াবু লৌজগে থন্ন খংনখিব নৎতে। মাগি সবান মুবতিদুদ কল্লকতুন কোইজখিবনি। লমদমসে ঙসিদি ইংলিসলোমগি নুংসিৎ তিনসিনখ্রবনি। অদুন পাখং- লৈসাবি অসেংব, হিদাক তৌনব থিবদ য়ামন ব্রানবে। তৌবগিবুদি কবিগুমবদ অসেংব, অমা- অনি লৈতববুদি নৎতে। মসি কবিননো হাইববদি মুন্ন অমুকতং নৈনব দবকাবনি। চিনজাক, ফিজেৎ- চাকচা মতমন পুবকপ চৎনবি, মখোই অসিগি খুদোলনি। লমসিদ বিমলগি সোন্জব মতৌদু লিবকই, মাদি নোংমত অসিগুমবসি তৌজখিদে। মাসু পাখংনি নুংসিনজব লৌবিবনি।

*****

২১/মি অমসুং ৫

# তরুকসুব সরুক

বেংককি মিতিং লৈ হাইদুন ফাওন্দব মেমববসিংদু ঙমন য়ৌনবক্লে। নোংমাইজিং নুমিৎ খুদিংগি তৌব মিতিংনি। ঙসিদি বিমলসু বেংক য়াওবকপ থা খব হৌগ্লবনিন পামদ পামদ হৈনব ঙমলে। মিতিং হৌবে। গৌরোন সেক্রেতবিনি মহাক অহানবদ মিতিংগি চৎনবি খংলমদে অদুবু ঙসিদি ময়ামন তাকপদগি খবদি খংলে। মিতিংগি ব্রায়োলসিং বিজোলুসন বুকতুদ ইসিললে। এজেনদাসিংদু পাথোবকই, অহানবদ হৌজিক বেংকক্তি থবক পুবিবসিং অসি সেল খব খব ফংনবগি ব্রানি, কুপন খন্নবব মতুংদ, পুং মাপনদগি নুংথিলগি মরি ফাওব চৎথরিবনিন ক্রা মতপ অমতং চাজববসু, ফিরোল সুনব সাপোন লৈরবসু হাইদুন, মখোইন পুখোকনখিব সেনথাংদুগি চাং য়েংলগ থা অমদ লুপা চাতুক চাতুকতং ফংনব হাইদুন লেপনবে। অনিসুব ব্রাফম অমুক খন্নব হৌরি। হৌজিক ওফিস ওইবিব য়ুমসি য়েংবদ ম্রিৎ থুমদে,অদুন মিয়ামনসু থাজব ব্রাৎলি অদুন অতোপ্প চেককি বিলদিং অমদ হোংনবগি ব্রাফমনি। ব্রাফমসিমদি মোৎ মানদে। অদুবু মি মঙান য়াবে হাইদুন ব্রাফমসিমসু ব্রাবেপ লৌরি। লুবিবদি মখোই অহুম অমদি বিমল, বোমেস অমদি নবদি ব্রাফমসি য়াদে। মখোইন হাইবিবন, ময়ামন হাইরিবসি চুমমি অদুবু ঙসিদি বেংকসি সেনদোং মসক খংদ্রি অদুন ভবাসু পিকপ হান্নগি কাসিদ তৌবন ফৈ। হয়েং খব চাওখৎলকান্দ তৌবন ব্রা অমনি। হয়েং দিপোজিৎ তাববদি কমদৌব অসুমন মবৈ কন্ন য়েংনবে। ব্রারেপতু পাস তৌনব হাইন ইববসু মিওই অহুমদি সোই তৌবোইদৌবি। মসিগি চয়েংনব অসিন মিতিংসি লোইসিন্নব ঙমদ্রে। তৌববুদি মি মঙান য়াববনিন লোইসিল্লবসু য়াবনি অদুবু ফজদব অমা লৈবলি ,মখোই

মঙান থেমলক্লে। অহন অনিদুমদি মমান্নব ঙাকতনিন অয়োমদ থবক তৌমিন্নবিবনিন কবি খল্লুববনো খংদে বাবেপতু সোইদি তৌসিনশ্রে। বিমলদি য়াদে। মখোই তবেৎন থেমলকলে, মসিত নংতন মুকসিন্নব অমসু য়াওন তৌবিবে। মিঙমদব ওইবন বিমল কপথোকবকলে, সাওন

- মসিগি অফা- ফৎত ঐ দাই পুব ঙমলোই।

উপাই লৈত্রে। সোই তৌবদ তায়ে। মতমসিদ মহাক নিংহন্নবে। অঙাং খব ওইবন বা অমত ঙাংদন বুকতু তাপ লৌসিনদুন সোই তৌরি। অদুগ মপান থোকশ্রে। মখোই তবেৎসু মাগি মতৌদুদ হৈনিংদন লৈহৌরি। বিমলগ মোং মান্নব অনিদুসু মিতিংসু লোইববনিন চৎখ্রে। মখোই মঙাগি মনুংদ নুংতিগি থবক পুবিব খবদুন ওফিস থোং লোনসিনলে,অদুগ মখোই পুন্ন হোতেললোমদ চৎশ্রে।

তোবেন্ মপানগ থংনব মিয়ামগি অচৌব লমবি অমগসু সম্নবিব, লোইনন অইংব নুংসিৎন অচৎ- অঙং অমদি তোববান্দুদ ফমলিব মিওইসিংগি পুকনিং হকচাং পোথাহল্লিব মফমনি। মফমসিগি তিংগোই মথক্তুদ বিমল অমদি জোইসু অতোপ্প মমান্নব অমগ ফমমিন্নদুন বাবি বাতাই সাদুন পোৎথাবি। জোইসি নুপি নহাগি লমদদি খব হকচিন্ব নুপানি। মসিগুমবসি অদুমক য়াওনৈ। মান কোইনবিব নুপিসি মসিং থিব বারবনি। অমবোমদ ফাগি পুব নুপা অমসুনি। মসকসু মতমগি সকতানি অদুম য়াই। ঙসিসু নুপি উনবুবগি নুংঙাইব বাবি অমা তমলি।

- ঙসিদি মতা চাশ্রেহে, মদুগি বেসতুবেন্দু য়াইনে
মদুগুমব মখলসু মবৈব ফৈ।

বিমল বাফমদু গ্যান তাই। সোইবমলোই হাইব খংলে। জোই মখা অমুক তাবকই,

- মতমসিদদি অসেংব হাইবসি তাংলে।
ঐখোইদি হয়েং মহুৎ তাদোইনি।

নুপা অমদুন বাবিদু ময়েক সেংহললু হাইবকই, মাসু নহানিন . .

- লোই (উখোং) তিংবৈ বানিদ
- বেসতুবেন্দবু ?
- অদুনে ঐনা মফমদু য়ামন ফৈ হাইবিবসে।
মনুংদ অয়োনব কা খর লৈবমবৈ বানি।

বিমল,

- সেল খব তিংজরবসু মহুৎতি মাংদ্রে ।

তৌব ঙমব মিনি হাইবগি মওংদ মযা হিগৎলকই । মিগ তাখিনি মতাগুম খর তপ্লপ্ন ফজদ্রব ব্রাহৈদি ওইরব, নুপা অমদুন,

- নং ঙা লৌনব ঙারেংজে সাদুন তোকচনি ।

ঙসিদি লৈবাকসিদ লৈবিব মি খুদিংমক নাবে,লাইয়েংব ঙমদ্রব লাইনা অমা । মতৌসি মতমন পুবকপনি হাইজিন্নবি । অসেংবদি নৎতে । পুকনিংন পুবকখিব ফৎত্রব লাইনা অমনি । মসান মসাবু মসক খংজদ্রব দিহেগি ইখৌলাংবদ পুকনিংন ইনোৎ হাপসিন্বনি । মিওইবগি মোবেনদি চাওখৎতব অদুগ মপানথোংগি অপাম্ব, মাগি মৈবিন, ইংলিস লোমদগিসু বগন্ লৌখৎত্রব লম্দম্নি । নুমিৎ তাসিল্লক্তুন মখোই অমুক মযুমদ হন্নবকই, অসুমন ঙন্ন যুমদ হন্জিন্নবক্প মিগি মসিং ঙসিদি যামন তাংলব মতমনি ।

অয়ুক পুং তরেৎ তাখ্রে । কাকাগি মচা- নুপা অহন চহি তবাবোম সুববদু ফোন লাকএ হাইদুন পাও পিবে । থুন চৎতুন কনানো যেংলুই । পাওদু কনাগিনো খংদব থমোইদ নুংঙাইতব পোকই । ব্রাবি সন্নব লোইবদুন, মাগি কাদা ব্রাখল তৌন - তৌন অমুক লাকই । মামমিজিখোইদু ঙসি ফাওব বিমলন যুমদ লৈরবগি পাওসি মচানুপিদ মযেক সেংহনদ্রিমনে। হৌজিক ফোন তৌবকপু ক্রিসনন মপানদগি তৌরকপনি, ব্রাফমসিংদু বিমলগি নাপ্পদ ঙংলি।

- নহাক য়ুম চৎখ্রগ, অদুক কুইন
হল্লকত্রিব করিনো ?
দুকানদো নংগিসু সবুক যাওবিবনি।

ব্রাহেসিদ বিমল কোকচিকপ হৌরি । কবিগি হৌজিক ফাওব মহাক দুকান তোকখ্রে হাইব মচানুপিদ হাইদ্রিবনো হাইবগি মবমদ ব্রাখল তৌরি । অমুক ক্রিসনন ফোনদ হাইদোকখিবদু সমথবকই ,

- নংগিদমক ঐ সিব ঙমগনি ।
মসি নহাক কাওবিগনু ।

ব্রাফমদুদ মান পিখিব পাওখুমদু নিংঙমদব ফাওবকই ,

- ঐদি য়াম ফিভম চাদ্রে ।

মান পিবকখিব পাওখমদুসু নিংসিংলকই ,

- ঐন মহৈ তমব লোইদ্রিফাওবদি নহাক ব্রাববসু ব্রান খাংলম্মু ।

বিমল তৌকম খংগ্রে, ফমুংদ মখোং অনি থাংগংতুন ক্ষমথগ্রে। মিয়েংদু তবংদনি মমান বেংক চংনব চাক- পাও পিবকই। খোনজেল্লদুদ বিমল খংঙি , মতৌদু মমাসু উখি। মমা- মচা চাকসংলোমদ চংনগ্রে। মমা- মপাদি খব ঙললি হাইদুন চাদ্রি। বিমলদি চাব তোকলদুন হৌগংগ্রে মথাবাই নুংঙাইতন মাগি অমনব সাইকল অদু ইনথোকতুন বেংক চংগ্রে। মচানুপান উংদুন চংখিবদু মমা- মপাদু নৈনদুন য়েংহৌরি। উংবগি মরমদুদি খংবা ঙমখিদে।

বেংকসিদ ঙসিদি মিয়াম কয়াম সেল্ থমজিনব হৌবকলে। মসিদ বিমল অমদি বোমেস পাখংপ পোকই। মখোই মসান পুথোকনখিব সেনফমসিংদুন সেনদোং তান্নব সান্নব মসিন ব্রাঅমনি। মিগি সেলদুদি থা ফাবগ সেনদোই লৌব লাক্কদৌবিবনি। অমবোমদ সেনফমসিং অদু মিঙোনদ থাদোকখ্রবসু নিংথিজন সিংগংপিবকলবদি অদুম তোংগনি। সনাগুমব গাবিগুমব লৌবদদি লুপ অমখকতনি তোংঙিব। মদুগি সেনদোইন মঙানি। দিপোজিৎসিংদ পিখিগদব সেনদোই ফোব পাবসেননি। মাংঙি হাইদুন তৌদবদি যাদ্রিব মতাংসিদনি বেংককি কোক চিপ হৌনবকলিবসি। ওফিসকি ওইন নোংমদ চংলিব সেনফমসি ফন যামলিবনি,কাগি থাগি ভবা, চে- চাং, খুপ ওফিস লোইসিল্লকপদ চা- নুং থকপগি, কবিগুমবদসু যু- নুংসু লোইনন অতৈ অতৈসুনি। অমদি লোন থৌব চংপ, ইনপেকসন চংলিবসিংদ নোংমদ লুপা চামা পিবিবনি। ময়ামসি য়েংলুবগ তোংলিবব মাংলিবব হাইবসি খংদে।

ঙবাং মিতিং তৌখিবদু লোইসিনব ঙমহৌদ্রে হাইদুন ঙসিদি ওফিস খব ঙন্ন লোইসিললে। অদুগ মিতিং মখা চংথনব সিল লাংঙে। ওফিসপুব য়াওদব মেমববসিংদু সুন থুংলবে। অদুন মিতিং হৌবে। স্রি গৌবোন মিতিংগি মবম খংহললে। ইসম সমন বেংক অসিন হৌদোকপ মতমদগি লোইনবকপ মবুপ অমখক মদুগি প্লান সোইখ্রব অদুন মসি সেমদোকপ দবকাব লৈবনি। সেমহৌদ্রগদি মবুপসিন লোইসিল্লকপদ পুথবদৌব। ব্রাফমসিনি ঙসি খন্ন নৈনগদৌবিবসি। মবুপ অসি লুপা চামঙা থাংগৎনবিবনি। মবুপকি মিন যাংখৈনি কুনমঙা অমন বেংককি সিযাব ওইবনি, অদুগ কুনমঙা অমন অতোপ্প মিওইসিংন য়াওবনি। মবুপ অসিগি চংনবিদ ফাওখ্রবমিদুঙ্গি অমুক সেনথাং হুল্লবোই। মসি মবুপ অসিবু য়াওনিংনব পোলিসি অমনি। মতাংসিদ বিমল কবিসু নোলেস লৈতে। মবমদি মাদি কোন্ন বেংকসিদ য়াওবকপনি। হৌজিক বেংককি সিযাবসি অতোপ্প মিওইসিংদ য়াওহন্নব লেপনবে। অদুন মেমবব নিপান্নিন মি অহুম অহুম পুথোকন্নবদ য়াবে। অহুম পুথোকপ ঙমদব মেম্বর

খরা য়াওরকপসু য়াম্নি মতাং অসিদ মেমববসিংগি মসা মসাগি মোং ময়েক সেংন পুখোনখি। বিমল মুন্ন খল্লব মতুংদ হাইরকই, মি নৌন পুথোকপ য় ফম অসিদি লাইবি। মথং মথং মবুপসি ফাওনপ্লব মিওইসিংগি সেনথাংদুন কমদৌব মসিনি লুবিব হাইদুন সভাদ হংলকই। সেনথাংসি বেংকন পুথোকপ তাবি। অদুবু কুপ্ন অমুক নৈনব তাবি।

*****

# তরেৎসুব সরুক

বোমেস এম এনি অদুন খংব- হৈব খব হেন্‌ন সাই। অমবোমদ মান মেমবব ময়ামদগিদি খব খংব হেললি। নুংঙাইত্রিব অমন ময়ামবু মান থওইদব অসিনি। অদুমনদি ওইবগ অচুমব খবদি তৌবি মহাক। মবকসিদ বিমোলদি বোমেসবু যানিংঙি। থা অনি পুন্নকলব মতুংদ কলেকতব ওইবিব খাবদু বোমেসকি মহুৎ মেনেজব ওইন অমুক পুহললে। বোমেসন অমুক ওফিসকি থবকতগি পোথাহললে। কেসিযাবসু ধুমাকেতুগি নুপিন ওইবে। অদুগ রনেলন কলেকতব ওইবে। বনধান লৌব পোৎসিংসু ধুমাকেতুখোইদ থমলে মসি ধুমাকেতুন সিনবনি বিমলবুদি চুমচৎ চৎপ অঙাংনি হাইদুন মখোইন তৌনিংব তৌবদ বিমল মবৈ খর য়েৎচববসু মাগি অপামব থবক তৌগদব নৎতে হাইদুন অদুম হান্‌নগি ফমদু পুহললি। অসুমন মখোই মেমবব মসেনগি মবকত মবৈ খব লৈনববসু মতমদি অদুম হৌখি।

যাম থাজদব মতৌনি, ধুমাকেতুখোইদ থমব সনা অমা লুপা লিসিং মঙাগি ওইগদব, মসি মথোং খংদন মাংখ্রে। থিগৎনবদ সনাদু হনদোকপ্পব মতুংদ গোল লেজবদ সেল চংলমদবগি ব্রানি। লেজব চান্‌বদি বিমলগি মথৌনি। অদুবু ওফিস মতম লোইববকান্দ বিমল য়াওদন মেনেজব অমদি কিসিয়াবগি মতমদ হনদোকখিব ওইগনি। মবমদি ধুমাকেতুন পাইব সনা থমলিব লিসকি বোইদ সনাদু লৌখিব কনাগি সোই য়াওবমদ্রে। অদুন সনা মাংখিবসি মেনেজব অমদি কেসিয়াবন নৎত্রগ কেসিযাবগি ইমুংন ওইবগনি। মতাংসিদ মপান ইথোক থোকনদন য়ামন উংখৎনখি। অদুবু অমুক তুমিন্‌লৈসিন্‌নখি অদুগ সেলদু ওফিসন মাংজব অদুম তাইনখি।

বেংক হৌদোকখিব থা মাপল সুবকলে। অদুবু মেমবব খবদি মসাগি

সেনথাং সুনদব য়াওবি। অদুন অথুব মতমদ পুখৎনব হাইন লেপনবে। বোমেসক বনেলগ নৎতন অতে মেমববসিংদি সুন পুথোকনবে। মতাংসিদ বিমল নৎতন বোমেসপু য়ানিংব মিওই অমত য়াওদ্রে। অদুন মাবু কনানসু থওই- ৱাওইবিদ্রে। সমন মাবু কৌবিনব মি তাংলে। ওইবকলিব মতৌসিদ মহাক তোকলগে হাইদুন চে থাবকলে। মতৌদু ইবুজনিংবগ থোংগ্র তেকপগ চান্নব হাইবদুনি নোংমাইজিং নুমিৎ অমদ মেতিং তৌনব লেপনরে। মেতিংদু পাংথোকত্রিঙৈগি মমাংদ ধুমাকেতু, খাব বনজল মখোই অহুমদি হান্ন চে থবকপগি মতাংদ খন্ন নৈনখ্রবনি। মমিংতগি পাংথোকত্রবদি য়াববোই হাইদুন পাংথোকনখি।

ময়াম য়ৌবকলে। সেক্রেতবিন মিতিংগি সেম সাব লোইবে। চে থাবকপগি মতাংদ মুন্ন খন্নবে। বোমেস তোকখিবদ মেমবব অয়ামব য়ানবে। মতাংসিদ বিমল মখোইন তৌনবিবদু খংলে অদুন মহাক য়াম সাওনিংখি। বিমলসু তোকহৌবন ক্ষবদ্র খনদন,

-কাকান তোকলিঙৈসিদ ঐসু তোকলগে।

ৱাহৈসি ময়ামন ফাগি তাহললি। মতৌদু বিমল নুংঙাইখিদে। তানজাসিদ বোমেসসু য়ৌবকতুন কমদৌবে হাইদুন হংলবে। ময়ামন নুঙাইব পাওখুম পিখি। মদু মহাক নুঙাইখিবব খংদে। ধুমাকেতু ইংগিৎ পিবদগি তোকলে হাইব ৱাবেপ ইসিনখি। হনদোক্কদব সেনফমদু ধুমাকেতুন মাগি পোকেৎতগি লৌথোকতুন খুৎসিন্নখি। মতৌদু যেংবদ নুংঙাইব খব ৱাৎলি।

মবমদি মিতিং লোইবকপগ খুদকত সেন হনদোকখিব অসি মমাংদ সিন্নব মাললি। বোমেস ৱা কয়া ঙাংলমদন সেলদু পুদুন হনখ্রে। তোকখিবগি সকখং চে পিয়ু হাইবমদে। মহাক হনখ্রবদ ৱাবেপতু সেক্রেতবিন ময়ামদ পাথোকতুন তাহললি। সেনথাং পুথোকপ ঙমদবগি বোমেস লুপ্ অসিদগি তানথোকলে হাইব ৱাফমসিনি। মথংদ বিমলগিসু খংহন্নব হাইবকই, মদুদ ধুমাকেতুন,

-নংদি অক্ষব মিনি, তানথোকপ য়াদে।

মতৌদু বিমল হৈনিংদে। মবে অমা তৌৱি। আব আবদ য়াওব মিওই অমা তোকলগে হাইবদ য়াবগি ৱাফম অমদি তোকখ্রব মতুং চহি মঙা লৈরগ সেন হনদোকপগি ৱাফমদু পুখৎলকই। নিয়ম হাইবসি মিন সেমবনি, সেমদোকপ য়াই। অমদি বোমেস উনিংদদুন খুদকত সেন হনদোকখিবনি হাইদুন ময়ামগি লুচিংব ধুমাকেতুন বিমলবু থেমজিললি। মেমববসিংগি মনুংদগি কনাগুমব

তোকপগে হাইবদ য়াদব হাইদুন অনৌব ৱারেপ অমা খনন্দুন য়েসতায়দ ইসিললি। বিমলবুদি ময়াম চৎদুন খেমজিললি। অদুবু মহাক মৈ খোকন সাওরকথি। ৱাবেপসি ময়াম মোং অমত ওইন য়ানবে হাইদুন সোই তৌনরে। বিমলদি সোইদু তৌদ্রে। অদুবু মতোমতন য়েংলুবদি কান্নব ফংদ্রে। উপাই লৈত্রদুন মহাক সাওন ময়ুমদ হনগ্রে। মেমবব তবুকতু কবি- করিনো তান্নহৌরি।

লমপাক মচি অমদ বিমল অমদি থোইবি ফমমিন্নদুন থমোইনুংগি ওইব ৱাফম কয়া পাওদমনবি। য়ুম পানব য়াবব চহি ওইরকলবনিন য়ুম পানবগি মতাংদ ৱাফম কয়া কুপন খননৈ। থোইবিন,

- বেংক হৌগৎলিবদু য়ুম পুব ঙমলোইদ্রো ?

মতিক চাদব পাওখুম পিবকই। য়াম হৈনিংদব মতৌদ,

- মোং য়াম তিন্নদে, কমদৌদৌনো খংদে।
বেংক যাওরুবর হাইববু, তোকলগেসু য়াদ্রে।
য়ুম পাললোইদৌবিবব খংদ্রে ।

পুনসি লমবিসি য়ামন চিংনবকপ, লমবিসিদ মবি লৈনব নুংসিনব মাইকৈ লমমুকনরব তেবা মফোন ওইদৌরিবব হাইদুন মখোই অনি খন্নরি মতাংসিদ বিমল,

- মিন তমববুদি লাইন তমবন হেনজিল্লকপ লৈ।
পংৱা ৱাব পংনুং নুংঙাইব, কানন খংনি।
- চুমমি। অদো ঐদি য়ুম পানব য়াববনি।
- অদু ওইবগন অমা য়েংগ্রোদল।
- পাওখুমদুগির, অসুক কুইন আসা তৌরকপগি ?

মিংলু পিবাং ইহৌরকই, মসা পুমব তনিক্ তনিকন মখা তাবকই।

- নহাকতি ঐবু কাইনব ঙমখিব য়াই।
ঐদি ঙমলোই।
নহাক য়াওদ্রব ঐগি পুনসি অবেমবনি।
নংন ঐবু মিরাইরব, ঐদি সিখিনি খংঙু।
- ফরে, কবিগি অদুক সোনথবিবনো,
ঐ লৈরিবসিদি। সাংলব পুনসি লমবিসে
নং ঐ চৎদুন চৎমিন্নগদৌবিরবনি।
ঐ খর হোৎনখিগে।

২৯/মি অমসুং ৫

সনথ্যা য়াচংলকতুন মখোই অনি হৌনমিন্নবকলে। খোইবিসু ময়ুমদ চংখ্রেরে। বিমল মমানব জোইগ ব্রারি সান সান অসুম লাকমিনৈ। বিমলগি ব্রারি লৌইথ্রবদ অমুক জোইগিন মহুৎ সিনগ্রে। মখোই খুন য়ৌরকপদ থাবল নিংথিন থোকলে। লমহাংদ ফম্মিন্নদুন ব্রাবি মখা চংথে। জোইন মখোই মমাংদ লৈব, মমান্নব, দেলিদ মহে অমলিব দিলিপকি নুঙাইব ব্রারি অমা লিরকই। বিমোলা কৌবি লৈসাবি অমগ মাগ নুংসিনবজাংনি। মখোই অনি য়ুনিভরসিতিসু পুনব অদুগ হোসতেলসিংদ লৈবনি। হৌনদক দুর্গা পূজাগি সুতিদ খুদোংচব লৌনবগি ব্রাবিনি। দিলিপকি মমান্নব ভাবদ লৈব অমন বিমোলাগি মবুং সাদুন মখোই নুপিগি লৈফমদগি লৌথোকলুবগ দিলিপ্‌ক পুন্ন ভবাগি কা অমদ লৈমিন্নখিবগি ব্রানিদ, মতাংসিদ বিমল,

- হৌজিকসি মওং অমা তৌরকলে।

মসি চংনবি ওইবকপ অসিদনি, নুংঙাইত্রিবসি,

বিমলগি য়ামন সেরিঅস ওইসিন্‌খিব মতৌদুদ জোইন ফাগি ওইন নোকললকতুন,

- মসি ফরিবনি, চাওখৎপগি মতৌনি।

ঐখোই চাওখৎপগি মতৌ তমব চংঙি।

-মেতবিয়েল ব্রাবলদগি নুংঙাইবদি খংঙুবে।

মোবেলন অা পতানদ।

- পুমনমক পুন্সি খোংচৎত মথেলসিংনি।

- মাইকৈ খুদিংমকত হিংবসি য়াম লুসিলকলি।

- ইচাও লাকলগবু চেললুব য়াবুখিদ্রো,

পাখং লৈসাবিগি ব্রাফমসিমদি য়ুমদ মমা মপা খ্বাই ময়ামন চেকসিন্ন সেন্নবদ ফাওব সোইব য়াওনরিবনি। অদুগ অা মপান লমদ চহি কয়া মহে তমদুন লৈরিবসিংদদি করি হাইবুনি। অদুবু অমরোমদ মসানবু গ্যান তানরবদি....।

ব্রাবি খংলেপ লেপখি, নোংমৈ মখোল তাবদ। কদোমদনো মুন্ন তাই খুনগি নোংপোক থংবদ লৈব অসাম বাইফলগি। কেমদনি হাইব খংলে। সোইদন অচৌব ইরাং অমা থোকলনি হাইব খংলে। মখোই অনিসু পাখংতুন ময়ুম ময়ুমদ থুনমক চংনপ্রে। অসুমন কেমদ এতেক তৌবসি সিফাই অসি- অনা য়াওরবদি খুদকত কোমবিং ওপবেসন তৌব সোইদ্রে। নুমিদাংদ ময়াং সিফাইন ওপবেসন তৌব হাইবসি করি ওইগনি। চিংনব মফম খবদ নোংঙাললমদাইদ মৈতৈ পুলিস অমদি সিফাইগ তৌব অদুগুমবদি খব ফবু। মসকত উবদ নুপি অঙাংসিংদি খংনরিব সিফাইসিংন ময়ুম ময়ুম চংদুন মনিং তৌগদৌবিবনি। নুপা

মখৈসু ফুব য়াব মখৈ ফুরব মতুংদ খুনগি লমহাং মচি মচিদ পৈসিনদুন থমগদৌরিবনি । অঙাং নুপি নহাসিংদি কমদৌব লৈকাইগি নুপি মখৈ পুনসিন্নব নংহৌববদি ফৈ । অদুবু নুমিদাংনি মমাংদ থোকখিবদ তানখিব পাও নাপ্পদ ঙংলি । লৈসাবি মৌনহান,অঙাং উনব পংকুই কুইদ্রিবি ফাওব,ময়ুম কুইন থাদোকলব সিফাইগি খুৎত তাখিব । ৱাখলসিদ খুনসিগি মিপুম খুদিংমক মিহুন থরকত হুন্নখি । নোংমৈ মখোল বোমগি মখোল লন্ন তাবি।

অনা অয়েক অমদি বিপি ৱাংব কয়াদি পাখৎনদুন ৱান্থাব কয়া য়াওবে। অমদি কিদুন খোং পংহামদ হামব কয়ামসুনি য়াওবিব, মপান থোকপ কিদুন ইমুংদ মাংসিন্নবসু য়াওবে। অসুমন বিমলখোই খুনসি কবিনো তমব ঙমদব খমথেংন মিপাইনবব অৱাব দসা অমা তাবে ।

নৌবিবি লৈসাবি মঙা অমদি মৌ নহা অহুম থৌদোকসিদ লৈবাং লৈনা হিকথখি মিংলু পিবাংলকত। মখোই খবমদি নোংঙানবগ মবি মতাসিংগি য়ুমদ চৎপ সাদুন হোসপিতালদ চৎনখি। অদুবু মবকতুদ লৈসাবি অমদি থৌনাফবি ওইবমদুন, প্রেস ওফিসত ওইন চৎখি। মাবু ইজৎ লৌবিখিবগি পাওদু ময়েক সেংন হাপলে। লোইনন মেদিকেল চাংয়েং কয়া তৌনবসু সেম-সাব লোইখ্রে। নুপা পাখং অঙাং কয়া অসোক অপন নংখি । লোইনন কেমগ হেক থংনব য়ুমদুদগি মি সিখি। অমন লুহোংলুবৈ চাককৌদ্রিব বোবনি। অমন অহুন অনাবনি। সিফাইসু তবুক সিখি। থৌদোকসি মনিপুবগি অচৌব থৌদোক অমা ওইবে। হৌজিক লাকখিগদৌবিবন, সিখ্রিব অমদি ইজৎ মাংলবি মিওইসিং অদুগি অচৌব ইবাং অমা থেংনব তাবি। অসিগুমব থৌদোকসি হৌবকখিব ফম কুইবকলে। লোইসিন্বসু নাইবোইদৌবি । অদুন মিচম্ প্রজাসিংসি ৱাখিব তাবি ।

*****

## নিপানসুব সন্নুক

সরকাবন লৈখিদ্রব মিওই অমম্দ লুপা লাক অমা পিবদ য়ানখ্রে। লুহোংব কুইন্দ্রিব নুপি মচাদুমদি য়ানিংখিদে। অদুবু উপাইসু লৈখিদে। খুইথদ্রিব কুন্দো পরেংদুবু য়েং নিংঙমদন খাংল্লি। নুপি মচা খবদুদি মনা মনিন নাইখিদ্রে। হিংব অমসুং ইজৎকি খন য়েংদুন। অদুবু থৌনা ফাববি অদুমদি লৈবাককি অচৌব ইসু অমা ওইবে। সিফাইসিং মেদিকেল তেইস তৌবদ (RNA, DNA) সিফাই অহুম চেন্নরে। ইনকাইবি কমিসন্গি থৌদৌদু মিয়ামন পেন্নবকতদুন মালেমগি হিয়ুমেন বাইৎত কেইস তৌখ্রে। মতাংসিদ খংলে হিংবসি পংহিং হিংব চুমদ্রে।

বেংক হাংগনি লাকলগ জেনরেল ইসত্রাইক্ন যাদ্রমিন মখোই লাকলিব ম্নি মখৈ মিতিং ওইন তৌবে। এজেনদাদি হান্ন সেমহৌদ্রবনিন, ওকিস হোংবগি য়ুমবুদ লিসিং কুনগ্রা দিপোজিৎ তৌসিন্নব সিন্নব। অমন আইবন্ গোদ্রেস অনি লৈনব অমদি আইবন্ তেবল অনিমসু লোইনন ইসত্রোংবুম সেমব। ব্রাফমসিং অসিগি মতাংদ খন্নব হৌরে। পুং মবি মঙা চংন কুপন খন্ন লৈনবে। নবা অমদি বিমল নৎতন অতৈ মেমববসিংদি ব্রাফমসিং অসি লোইন য়ারে। মখোই অনি বেংকসিদ য়াওবসি হৈনিংদব পোকলে। মিতিংগি ব্রাফম অমসু মিন সেল থমজিল্লকপসি য়েংন য়েংন লৌসি অসিনি। অদুবু মখোই ময়ামন বেংক হাইবসিদি সেন লৈরিবমখৈ চাওখৎকদৌবিবনি হাইদুন বিমলগি য়ানিংদব ঙাকত তৌবে। ব্রাফমসিংসি মোং অমত ওইন পাস তৌরে সোই তৌসিন্নবে। মখোই অনিদ, খাবন,

- সোই তৌসিললো, তৌব তৌদব চপ মাননৈ তৌসিললো।

ঙসিদি বিমলদো কৈদৌববনো খংদে সোই তৌসিনখ্রে। নববুদি হান্নগি হান্ননি। মিতিং লোইদুন য়ুমদ হনখ্রে। খাবগ ধুমাকেতুগ অমদি রনজলগদি

য়ৌ(য়) লৌথুদুন চানব খরগ ওফিস মনুংদ লুংঙাইখিনন্নরে

নুমিদাংসি বেংককি ৱাখলদ বিমল তুমব য়াখিদ্রে। হনদক মচানুপান য়ামন চবক- চহিংনর,য়ামন লৈতফম খংদ্রিবসি মমা মপাসু খংঙি। ফমুংদ হিপ্‌নে ৱাখল তৌৱি। কোকত ৱাহং পাওখুম তৌজখি। তোককে হাইবসু য়াদব। ঐগি অপামব অমতসু চৎপিদব। ঐগি ৱাসিন লনাইগি ৱাসু নৎতব। মখোই খরন তৌনিংবত তৌব। বেংক হাইবসি সেলন সেল তান্‌বনি হাইবসি মখোইন কাওথোকপ। মিগি সেন মপোৎ সাব। লোন পিবদসু মখোইগি খংনব সিংলোইদব মিদ পিসিনব। বেংক চহি ফাবকপগিনি হাইদুন চাকচা- হৈজানবদ সেন য়ামন খরোস তৌব। অসুমন তৌদুন লৈববদি মতুংদ কমদৌব। ফমুংদ থরো থরো ওনদুন লৈরি। মচিন থোকন ঙাংথোবকই,

- ঐ করি তৌনি ?

অতোপ্পা উপাই লৈখিগদ্র ?

হৌগৎতুন অমুক মপান থোকখ্রে। মহাক চৎখ্রিবদু মমা মপা কনাসু খংহৌদ্রে। মাইকৈ খংদন খোংন পুব মফমদ চৎখ্রে। ঙসিদি কবিনো সিফাইসিং অমত থেংনদ্রে। অসুম লাকপন মখোই খুন্‌ লান্‌থোবক্‌প অদাইদ বিমল গ্যান লাকই। মতোমত সোন্‌দোবক্‌ই,

- এ! য়াম চৎলমলেদন।

ফবে, থোইবিখোই খুন্‌ য়ৌরমিন মখোইদ চংলগে।

থোইবিখোইগিদি হুই লৈতে। অদুন তুমিন্নন থোংগান্দ চংখ্রে। নিংঙোল কাবোমদ চংদুন থোংনাওদ য়েংঙি। দাও য়াবনি থোংনাওদু লোন্‌লমদ্রে, চৈ অসাংব অমা য়েংদুন থোংনাওদ খিংজিনদুন থোইবিবু হৌদোকই অহান্‌বদদি থোইবি খংই। অদুবু বিমল ওইবমবদুদ হনথখ্রে। মপান্‌ থোবকতুন মখোই অনি মনিং পুম্ভি মপাললোমদ চৎমিন্ননখ্রে। ঙাইহাক তুমিন্‌ ফমদুন লৈনৈ, মতৌদু বিমলন ৱা হান্নন হৌবককদ্র হাইদুন তৌবুবনি।

- কৈদৌববগে নুমিদাংসিদ লাকইবো ?

বেংককি ৱাখলদ তুমব য়াদবদু সিং নান্নন তমথোকলে। মবমপুমব খংলবদ থোইবি অৱাবদুদ সৱুক য়াখি। লোইনন কবমতৌদুন বেংকসিদগি তোকপ যাগনি হাইবসিদ মখোই অনি পুন্নন ৱা তান্ননখি। লমবি ইফং ফংদে মতমদি চংখিব লেপখিদে, নোংয়াই মতুং ওইরকলে। মমৈদ লমবি অমথক ফংলে বেংককি মেমবরসিংন নিয়ম য়াওদব থবক খুদিংমক ইসিনদুন থমলগ মতুংদ ৱাকৎ চে থাজিল্লসি,অসুমন মখোই অনি পুন্নন ৱারেপ্‌নবে। কোক খব পুন্‌সিলবদি ৱা অমা থোবকই হাইবদুনি নোংঙাল্‌লমদাই য়ৌবক্‌লব অদুদ বিমলন,

- ফরে। ঐসু হন্নব তৌরগে নোংসু ঙাল্লক্কদৌবে।
হৌজিক ঝাফমসি তৌবসি।

বিমল হনগ্রে। থোইবিসু নিঙোল কাদ চংগ্রে। অদুবু হিপথে হাইবত্তনি তুমথব য়াদে। নুংসিব অমমগি অবাব পোংলুম পুকগী মান নুংঙাইফম থোকতে। তুমথব য়াদ্দন নোং অদুম ঙানগ্রে।

হনতক নৌন সংগথিব তোন্সনাগি চেককি বিলদিংদুদ বেংককি ওফিস হোংলে। মাগি ভবা লুপা লিসিং অমনি। দিপোজিৎন লিসিং কুনথ্রানি, কাবুদি চাওরি,কাসু অনিনি বেংক অমগি হৌনবি বেক নুং নিংথিন সেমসাববনিন নুংঙাইবে। যাম মাললে ঙসিন ওফিস অনৌবদ থোং হাংব অহানবনি মেমববসু সুন কাবকই। মিওই মবিন ওফিসকি থবক পুবি। অতৈ ময়ামসু য়েংসিললি বিমলদি থবক তৌবদ য়াম চেকসিললি মিন বা ঙাংফম থমদে। মতৌদুদ ধুমাকেতুন,

- ইবুংঙো বিমলসি থবক চেকসিললি।
মি হাইবসি থবকন মসক তাকই হাইবদুনি।

খাবসু ফেনসিললকই,

- অনৌব ওফিস অসিদি য়াম চেকসিন্‌ন উরে,
হান্‌নদৈ ইচু তাবহেললে। খিললিব আইবন গোদ্রেস,
তেবলসিং য়েংবদ মগুন বাংহললে।

বিমলন বা অমতং খুংলকই,

- মানববুদি অসেংবন তুং কোইব হেললি।

বাহৈসিগি আবথ থংলব মিয়াম তুমিন্ লৈনখি। নবদি বিমলবু মুনন যেংলকই। ইসতাপসিং মথৌ তৌনবি। মেমবব ময়ামন বাবি তৌনবি। মবক থৎন বনজলন, - সেল বেলেস বাংলমিন, মথৌ পীব চুমগনি। মযাম মাগি মাগি মোং পিনবকই, ফজব বাফম ঙাকতনি। থবক ওনবদি হেক য়াদব। ভারত পুমবগি কববাব লোইন চিংথোকলুবব মতুংদ ওফিস কাদুগি মচেৎ অমা খাজিলদুন লাইবিক চে, কলম য়োল্লসি হাইদুন য়ানবে। অদুদগি অতোপ্প ব রাফম অমন হাব, তিলহাৎ হিদাক যোল্লসি হাইব অসিনি।

খননবিব ময়ামসি বিমল হৈনিংব পোকতে। অদুগ অমন হাবগি মতাংসি বনজলদি হান্‌ন য়োনদুন লৈবনি। অদুন বিমল থজিক য়ানিংখিবগুম তৌখি। বাফম অনিসি মিতিংদ পুথোকতুন খন্নব হাইদুন লেপ্নবে।

*****

# মাপলসুব সরুক

বিমল বেংক চংত্রে। হনতক মি অহুম ইসতাপ্ ওইন লৌসিললে। দিপোজিং মতিক চান থমহন্দুন। অদুন মেম্বব মবকতগি অমন মেনেজব ওইহল্লি। মসি সিনদোক- সিনজিন তৌগদবনি। হৌজিক খাবন মেনেজব ওইবি। থবক চংতব অসিন বিমল তৌফম খংদব অমদি মাইয়োকনরি। ইখং খংহৌদন ক্রিসন বিমলখোই থোংগালদ চংলকপ উই। মতমসিদ বিমল তৌফম খংদে। নুংঙাইবসু পোকই, ইকাইবসু লোইননা ইথক থকংলি। মহাক গাবি দাইভব অমগ লাকমিনবনি। মপুগি মচানুপিনিন বিমল মমা মপাখোই পুন্ন হবাও- তয়ামন ওকই। অহাওব য়েনসাং অমা চানব সিল- লাংঙি। পুত্রিদগি ঙা ফাদুন সেম্ সাব লোইবে। লোইনন মমান চাক ইসিং থোংব হোংনবিঙেদ বিমল অমদি ক্রিসন খুংগংগি ফজব মফমসিং য়েংলুসি হাইদুন কোইথোকখি। দ্রাইভবদু বিমল মপাগ ব্রাবি- ব্রাতাই তৌহৌবি। লৈকাইগি লৈসাবি মচাসিংসু মমাগি মতেং অদুম পাংলে। উপাল- ব্রাপাল, হৈরাং- লৈরাং মপুং ফান হৌবিব সাংলিব তুবেলন থেকন- খোইন চেললিব। অমদি নোংপোক ওন্ন য়েংখিবদ চিংসাং পবেংন লোইবোই সনদোকপ্রিব পুমনমক অসিন ক্রিসন পেলহনখি।

- নহাক য়ুমদ লৈবে, খংব কুইদ্রি
  ইমাখোইন ঐঙোন্দ হাইবকতে।
  ঐন মপান্দ লৈবিবসি চহি অমা মথাই সুরে।
  থববুদি ব্রাংলি।
  ব্রাববসু মতমদু ঙাইম্মিনখিসি।

অবথা লৈন খিগংলি। মতৌদু ক্রিসন চিংনব পোকই। মাবু নিংসিংবিদ্রবর হাইদুন, অতোপ্প কনাগুমবিদ মিয়েং চংত্রবনো খন্দুন,

- নং ঐবু নিংসিংত্রমনে।

বিমল নোকখি নোকখি তৌদুন লৈবে। মতৌদু ক্রিস্‌ন মপুকনিং ঋারৌখি। ফিবম হন্‌জিল্‌লগ, মখা সম্‌থবকই,

- ঐ নহাকক হিংমিননিংঙি,

নহাক য়াওদ্রব ঐগি পুনসি অবেমবনি।

- ক্রিসন ঐবু চিংনগনু,

ঐ নংবু নুংসি। অদুবু থাক খেনমন্‌বসিদ

ঐ তৌফম খংদে, কবমন হিংসিগে খনবগি মবোনম,

ফবে, ঐবু থাজৌ,

মখোই অনি অমুক য়ুমলোমদ হল্‌লকলে। চাক চাথোক্‌নব পাওগ ফাংজিন্‌নদুন মখোই পুন্‌ন চাকসংলোমদ চংমিন্‌নখ্রে।।

বিমল মমানে মপানে মখোই পুন্‌ন বেংককি মতাংদ মুন্‌ন তানৈ। মতুংদ তোকলগে হাইন চে থাজিনব হাইদুন লেপনবে। হৌজিক বেংককি মেনেজব গৌরোন ওইবি। রনজলন কেসিয়ার ওইবি। লোইনন বনেলসু সেনথাং সুদে হাইদন তানথোকত্রবনি। খাব অমদি ধুমাকেতু মিন বন্‌ধান থনম্ব ত্রেকতরদু হনদোকপ লাকতবদগি লৌখোইনব অমদি অতৈ থবক সিজিন্‌নব মখোই অনিন সিললাংলি। বন্‌ধান থনম্ব গারি অচৌব খবসু লৈবিবনি।

বিমল ওফিস মতমদ বেংকত লাকই,দাও য়াবন বনজল থেংনবে। চে পিসিললি পাদুন য়েংঙি তোকলগে হাইবনি খংলবদ লৌ হাইব য়াদ্রে। মমাংগি তোকপ য়াদব ঋাবেপতু পল্‌লকই। মদুদ বিমল মিতিং অমা তৌনব হাইখি। ঋ াকমদুদ চেদু লৌহৌবে। বিমল ময়ুমদ হনখ্রে। চেদু কোপি অনিগ তৌদুন রিসিপ তৌবো হাইব তৌদে। মদু খংদবগিব নংত্রগ চমখোকলিবব হাইবসু খংদে।

নোংমা হৌখি খংহৌদে চে থাজিনখিবদু থা ফাজিনখ্রে। ঋাবোলদু অতৈ মেমববসিংদ পাও পিবমগদব মানদে। মদু মাগি কবমব নিয়োমনো খংদে। অমুকসু ঋারি ওইন সারমগদবসু হেক মাললি। হৌজিক বনজল বেংকসু পুবি। হাব, তিলহাৎ হিদাকসু নিংথিন য়োললিবনি। অদুন মা থবক চিললি। নোংমা বিমল মিতিং কৌবকত্রিব কবিগিনো হাইদুন রনজলদ হংলুই। পাওখুম অদুদ বিমল সাথিন সাওখি। ঋাহৈদু,

- চেদু মাংখ্রেনে।

- এ মদুবু য়াব ব্রাবনে ?

ঙাইহাক মবৈ কন্‌ন তৌনবে। অদুবু বিমল উপাই লৈতে। সাওখিবন মিৎত ইকাখি। ময়ুমদ হনখ্রে। পাওদু মমা মপাদ তমখি। য়ুমদসু কন্‌ন সাওনবে। অদুবু উপাই লৈতবনিন অমুক চেদু ইবে। নোংঙানবগ চেদু বনজলদ পিবুবো হনদকতি খন্‌নদব য়াববোই খংলদুন মাগি হাব য়োনফম কাদুগি মনুং থংব কাদুদ নুংথিল অমা খাবনে,ধুমকেতুনে মখোই খব পুনখি।

বিমলগি চেদু পাদুন মবোলদু যেংঙি - 'ঐ হকচাংসু খব সোনদম নাদমবনিন বেংককি থবক থানদ মাইপুনব ঙমলবোই। ঐখোই বাবাসু য়ুম পুবিবনিন মান পুবসু ওইথোকলবোই। মবমসিন ঐহাক বেংক অসিদগি পোথাজববে'।

ব্রাফম অসি খন্‌নবব মতুংদ ধুমাকেতুন বিমল তোকখিব যাদবগি মতাং মখোই কুপন নৈনৈ। অসুমন মি লোইন তোকখ্রবদি বেংক অসিগি দাই কনান ওইহৌনি ব্রাফম অসিনি। লোইনন মতুং মিতিং কৌদনব বিমলন হংলকলবসু উলৈ পালৈদ লৈসিননব বনজলদ খংহললি।

ব্রাফমসিদ গৌবোন য়ানিংদন,

- হেবদ, অদুমন তৌবিব হৌনদে। মাদি যাম ফবনি।
মনা থবক পুবিঙৈদ বেংকসিগি অমাংব কবি তৌবমমি।
মাগি যাবিদুন সেলগ হনদোকপিখিনব তৌসিদ।

ব্রাসিদ নবাসু মতেং পাংসিললকই,

- হোই মাদি য়াম ফব অঙাংনি।
অদুমন মঙোনদ তৌবিবদি চুমলোই।

মখোই অনিন য়ানিংলসু মি অহুমন য়াদ্রবনিন ঙসাইগি ধুমাকেতুগি ব্রাদু চৎনব তাবি। অসুমন উপাই লৈত্রে। মতম খব হৌখিদুন থা অমুক ফাজিল্‌লকলে। মতমসিদসু মিতিং কৌবকত্রমিন, বিমল তুমিন লৈথোকখ্রে। খব লৈবগ সেল হললো হাইবুগে খনখ্রে। নিয়োম অমদি লৈ, অসুমন চে থাজিল্‌লকপদ থা অমগি মনুংদ মিতিং কৌদুন তোকপ য়ানি য়াবোই হাইব পাওখুম পিখিগদবনি। য়াদব যাব মবম সুন উৎকদবনি। মসি ওইদ্রমিন বিমলন চুমব অমদি লৈবে। মবমসিং অসি বেংককি মেমবসিং খংলিব্র- খংদ্রিবব হাইবদু খংদ্রে।

ঙসিদি বনজল খিকা তৌবে। খিকাগি সেনদু বেংকতগি লৌথোকতুন সিজিনবনি। থবক লোইবফাওব বিল ফংদদুন ঙসিদি বেংকসি য়ামন লুব ফিবম অমদ লৈবে। সোমদসু চহি অমা ফাজিল্‌লকলে হাইদুন বিমল বেংকত চৎতুন

সেন হনদোকপিনব ৱাকংলুই। মতমসিদ বনজলন খুমলকই,

- করিগি সেননো হনদোইবু ?

- এ, কা মমৈদ ফংতব লাক্কনিদ।

- হে অঙাং, মুকসিল্লক্কনু মদুদ চংকদব নংতে।

- নবান্ন নপোং ফাৱকলবদি ,

মতম অদুদ নখোইবু কনানসু কনবিব ঙমলোইদ।

সাফরিঙৈদ মি উদব তৌগনু ,

পুন্সি অসে খুবাক-খুনম্তনিদ।

অসুম ঙাংনৱক্লবদি মমৈদ সোইব লাক্লনি খংদুন, বিমলবু থেমদুন থাদোকখ্রে। মিসি হাইজবক্লদি সাওবমবদু হেক হন্থৈ। অদুবু ৱাখল নুংঙাইতন বিমল হনখ্রে।

বিমল তাংদাংব খংদ্রিব বেংককি ৱাখলসিন মাগি পুকনিংবু লাংতক্নহল্লি। লমবিগ থংনব অৱাংগি লমপাকতুদ ফমদুন লমবিদ চংলিব অচং- অওং য়েংদুন পোথাবি। মতোমত ফমবগি চিকপদু ফবগনি। জোই কোইব চংলুবদগি ময়ুমদ চংদন পাওদমলে।

- কাসতিংদ কে পিবনি।

ঙসিত থেংনবনি মতমসিদ নুপিগি মসক লেপ্প ঙমদ্রে।

য়ুম পান্নিংলব নুপি কয়া তানজা চাদদুবন থিবি। মসি হেকতমক পামলকপগ য়াব নংতে। য়ুমবাল্ লমবি হাইবসি য়ামন লুব অমনি। অদুগ ঙসিদি লমবিসিদ পাখং-লৈসাবিসিং অসি সেবিয়স লৌদবগুম তৌবি। থেংনবুব অদুন লাইবকনি খনব য়াওবকলে।

খুদি হেকথিৱুদুন পুনসি অসি কবেমনবকখিব য়াওখিদব নংতে। মসিগি ফল কবিনো ...। ৱাবিসিং অসি তাবুবগ জোইদ বিমল ওনসিল্লকই,

- নংগি পুনসি অসি ময়াই য়ামন কললি।

ঐগিন অসুম মমসিল্লকলি।

- মসিদি ৱাখলগি মখা পোন্বনি ,

বিমলগি মসা পুমব চিংনবন য়োমসিল্লকই, ইমুংগি, নুংসি-নুংওনগি খাকতন। মসি লাইবককি খৱসু য়াওবিবনি। অমবোমদ জোইনদি চমন পুন্সিবু লৌবি। থবক পাংথোক্কদবনি মহৈগি ৱান অমনি।

*****

# তরাসুব সরুক

বিমল কোকত চহি পাই, মঙা সুবে। নুংঙাইব পোকই। মসি অতৈ কবিগিসু নৎতে। ব্রাবি য়ামন সান্নববদি বনজলখোইন অবানব অদুম তাবক্লনি খংলদুন সেন হনদোকপগি মতম চহি মঙা থাখিবনি। মসিতন মংলান খববুদি সাগৎলুবি। তানজাসিদ মমান চাকপাও পিবকই। চাকসং চংদুন চাক চাথোকলে। ফি অমুক হোংদুন বেংকত চংলে। বজাব য়ৌববদ বনজলদি বেংকত লৈবমদে মাগি হাব য়োনব দুকানদ লৈবমলে। সেন হনবিনব হাইখিব মতম যৌবে হাইদুন মখোই অনি তাননৈ। লোইনন চহিদু চুম্লবব হাইদুন যেংমিনৈ। অমুক লৈথোকনব উপাই লৈতদুন খদ্রক অমা তৌব হৌবকই,

- হনদকসি সিবি য়াম নেমমি।

অদুন খব হেক ব্রাংলকপদ পিথোকনব তৌগে।

অমুক লাকত্রবসু ঐ পাও পিবককেদ।

- মচিং ওইন হনদোকপিবসু য়াইদ।

ঙসি পাও ফাওনব মাললি সানতি ওইন তৌরি। তসেংন হনদোকপিবগে খললিবব নৎত্রগন ঙাইহাক ঙাইহাককি লৈথোক লৈসিল্ল খংদে। ব্রাবি খুদিংমক মমা- মপাগ পুন তানমিনৈ। মতাংসিদ মপা ইবুংঙো অঙাং ওইববসু মচা নুপাগি মফমদ ইকাইখি।

মমা- মপাদ বিমলন ব্রাম হাইবকই,

- ময়ামসি থোকপ য়াই হাইদুন ..।

মতম অদুদদি ইমাখোইন কন্ন য়ানিংখিবনি

মমান হৈনিংদন,

- অসুমন মতমদুদদি খল্লুদেদন।

৩৭/ সি অমসুং ৫

বিমলবু উনব জোই লাকই, মহাক তৌফম খংদন ফমুংদ লোংন হিপতুন লৈরমমি। মাগি অদুগুমব মতৌ অদুদ মনাকত চংসিনদুন, পাও অমা তম্লক্ই,

- থোইবিদু য়াম ৱান তৌৱি,

- মাবু কবি অমুক মাইযোক্নববগে ?

- মমা- মপান অতোপ্পদ থাজগ্রমনে।

মসিদ মহাক নুংসিবগি খম থেংন অৱাবদু থেংনবে।

পাওখুম পিদে, ৱাখল অমা তৌবগুম উই। মতৌসিন জোই চিংনব পোকই। মহাক খললি, কনাসু মচাসিংবু ৱাজবুরো হাইন থাদোকলোই। মাগি ফিবম খংলদুন মমা- মপান ফগদব অমা যেংদুন থাজখিব ওইনি। মতাংসিদ থৌনা পুথোকলুব মতাং চাদে।

- ঐন মহাকপু নুংসিজরুবনি, পামজবুবনি।

অহল- লামনগি আসা থুংজগ্রসনু।

মসিন ঐগি ফজব ওইবোইদ্র ?

- নংতে মদু, নুংসিব অমগি থৌনা উংহননিংঙি,

- মিয়ামন গ্যান য়াওদব, ওকতবনি হাইহনগ্রসিব ?

- মসিদি নুংসিবগি মসিননিনে।

তুমিন লৈখ্রে বিমল, মকোক খোংতুন তবং অমদ তাওখ্রে। অমুক জোইদ ওন্সিলকই,

- ঐ কবি তৌনি হৌজিক ?

থোইবিবু উন্নগদবনি অসিনি। মদু ফাওবদি চুমগদর খনখ্রে,বিমল মঙক নোমলক্ই। ঙসি নুমিদাং উন্নবুসি হাইন লেপলবে। পাওন থবক ওল্লকলবদ হবাও-হবাও চংখ্রে জোইদু।

মিংলু পিরাং সিনথ,নুংহিকন লৈরমব থোইবিবু উবগ তুমিন্ন লৈসিন্ব ঙমখিদে বিমল। মখুৎ তিংথোকতুন পিবাংদু তৈথোকপিখি। মতৌদুদ পুকনিং নুংসিবকতুন খোনজেল থোকন কপ্লকলে,

- ঐবু নুংসিদ্রবব, হা নহাকপো ?

- কবিগি অদুমন হাইবিবনো,

হিংনিংদুন হোংনবিব ময়ামসি কনাগিনো ?

মথানুংদ চংজদুন কপন কপন য়ুমদ পুবিনব হাইজখি। ইকাইখ্রন নথৈগ্রবি মাগি মতৌসিদ চমন পাওখুম পিব ঙমদ্রে। অমন মহাক হৌজিক হিংব ঙমজব মি

ওইদ্রি। লোইনন,বেংককি চয়েংনব ব্বা অমসু লৈবিবনি,

- নহাকন ঐগি লেপ্‌পিব ঙমলোইদব লৈবদি
নুপি ওইবি মপোকনি,নংন খংলবদুনি।
লেন্‌খিব তাবনি কপন কপন পুনসি অসে।

য়াম থজদব মতৌনি, য়ামন লৈবাক মচা তান, থোইবিগি মমা- মপা অনি থোবকতুন য়াম নুংসিবিব মতৌদ মচা অনিদ হাইজদুন থোইবিখোই ইমুংদ পুসিনখ্রে। য়ুময়াই কাদ ফমলদুন,

- চুমমি নুংসিব মাগি ময়াই,
থাজবসু থমলি নখোইদ ইমাখোইন,
মতাং অমা ওইখিদুন, নুপাদুগি মপাদু নপাবুংগি
চানবব মবুপনি, মখোইন হাইনখিব অমন . ।
ইজংকি ব্বা লাকপদগি নচলসি থাজখিবনি।

বিমল লেমখোকপ নংতন উপাই লৈতে। অমুকসু লমলানব অঙাং মঙোনদ ইকাইব নংগদব অদুদগি কন্‌বিনব হাইজবকলে। মিকুপ অসিদ বিমল খোনজেল খোকন কপ্‌লকলে। থোইবি খাংঙমদ হৌগংখ্রে। বিমলসু লেমখোকন,

- ইমা,নচান ফনব সিনজবগে।

বিমলগি ব্বাসিদ অকনব খোনজেলদ থংনব কাদুদ লাওবকখি। থংনব মিকুপত ব্বানথখিব ওইন তৌখি, ময়াম চংদুন লাইকন্‌নবে। অমুক গ্যান লাকই। মতৌসিদ মমান,

- নংননে মচনসিবু থেমজিন্‌বিবমু।

থোইবিগি মনাকত চংদুন থেমজখি। বিমলবু থমোই সেংন নুংসিন্নবদি মবুং মচনগি মবি অসিন হেন্‌ন অফব লাক্‌লনি হাইদুন থেমজিন্‌নখি। বিমলন হোংলকলিব ব্বাখল অসিদ থোইবি থৌনা পুথোকপ ঙমখিদে।

- নহাক ঐবু মিবাইবব ?
ঐদি নুপিওইবি মপোকনি।
ব্বাফম অসিমদি কাওবিগনু, নংবু থমোই সেংন
নুংসিজব ওইববদি পুনসি অসিদ নহাকপু
কাওব ঙমদব ওইগ্রগে।

বিমল মসা পুমব নিকই, মিৎলুদ পিয়াং সিনথবকই। মদু ফাজিনদুন পুকনিং হকচাং মাননদব ব্বাহৈন,

- থোইবি ঐদি নংবু নুংসিদে,

মমাংগি মরিদু ঐগিদি মতম লেনখিবনি ।

মপি তৈথোকতুন মপান্ থোকখ্রে। কনাসু খামলুব নংহৌদ্রে। খোলজেল থোকন কপলদুন,

- বিমল নংমকন অদুমন ...।

ইম্মা নখোই পেললোকো ...।

থোইবি অহিংসি তুমখিদে নুংসি মৈচাক খাংবদ । সোমদ বিমলসু নুংসি মৈচাকন ঙাওদুন ময়ুমদ চংগনি খংখিদে । লৌ য়ৈফম চক্ল ময়াম পৈবিব লৌফমদুদ গ্যান ইতা- তাদনা লৈখি। ময়ামন য়ুমদ হনজিল্লকতে হাইদুন থিবুবদ থেংনদুন ময়ুমদ অমুক পুসিল্লকখি ।

থোইবিগি লুহোংব নুমিৎসি বিমল ঙাওখি । লৈতাব ঙমলকতে । তবং অমদ লাকখি । কবমনদি ব্রাবোইদগে পুনসি খোংলোই ওইমিনগে খন্ন নিংজরকপনি । মমৈদদি মখোংন পুব লমবিদ মাইকৈ খংদন থোরকলে, মচিন থোরকলে,

- থোইবি নংদি য়াইফবত ওইয়ুকো ।

ঐদি লাইববনি, নংগ লমবি তিন্নব য়াদে ।

অসুম ফাথব ঙমলকত্রদুন লুহোংব থিন্নব লাক্কদব লমবিদুদ লাকলে। ব্রাবব ব্রাখল য়ুন পোথাহললি খনদুন লমবি মতাইদ লৈব বেনদবদগি লিতব অমা ওইগদব চেবং খাও অমা পুদুন বিমল থোবকলে। অদুগ লমবিগ থংনব লমপাকতুদ হিপথখ্রে। অদুগ চেবংদু মচিন অমা চিকলগ সোব হোনব কাওব মখৈ চিংঙি। অসুমন অনিরক- অহুমলক চিংবদ লিতরদু লোইখ্রে। যাম থৌনা লৈবরকবগুম তৌবে।

- নুংসিব নংসে, করবাননি। চুমমিদ।

অমত লানদে, মমা- মপা ওইবসিংন মচাসিংবু ব্রাহননিংদে।

কনাদ নিন্দা তৌবুফম লৈবগে।

অমুকত য়ু থকতব বিমলগি মতৌসিদ অচৎ- অওংন ঙকই। কনানসু মাবু চৈবিখিদে মসিগি মবম লৈগনি। হংনবদ থোইবি লুহোংখিব অসিন মবম ওইবমলে। অউব মিয়ামগি থমোইদ ব্রাহং অমদি থৌনা ফন হংলি। পাওখুমপিনখিব কোংগাইনি। পাও অসি সোইদন থোইবিখোই খুনদসু য়ৌবমগনি খললি। লমবি চিদাই লমহাং মচিদ য়াম ব্রান ফমদুন থোইবি লাকপ য়েংলি। য়ু ঙাওব হাইবেদন দাইলোকতি মবাং কাইরে। মতম ওইবকতুন

লুহোংব থিল্লকলে।'শাবি পবেং য়ৌরকুতুন কৈন্য পুব বেনদুসু থুংলবে। থোইবি য়ৌবক্পদ বিমল ব্রা ঙাংখিদ্রে। থোইবি উবদ মপি সিন্থরকখি।

- থোইবি ...।

নং চংলোকো, ঐদি ...।

ঐ নংবু নুংসিদে হাইখিবদো, অবানবনি।

গাবি ময়ামদু লোইন চংখ্রে। মাসু খোংবান্লোমদ হাইথখ্রে। কবি কবিনো য়াম ঙাংলি।

সেল অসি কনাসু মবম চাবফাওব পিথোকনিংদে। পিনিংদ পিনিংদন ব্রান পিনব ঙাকতনি। বনজলদি সিবিদ নমা থোংদুন পিবিদ্রে। যাম চয়েংনন চহি অনি অমসু হৌখ্রে। মতৌসিদ বিমলখোই ইমুং মৈহৌন সাওবে। নুপিগ- নুপাগ অঙম তান্নব হাইবসি মিতোপ ওইনববদি নুপিন খুদোংচাব খব লৈ। মসি মান্নব তন্বখক্সু নংতে। নুপাসিংদ লেমজদব মতৌ অমা লাকই, অদুন .. । অচুমব থবক্ক ওইবনে, বিমলগ সান্নবদদি রনজলন ঙমদুন লৈবে। অদুন মমা থাবে। নোংমদি বেংককি ওফিসত ইসতাপ ময়ামগি মাংদ বনজলগ মমাগ লাওনব অদুদ বনজলবু মিয়ামন থিন ঙাংনবিবে। মসিগি খুদোংচাব অমন বিমলগি সেনথাং লুপা লিসিং তবাদি পিবকলে। মখোইগিদি তানজা অমনি। নোংম- নিনি লৈবগ সেল লৌনবগি য়ানচে অমা পিনব ওফিসত বিমল চংলি। মতমসি বনজলন ক্রেসিয়াব অমদি সেক্রেতবি সুপন পুবি। গৌরোন মেনেজব ওইবনি। নুমিংসি বনজল লৈবমদে। গৌবোগ হাইনদুন সেনথাংগি মনুংদগি তবা হনদোকলে হাইদুন য়ানচে অমা ইনবে বিমলসু হবাও- হয়াও মযুমদ হল্লকলে। মমাখোইগ পুন্ন ব্রা তাননৈ। খববদ তোকলে হাইদুন হাপতোকলসিব হাইবনচিংব অদুবু সেন হনব লোইদ্রিমিন হাপতোকলুবগ মতুং অব্রাৎপ সেনদু পিববোইদ্র খনদুন খববদদি অদুম হাপখিদ্রে।

অঙকপ থৌদোক অমা থোকলে। বিমলগি সেল হনদোকখিব অসিগি মতাংনি। বনজল, গৌবোদ সেল হনদোকখিবগি বেংক অসিন তুংদ অব্রাব তাবকলবদি মখোই অনিগি দাইনি হাইদুন ধুমাকেতু, নবা, খাব মখোই অহুমন নমসিনখি। মতাং অসি লাকপদদি মখোই মসেন্ সাওনবে, বনজলন,

- কবি, মিগি হন্ফম্ থোকপ সেন্ফম্নি।

গৌবোসু ফেনজিল্লকই,

- তোকলগে হাইদুন চে থারক্লবদি পাওখুম পিফম খোকতবর ?
নখোইন তৌনিংবিত তৌব য়াগনি খনব্রা ?

অচুমব হাইরকলবদি খুমনিংঙাই ব্রা লৈতে। অদুবু ব্রা অমা মখোই খন্নখি, তুংদ অব্রাব তাদনব,

- ঐ সিববুদি মি সিখিবন ফৈ।

মতুং সেন হনদোকপ থিংজিনখ্রে, তোকপগি সারতিফিকেৎসু পিদ্দনব থিংজিনখি।

অসুমন মখোই মঙা কুপ্ন তান্নখি। মি হাইবসি কান্নব য়েংব জিবনিন অচুমব হাইবদু নাথৈখ্রে। অদুন ধুমাকেতুগি ব্রাসিদ পুন্নদি য়ান্নখি। মবকত গৌবোন,

- বিমলখোইসু মিনি, সুকনদি পংলমলোইদ,
মখোইসু পুনসি সত্রুং সান্নবমগনি।

খাবন থেংনব তারেদন খুমলকই, ব্রাসিদ বনজলন তপন হাইবকই,

- য়েংসি, অদুবু অবান্বন মাই পাকই হাইবসি নোংমত তাখিদ্রি।

ব্রা তান্নবদু লোইসিনলে। হিদাক (য়ু) খব লৌদুন পাইসিনলে। গৌবোদি য়ু থকতে। অচুমব চৎপ পামমি, খরসু অদুম চৎলি। মিয়ামন থিংজিলদুন চৎপ ঙমদবগি ব্রানি।

*****

# তরামাথোইসুব সরুক

বিমলগি মমা-মপা অহন ওইসিল্লকলে। ইমুংগি ভাব পুমব মাগি ওইবকলে। লৌমবাক অমদুন হিংবদ অৱাৎপন হেনজিল্লকলে। চাকত চাবদি যাদেদো। মাগ লোইনব কয়ামসু লৈবি। সবকাবগি থবক মদুমসু ওইখিদ্রে। ক্রিসনখোই দুকানদ অমুক চংলুবসু ইকাইবে। খুদকত সেল থোকপ থবক হাইবগদি বিকসো থৌব মসি নৎতন অতৈ লৈতে। বিমল লাইবক যেংলে। নোংমা থাজদন ক্রিসনগ মখোই অনি থেংনবে মতমসি মহাক চহি অনিবোম হাওস সাবজন ওইন পুবমলব মতুংদ য়ুমদ হল্লকপ নুমিৎ নিনিমুকত ঙাইবি। থেংনবিব মথেংনসি অঙকপনি বিমলন বিকসো থৌবকপ ক্রিসনসু মবুত্তি কাব তোংদুন লাকপ লমবিদ থেংনবনি। যামন থাজদব বিমলগি ফিবম অসিদ মহাক থমোই কাইখি। গাবি খামদুন কবি কমদৌব হাইবদু হংনজখি, মিংলুদ পিবাং সিনথ সিথন,

- বিমল,

বিমল পাওখুম পিখিদে, মাই লৈথোকতুন লৈখি। মমাই ঙাংসিললি হান্নগুম কোইদন বিমলগি লৈথোকলিব মাইদু মঙোনদ চিংসিললি। অদুগ হাইবকই,

- কবিনো তৌবমলিব অসিবো ?

- হোৎনবুব কয়াদুগি মহৈনি।

পুনসি লানফমসি মাই পাকপগি আসা মাংসিললকলে।

বেংককি ৱাফম সুগাইন তমলে, সবকাবগি থবককি মতাংসু। মখোই দুকানদ হনজিন্বসু ইকাইবগি মতাং, অহন-লমলসু সোল্জিল্লক্পগি ৱাফম কয়াসি খংনববদ, ক্রিসনন অমুক হাইবকই,

- ফবে, ঐ লাকলেদন . .।

ঐগি ক্লিনিক অমা হৌদোকনব সেম- সাব লোইরে।
হিংবসি লাইথোকহললসি, অদুগ লুহোংনব তৌসি।
- লুহোংব ...।
বিমল মিংলুদ পিল্লাং সিন্থবক্‌ই। থমোইনুংদ য়াম খাংঙম্লক্‌তে মসা সোনথন, কংনোক নোকথোবকই, মবক থংন,
- নহাক য়াইফগদব অমা য়েংখ্রো।
- করিনো নহাকন ঙাংলিবদো,
ঐ নহাক্‌কা নংতন কাগসু লুহোংলোই।
নং, ঐগি নুংসিব মসক খংলব নংত্রো?
মখোই অনি কুইন ৱাবি সাখি। মমৈথংদ কবিনোম হাইনখিবগুম তৌবি। মাগি মাগি লমবিদ চংনখ্রে। বিমল য়াম হৈনিংহন্নখিদে। বিসো মপুদ গাবিদু সিন্নরম্লগ ময়ুমদ হনখ্রে।

বিমল কৈথেল থোবকপদ বনেলগ থেংনরে। বনজল মাংখিবগি মতাংদ পাওহংনৈ। পাওদু বিমলন তাই। মতাং অসিদ মখোই অনি ৱাবি ঙাইহাক তৌৱি। বেংককি সেলদু থিকা তৌবদ বনজলন সিজিন্নখিবনি অদুন বিলসু ফংলকতব মিগি সেনদোইদি পিদব য়াবকত্ব মসিন মাংখিবনি হাইনৈ। ধুমাকেতু অমদি খাবসু বেংকত লাকখিদব কুইৱে হাইনৈ অতোপ্প ৱা অমন মখোই অনিসু সেল খব সোকচিললি অসিনি। অমদি খাবন সেন্নব ত্রেকতবগি মতাংদ মান মখোং খংহন্দবদু বিমলদ তমখি। ৱাফমসি তাবগ বিমল,
-হয়েং ঐখোইসু চেন্নবকতুননে।
মিসে য়াম ফংত্রে, মসাগিত খন্নখ্রে।
- তৌবক্‌তোইপোৎনি, ধুমাসে সিংন ফংতে হাইনবিয়ে।
খাবসু সেল হাংপদ মমিং লৈব মিনি হাইনৈ।
ৱাবি কয়া সান্নববদ মখোই অনি অমুক কাইনবে। বিমল ৱাখল চবাংনৈ। তসেংন তোকলে হাইব্রগি সারতিফিকেৎ পাইহৌবসু নংতে। মতাং অসিদ খন্‌ব য়াব খললুবগ লমবি ফংদে, থেংনব হাইবসিদ তাই, হাইবসি নংতব অতোপ্প কবিসু উদে।

খল্লুবগ থোক্লবে, বিমল মপা থব্বক চংলুবদগি চে অমা পাইদুন চংলকই, চেদু মচানুপাদ সিন্নবৈ। চেদু য়েংবদ খংল্লে। অনিসুব প্রসিদেনট

ধুমান মিতিং কৌবকপ ওইরমলে। মতাংন ব্রনজল মাংখিব অসিন মিয়ামগি প্রেসব পুবদ ব্রারক্পদগি বেংককি মতাংদ্ব খন্ননব কৌবনি

- সোই তৌবিরমলব্র ?

- উম।

- তৌরমদ্রবদি ফগদব ।

মতাংসিদ নিংঙমদব ফাওখি। মচানুপাবু নুংসিবক্ই। মতম অমদ মানদি য়াওগুমসি কন্ন হাইখিবনি। উপাই লৈতন মপান,

- থেংনব তাবনি, ঐখোইদি লানদেদন।

সোই তৌসিল্লম্লবনিন মপাগি মহুৎসিনদুন মিতিংসি য়াওব চৎলে। মি অযামব সুবমলে। ধুমান মখোই য়ুমদ দিপোজিতব ময়াম লাকপগি পাও তমখি। মযামসু মসাগি মোৎ পিনৈ। বিমলদি মোৎ পিদে। কাংলৈদ অদুম লৈ। নবদি মিতিং লাকতে। অসুমন খন্নবিঙৈদ বনজলগি পাওসু অদুম ফাওনবিব বেংককি ইসতাপ ওইবিব ববিসু য়ৌসিল্লকই। অদুগ বনজলগ মবি থোকনব বেংককি ইসতাপ অদুমদি লাকতে। সিংগ্রব ধুমাকেতু বনজলবু চৈ-থাংবদু চেকসিনখি।

খন্নব য়াব কযা খননবে, খববদ বনজল থোরকলো হাইদুন কৌথোকলসি হাইন ব্রাবেপ্নবে। ব্রাফম অসিদ বিমল মোৎ অমত পিদে। তৌফম খংদন মিতিংসি লোইসিললি। বিমলদি হনখ্রে। মখোইদি কবিনো খব নৈনহৌবি।

বিমল বেংকসিগ মবি লৈনদ্রে, সেন হনদোকলে, কনাগুমবগি ব্রাকৎকি দাইত লৌজবোই হাইদুন খববদ হাপখ্রে। অমদি বনজল কৌথোকপগি ব্রাফমদুসু খববদ হাপখ্রে। মবক অসিদ দিপোজিতবসিং ময়ামসু ইহৌ কনখৎলকই, নোংমা অযুক চাকচামাংদ ববিন লুচিংদুন ফাওনদব মেমববসিংগি য়ুমদ ময়াম হুপতুন লাকখি। পোবমসি বনজলন হাইবকতুন রবিগ সিনদুন বনজল থোবকতব্রবসু লৈহৌবিব মযামন সেলদু সিংখিনব তৌব পোবমনি। মযাম মখোইদ লাকলিবদু থোংগালদগি বিমলন উই। মিহুন চোংব হেনগৎলকই, ময়াম থুংলরবদ বিমল,

- ময়াম কবিগি মতাংদ ?

- কবি ব্রাহৈনো, বনজল মাংগ্রে,

নখোই তুমিন্‌ন লৈথোকপ য়াবোই।
- মদু খংদে, রনজল পুথোকউ, নংত্রুগ নখোইন
বেংকসিংগি দাই পুগদবনি।

মিতিং অমসু তৌনব পাও পি। চেজম অমা পিবকতুন বিমলদ সোই তৌ হাইবকখি। মদু মহাক য়াব ঙমদে। ময়ামগ ঙাইহাক উংখৎনৈ, ময়ামগি ইহৌংদুদ উপাই অমা ফংদ্রদুন সোইদু তৌথোকপ্রে। ময়াম হন্‌নপ্রে। বিমল ময়ামগি ইহৌদু মিপাইব পোকই। চাকসংদ চাকচাব চংঙি, অদুবু চাক চখোম অমফাওব চাসিনব য়াদ্রে। মিন ব্রা ঙাংব তানিংদে। সোই তৌথোকখিব মদুগি ব্রাখলতন মসাপুমব ওলাং- ওনসাওরি। সুকলান লানদন সোই তৌব্রবনি। মবন খর লৈবিবদু য়োনথোকতুনসু সেন সিংব ওকলোইদব অসিন মহাক তৌফম খংদদুন মসাদু বং- বং সাগৎলি। হিপপি হিপফম খংদে, ফমমি ফমকম খংদে।

ঙাওগদৌবিবর মসাদ চিংনব ফাওবকলে। অব্রাবসি মপাসু য়াইওবি। মানবু হেন্‌ন ব্রাবমবসু য়াবি। নোংম- নিনিদি চাক মব্রু অমত চাখিদ্রে অনাব অমগ চপ মান্‌নপ্রে। উংদুনত লৈবিব বিমলগি মতৌসিদ মহাকপু নুংসিবিব লৈকাই মিয়ামসু মাবু মিনুংসি পোকখি।

দিপোজিতরসিং অমদি লৈহৌব মেমববসিংগ মিতিং পাংথোকই। মি য়াংখৈদগি হেনগদব মানদে। মিতিং সিললিবসিংন হাইবদগি বেংক অসিগি মতাংদ নবন মিয়ামদ ব্রাফম খব সেংদোকই। বেংক অসি হৌরকপদগিন ঙসি ফাওবদ বোমেস কৌব অমা সেনথাং সুদবগি মেমববসিংন তানথোকখি। অদুগ বনেলগি মতাংসু কেইস অসিগ চপ মাননৈ। মথংদ চৌবজিৎ মচানুপা বিমল মাসু থোকপ্রে। লুপা লিসিং তবা হনদোকপ্রবনি। অদুগ মান্‌নদব অমন লেমহৌবিব মেমবরসিং অনিন বনজলন ওফিস পুব য়াওহনখিদে। মতাং অসিগি অকুপ্‌প ব্রাফমন মাগ ইকোন্‌ কোন্‌ন থবক পুমিন্‌নহৌব গৌবোদগি তাবিগনি।

গৌরোসু ব্রাফম খর সেংদোবকই, ঐসু মহাকন মাংগদব থা অমরোম অদুব্রাইদ মান মোং তিন্‌নদে হাইদুন ইনথোবকখি। ঐগ পুললিউদ চৌবজিৎকি সেন হনদোকখি। অদুগ অমন মান বেংকসিংগি হিকম খুদিংদ চলাইবনি। লোইনন থিকা তৌরকপদগি বেংককি সেলসি মথোং খংলকতবনি। মওং অসিদগি মহাক সোইদুন মাংখিব ওইগনি। মসি লৈবন ঐথোইনদি মিয়ামগি কবি তৌজব ঙমগনি। ব্রাফমসিদ ময়ামদি সেন মাংব য়াবোই লৈহৌরিব নখোইন দাইত লৌগদবনি হাইদুন পোৎলুমসি থোংগৎলি। বিমলদি ময়ামগি ব্রাফমদু য়াখিদে। দিপোজিতর

অমথকন,

- হৌজিক লৈহৌবিব মেমববসিংন সেল সিংগের
নংত্রুগ বনজল পুথোককেব অমা তৌগদবনি।
নংত্রুবদি অফব ওইবোই, হৌজিক নোংমৈ হোংঙি।

বনজল পুথোকপ হাইন বাবেপ লৌনবে। মতাংসিদ থুমান মতেং পাংঙি। মতাংসিদ মাগি অনিংব কবিনো খংদে। বিমল অমদি বনেল সোই তৌবমদন চংশ্লে। ময়ামসু মথং মথং মাংনখিদুন সোই অমত তৌনদন মিতিংদু লোইসিললে।

*****

# তরানিথোইসুব সরুক

বেংকসিদ সেল থমব নুপা অমদি নহাবোলগি থবক তৌবজাৎনি মাবু ময়ামন কিনৈ। লৈবিব মেমববসিংগি মবকতগি অমা ফাববদি সেল থোক্কনি হাইবসি মাগি থাজবনি। ধুমাগসু মমাংদ নিংঙাই- সংদান্নখ্রে বনজলগদি মবিবু থোকনবগুম তৌব্রি। মখোই মান্নবিব্র খংদে। মান মি অমা ফানব ঙাইবকপসি ফন কুইবে। দসা ফৎতবদ থংজিললি হাইবদু থোকলে, বিমল মাগি মখুৎত তাখ্রে। বিমল ফাখ্রে তাবদ মমাদি ব্রানথদুন লাইকন্নখি। লৈকাই ময়াম চংদুন থিবে ফংদ্রে। নহাবোল কাংবু খবদ হংবদসু ফাদে হাইবকলে। দিপোজিতব ময়ামসু মিপাইব পোকলে। মখোইদ তাইনবগদ্র খনদুন মদুমকতি থোকখিদে। অদুবু দিপোজিতব খবদি পুলিসন ফাখি। অচৌব ইবাং থোবকতুন লালহৌব অয়ামব খববদ সেংদোবকখি, অসুমন চবক- চহিংনন নুমিৎ কয়ানি হৌখ্রে।

অতে মেমবব মঙাদুসু বিমল ফাখিব অসিদ মিপাইনখি। অয়ুক নুংথিল মপান্ থোকনখিদে। নুমিদাংদ মযুমদ তুমনদ্রে। নোংমা খাবনে, ধুমানে অমসুং গৌবোনে লৌবুক লৌতাংসং অমদ লোন্ন ব্রা তাননৈ, গৌবোন,

- বিমলদি লানদবনি, নহাবোলদি ওইবমলোই।

খাব,- সেবেনদবদুনিব খুলাই পাইবিবনি।

ধুমা,- মা ফাখিবসি ঐখোই ফাবা লাকপদনি।

বিমলগি সেল হনদোকখ্রে খংবনি, ঐখোইন মাবুসু

চেন্নব হোৎনবিদন অদুন অব্রাবসি মঙোনদ থংথখিবনি।

গৌরো,- পাপ্তি সোইদন লাকখিনি।

খাব,- কলি যুকনি,

মখোই অহুম হৌজিক কবি তৌনি হাইব গ্যান মাংখি। অকিবন মসা পুমব

লাংগোই চনসিল্লকই । করিন ফাদুন পুখিব মসিগি থবকসি ...। অমন অমুক ঐখোয় খব সিংথোকখিবন চুমলোইদ্র। সিব কিদুন লন পামুরকতব হাইবদুনি। হিংবদ ময়াই কাবিব মি অমত সিনিংদে । মচিনদ পংহাই হাইনবগি ব্রানি। মসি সিব- চংবগি মগুননি মসি মিনথংব চুমমি ।

বনজলন থোবকলদি থৌদৌসি থোকলোইদবনি । মা নৈবমদবগি উসিলসি বিমলদ সিনখিবনি। তৌনবিব ময়ামসি অমন খব ফাব অমা নৈতে। মতম ঙাইনবগি ব্রানি। অসেংবন ফাখিব ওইববসু খব সাফগদবনি । অমসু সিব চংবগি লমবিদ অকিবন পঙাং ঙাংনবে, অঙাংগুমন খাবন হাইবকই।

- গৌবোদি ফবি অসেংবন কেইস অসি পাইগ্রদি ...

ধুমা, অমদি ঐগদি সেনসু সোকলুবনিন ফজনি

অচৌব দনদি ফংজব তাবনি ।

মখোই তৌফম খংদন নুমিদাংদু লৌতাংসংদুদ হৌহন্খি। নোংঙান্ফাংত্রিঙৈদ ময়ুমদ অমুক হন্নখি ।

থোং থিল্লকপ তাবকই মপুবোইবন সনধ্যাবু তপন হৌদোকই, মসা নোমদুন হাইবকপদ গ্যান লাকখি । অহিংদ অসুমন তৌবকপসি নুপান হান্ন হৌগৎনদে,নুপিদদি .. । সনধ্যা হৌগৎনব সেম সাই, মপানদগি,

- সনধ্যা, চিংলগনু ঐখোইনিনে ।

মমাংদ তাখ্রব খোলজেলনি । খংনিংন অমদি মথৌ অমা ওইন থোং হাংখি। মমিৎ পুনব নুপা অমা মখোই মবিন পুসিল্লকই। নোংমৈ অসাংবন চিংব কয়া যাওবকই। থোং সৎ লোন্সিনখি । কৌবকখিবি নুপাদু মাগি মবুংগ তিন্নব নহাবোন যাওখিব বাজেননি হাইব খংলে । নুপাদুগি ফিভমদ সনধ্যা চিংনব ফাওবি। মখোই অনি অতোপ্প কা অমদ চৎতুন ফারকলিব মিসিগি মতাংদ ব্র াবি তৌরি। মযামগি চান থকনব খব সিললে । মতুংদ ময়াম তুমনখ্রে।

নোংঙানবদ ফাবকলিব নুপাসি বিমলনি খংলে । মসিন সনধ্যা কোক চিকহললে । মাগি মতেং খব পাংনিংঙি । থবকসি অবাইব নৎতে । মি অমবু মবাল খংদ্রিঙৈ ওৎপিব হাইবসি চুমদে, মতাংসিদ সনধ্যান বজেনখোইদ,

- মবান পুথোকত্রিব মি অমবু অসুমন ওৎপদি চুমদে ।

অমুকতং খনথবিখো ।

- তানজান পুবকপখিব ফিবমনি হাইব তাবে ।

কেইস অমা লোইসিল্লগ অচুম- অরান খংলব মতুংদ মবানগি মতিকচব দন্দি

ফংজসনু । মসি অচুমব থবকনি, মতাংসিদ বাজেনখোই তুমিন্ন লৈসিনব য়াদ্রে মরমদি মখোইন তৌবিবসি অবানব থবকনি মবমসিং অসিন নুমিৎ হুমনি লৈরমলগ মখোই অমুক চৎখ্রে । সনধ্যা যাম কপ্চখি থৌনা পুমব নোংমৈন মতাংন মাংহনখিবদ । লালহৌবগি মিংদ অসুমন মি ওৎপসি গুসিগি অসিন অহানব নৎতে । মহাক মখোইন চৎখ্রবসু বিমলগি মতেং পাংগে হাইবসি খন্ব লেপত্রি । মখোই লৈকাইদ লৈবি মনুংগ পাও ফাওনবি নুপিদুগি মনাকত চৎতুন পাও পুমনমক মবিক চুমন তমখি। মতমসি মনুংগি থবক চিনব মতমনি। য়াওবমব মা ফাওন অসুমন তৌবকপ অসিদ য়াম সাওখি । খুদকত হয়াব ওথোবিতিদ মুবাইল ফোলগি মতেংন হাইখ্রে । রাফমসি মবুওইন লৌখ্রে মসিদ সনধ্যা নুংঙাইব পোকই । মহাক অমুক হনখ্রে । মথং মথং মখোইগি মিদ থাখিন্ব সিন্নব হৌখ্রে ।

বিমল মাংখিবগি পাওসি থোইবিসু তাবে । মাগি নুপাসু হনদক দি এস পি ফম্ কাবনি । বিমলগি মবুংগি মবুপনি হাইদুন মতেং তৌবিনব রাবি পুমনমক তমলে । অদুন বিমল থিবগি দাই অসি মহাকনসু লৌবিবে । মসি ইসোবগি নোংদমনি । কবিগুমবদ লাই লৈ হাইবসি চুমলকপ যাওবি অসুমন মাইগৈ অনিদগি বিমলবু থিবকপ অসিন বাজেনখোইদ অরাব অমদি মাইয়োকনবে । পুলিসন থিবকপ মতাং অসিদি মখোইদ হেনন লুব অমদি ওইদে । মবমসু লৈ । অদুবু মখোইন কোক চিকলিব অমন পাবতিন থিবকপ অসিনি । মতাং অসিদি সিব- চংবগি মতাংনি, অদুন বাজেন্ন

- চিংনগনু, পাবতি য়ৌবকত্রিঙে . ।
ঐনা পাও পিখ্রবনি সেল হান্ন য়ৌবকপ য়াই ।
সিবন লন্দগি হেন্ন লুমমি হাইবসি .. ,
ঐগি রাসিদ মখোইন থওইদ্রগন
সিজখিব তাবনি, ঐখোইগী অপামবদি
মি নৎতে, সেলনি।
রা অমন,বেংক য়াওদ্রব মিন অরাব দন্দি নংবসি চুমদে ।

মতাংসিদ অমুক কোক থাদৈ, মতাংসিদ বাজেন্ন,

- অদুমন খনগনু, মসি পান্দম অমা ফংনব হোৎনবদ অবান্ব খব য়াওরকপ য়াই ।

মবকসিদ মখোইগি মি অমন খবব অমা পুদুন চংলকই, মখোইগি পাও য়াওবি

হাইদুন মখোই পুনন য়েংমিনৈ। অমন খবরদু পারকই,

“- বিমল ফাম্বিব কাংবুদু পারতিন খংলে।

মখোই অদু বাজেনগি কাংবুনি। অদুন অথুব মতমদ

বিমলবু ঐখোইদ সিন্নরক্কদবনি, নংত্রগন ময়ুমদ...

পাবতিগি মাই খুনব সিন্ব দনদি ফংগনি।”

অদুগ মিদু সিন্নবকত্রবদি নখোই সিবগি দনদি ফংগনি।

ওইবকলিব ফিবম অসিদ মখোই মনুংদ চংদুন কুপ্ন ব্রা তানখি। অকন্বগি লমবা লৈ হাইবদুনি। অচুম্বগিদমক্সু .. ।

*****

# তরাহুমদোইসুব সরুক

অযুক ঙন্‌ন ক্রিসনগি মমানে- মপানে পুন্‌ন বিমলগি য়ুমদ লাকই। মখোই থুংলবদ বিমল মমান মচাবু কৌদুন কপচখি। মখোই পুন্‌ন মাংগোলদ ফমমিন্‌নদুন ব্রাবি তৌরি। লৈকাইগি অহন- লমনসু য়াওবে। ব্রাবি অয়ামবদি খংনবে। খংনদ্রিব হাইববু সেলগি ব্রাফম অমদি মান কদাইদ লৈবিব অসিনি। অমন ফাবিব কাংবুদুন কবমবনো হাইদুন ব্রাবি ময়ামসি নৈনববদ লুপা লাক মঙানি অবুব মতাংসি য়ৌসিল্‌লকই, ক্রিসন মপান,

- মঙাসিমক মাতগিব ?

বিমল মপান,- মিগি ব্রাবিদ মেমবব পুমন্‌মক্‌কিনিসু হাইবগুম তৌরি। অদুবু ফাবিব মিন ঐখোইগি।

ক্রিসন,- হাইনববদি তাথোক তাসিন্‌ যাগনি।

বিমল মমা- পুমনমক ওইদুনসু ঐখোইন ঙমব হাইবগদি লৌ মবাক অসিত ঙাইবে।

ক্রিসন - মতেং তৌনব তাবনি।

অসুক চাওব দাইত অমা লৌবুবগে হাইন লাকখিবদি নংতে। অদুবু মখোইগি ইমুংদ লুপা লাক মঙা হাইবসি থোইন লুমব ব্রাদি নংতে। মচানুপিগি ব্রাদু মমা- মপা অনিমক কবিসু খুমলকতে। মাসু মসান গ্যান লৈববনি। কমদৌবকপ হাইবদু য়েংব তাবি। মচাগি থৌনা ফন লেপপিবকপ ক্রিসনগি মতৌসিদ পুকনিং নুংসিরক্‌তুন বিমল মমা কপচখি। অমুকসু ক্রিসনন,

- ইমা অব্রাব ব্রাখল থাদোকলো,
নচান ফনব সিল্‌লগে।

বিমলগি মমা- মপা অনিমক হয়াওজখিবন নোংদোনথকত থোকপ থাজাবু

মখুৎন পাইজবগুম থোকগ্রে । সোমদল ক্রিসন মমা- মপাদি গ্যান্ তাখিদে । অসুক চাওবব ফিবেপ অমা ইচানুপিন লৌরকপ অসিদ।

দিপোজিতব ময়ামগি লুচিংব খব পুনদুন ৱাফম খব তান্নমিনৈ । মতাংন বেংককি মতাংদ ওইবকলিব ফিবমসিদনি। ময়ামগি লুচিংব অমন অসুমন হাইবকই,

"চুমমিদ দাইত কয়া লৈব বেংকনো খংদন ...। অদুবু আসা কয়াম লৈন থমজখিব সেনফমনি । মবুপ য়াওনব । মপানদ ইচা ইসু লাইবিক লাইসু তমহননব । অহন- লমন কয়া অমন সেনদোই অদুন হিদাক লাংথক লৈনজবিব । মসিন খবতনি । লৈত লৈত উপাই অমা তৌদুন ৱান হোৎনদুন থমজখিব সেনফমনি । অদুগ অসুক লাইন ...।"

নুপা অমান,

- ঐদি খংদে, মখোই উবদ হাৎকনি ।
- মখোই কয়াম কুইন লোৎকনি ।
- আইন অসি মমিৎ তাংঙিনে অমা ফাখিবদুগিবু
  ঐখোইবু অমুক পুলিসন ফাইনৈ ।

অসুমন মখোই মসেন তান্নব য়াব কয়ানি তান্নবিব অদুবু ফলদি তাব ঙমদে। মেমবব খব অমসু তোকই- তোকতে হাইনৈ গ্যান তাব ঙমদে। তৌবগিদি সেংন তোকলব খবসু অৱাব মাইয়োকনবি । তোকতবসিংন চেন্নহন্নব সিল্লিবনি। মতাংসিদ অমন,

- চুমমি, ফাখিব অঙাংদু তসেংন তোকঅমলে ।
  মঙোনদ দসা তাখিবগি ৱানি ।
  মিসি য়ামন ফৎনদ্রে, অচুমব খব চংনবদি অসুক
  ৱানরিবসি থোক্নবম্লোইদবনি ।
- ঐদি খংদে, লৌ সঙম অনিদু য়োনথোকতুন থমজখিব
  সেনফমনি। অদুগ খব হেন্ন লৈগে খন্জবনি ।
  ঐন কবি তৌব ঙমবগে হাইবদু . .।
- হেক হাৎলুবদ, সেনসু মাংব ইসাসু জেলদ অমুক লৈব,
  য়ান- য়ানব ঙাংনব ফৈ মনুং সবকাবদ কেইস
  অসি পাইহন্নবর কবিনো অমদি তৌগদবনি।
- মখোই খবদি অসিগুমবসি পাইদ্রে হাইনে ।

অমুকন,পারসেনতেনস কক্‌ই হাইবিনে।
অসুম তৌদুন লৈরবদি ঙসিগি ব্রা নৎতেনে।
খংদেদ, মমৈদ ঐখোইত মাংজব তাদ্রৌবিব্র।

ক্রিসনন খববদ হাপ্‌লকপ ব্রাবোনদু বাজেন্‌খোই কাংবুসু থেংনবে। মবোলদু মখোই পাদুন য়েংঙি,- 'মবাল লৈতব মিবু অব্রাব পিবিগনু। মদু ইসোবন য়ানিংঙোই। অচুমব তৌব ইচিন- ইনাওসিংন অবানব মাইকৈবোমদ চংসিন্‌খিব হাইবসি লৈবাককি মাংজবনি।' খুদক্‌ত ব্রাজেনগি মুবাইলদ পাও অমা লাকই,

- নখোই ঐখোইগি ব্রা তদ্রমিন নসান য়ান সিজখিব তাবনি।

পাওসিদ বাজেনখোই কাংবু থেংননব সেম সাবে। ফিবেপসি য়ানিংদব মিসু অদুম য়াওবি। পামজদব মিসিং কবমন মফমসিদগি নান্‌থোকখিসিগে খনদুনত লৈবে।

পাবতিন বাজেনগি খুৎপুবু কুপন থিবকলে। লোৎলমিন পিক্‌লব মনিপুবসি অমুক চাওথোবকলে। অদুবু ফোংন থিব যাবসু নৎতে। সবকাবগি চেকসিন্‌ থৌবাংসু লৈবিবনি। অমন থোইবিগি নুপানসু সকতি লৈন বিমলবু থিবিবনি। ময়ামসিন কোইন চপসিল্‌লকপ অসিন বাজেনগি খুৎপুদু লোৎপ ঙমসিল্‌কতব হাইবদু থোকলে। মসিগি মথকত মখোই মসেন সাওনবসু য়াওবকলে। খব অমন সেবেন্‌দব তৌবসি খবন যাদে। অমুকন চিংমি লানহৌবদ চংখ্রসি হাইবসু যাওবে। অসুমন চক্রি তৌনবদগি কাংবু অনি থোকলে। মতাংসিদ বাজেন্‌ন মোইথেম তৌদুন মাগি মায়োকত লৈবসিংদু নোংমৈন কাপতুন হাৎতোকলে। হৌজিকন বাজেনগ থান মি অহুমত ঙাইবে। হন্‌দকতি মখোই চিংমি লালহৌবদ চংখ্রে। ফিবমসিদ মখোই থংনব ইসতেৎত থমখ্রে। মসিন বিমল থিবিব অমদি পাবতিগি থবক ঙমন ফেল ওইবে। উপাই অমদি পারতিন বাজেনগি মবমদ খববদ ইরকলে। ব্রায়োলদু খংলবদ চিংমি কাংবুদু নিংহন্‌নবে সাওন লিদরদুন ব্রাজেনদ,

- মিতাই মচা মতাং চাওব,
কবিগি লনাই সেল তাল্‌লিব।
মদুননি ঙসিফাওব সোৎথবিবদো,
নখোই মরি খুদক অসিদ কাপতুন হাৎলুর।
মতুদি তৌবোই, খুদক অসিদ নখোই

ঐখোইদগি চৎখিগদবনি, চৎপ্রো.....।
উপাই লৈতে ,অরোনব লমবি অমদ মফম অমগিদমক মখোই খোংসানগ্রে।

সেলদু তাসিনবদ সুবদি সুম্নে। অদুবু লুরিবন রাজেনখোইগ পাও ফাওনব অসিনি। উপাই লৈতদুন নোংমা নিনিসু হৌগ্রে। অথং অহে তান্নরে মমৈদ লমবি অমা ফংলে। বাজেনগি খংনব মি থিবে। মসি তৱাইব থবকতি নৎতে। খংগ্তি হাইদুন চোংথোবককদব মি তাংগনি। থিবু থিববদি কৈনোম লাকই হাইবদু থোকলে। বাজেনখোইবোমদ চৎতুন কন্ন হোৎনবব মতুংদ মাগি নম্ববদু ফংলে। মিকুপসিদ ক্রিসনন হবাওখিবদুদি।

নুংসিব মাগি ইথক ইপোমদ মসামকন ফোন তৌবি। মতমসি বাজেন সুইস ওফ তৌবি। মসি মাগি চেকসিন্জবনি। ক্রিসনদি লাংতকনবন মসা পুমব মৈসা ফাওবকই। হনজিন হনজিন তোইন তৌববদ হনদকতি কবি মিকুপনো ফাওনবে। খুদকত বাজেন পাখৎপন লৈতফম খংদ্রে। মি অমদ পাইখৎহললি। মিদু নুপিনি হাইবদ খবদি সাফখি। মবমদু খব ফাওবদি খংলে। অদুন লাওৎ সপিকব থাদুন মখোই পুন্ন তামিননৈ।

- নখোই কদাইদ লৈ।
লুপা সুন লৈবে, কদাইদ থেংনসিগে।
বিমলবু ওৎপিগনু, নখোইগি অপামবদু তৌসি।

কোন্ন হাইবককে হাইদুন ফোন থমখি। মখোই পুন্ন মুন্ন তানৈ।

লাক মঙাগি পোৎলুমসি বেংককি মেমববসিংদসু থুংলিবনি নুমিৎতুদগি ঙসি ফাওব তান্নবদ ফল অমত তাব ঙমদে। হিংনিংদুন অমুকসু বিমলন লাক অমা অতৈন ঐখোইন পুথোকনব গৌবোন ৱাফমসি পুথোকই। মসিদ বনজলদি য়াওদে। মতাংসিদ ধুমাকেতু,

- তানিংদব ৱানি, নখোই পুথোকউ।
ঐদি ঙমলোই। ফাখিব মাগি মথৌনি

গৌরো য়াম নুংঙাইতন,

- বিমলদি কদাইদগি লাক,
অমবোমদ সেলসি মাদি পুথোকফম থোকতে।
ইসোর লৈবি,মমৈদ ঐখোই দসা তানিকো।

মবৈ কম্ন তৌনবে। পুথোকনিংদবগ ওইজনামগ পুনখিদুন বিমলগিদমক মতেং

পাংবিদ্রে । মখোই মসেনসু মোং তিন্নদ্রে । অদুবু মোং মান্নব অমা হাইবগদি থাবন হাইবকই,

-ঐখোই লোংপ তারি,
সাবিঙেদ য়োংসু পেংলিবদুনি
তপ্থত্রবদি অদুম তোকচত্রগদবনি ।
চেকসিন্নসি, হিংব পাম্লবদি ।

ফোন লাকপদুদ কনানো য়েংঙি। বাজেনখোগি ওইবমবদুদ মহাক নুংঙাইব পোকই । কবি হাইবকলিবনো, বাজেনখোই লোংতুন লৈবিবনিন থোবকপ য়াদ্রে, মফম থানদুন সেল লৌনবগি তানজা নংতে। ক্রিসনন য়ুম তাকখ্রে। বিমলবু কননিংদুন, ক্রিসন মখোইন হাইবদু কবিসু য়েংতে।

বাজেনন মখোই য়ুম মনাকতনি নুপা অমগ ক্রিসনদগি সেল লৌবুনব সিন্নবে। নোংমা নিনি মতুংদ ক্রিসনগি ক্লিনিকত নুপামা লাকখি অবোনব কাদ ৷ক্রসনন,

-সেল পিবগে, বিমলগ খুৎসিন্নসি ।

রাফমসিদ নুপাসি খুৎথাব ঙমদে। হাইবদি পাওখুম পিব ঙমদে। বাজেনখোইগ তান্নবগ অমুক লাককে খংহল্লম্লগ মহাক চংখ্রে। মসিদ নুপাসি হেক ফাদুন বিমলবু পুথোকনব হোৎনব হাইবসি য়াদব অমা লৈ । বিমলন মিগি খুৎত লৈবিবনিন, মসি ময়ামসি ক্রিসন খংঙি। অদুন মান হনখিবদ অথিংব পিখিদবনি। ওইবকলিব ফিবমসিদ বাজেনখোই কোক চিক্লে। সোমদন মখোইবু কোইতান্ তানবি। মসিন অচৌব পোৎলুম ওইবে।

ক্রিসন ক্লিনিকতগি হল্লকপদ মঙাইবি । দোকতব খব অনাব ময়াম সেন্নব থনম্লিবনি। হনদক কোক খব সাই হাইদুন মহাক য়ুমদ হল্লকপনি। বেদিও থাবুই নুমিদাংগি তবেৎ মখাই তাবমলে । পাও ঙাইহাক তাই,

'- নুমিৎ কুনমঙানি ফাজিল্লুরব মতুংদ, বিমল গেং খুৎপু অমদগি ঙসি কনখ্রে । থৌদোকসি এলগি লানমি কাংবু অমগ সজিক তমপাকত খুৎ থোকনখি। মদুদ বাজেন কৌব লিদব অমগ মিওই অহুম সিখি। মতুংদ মখোইগি লৈফমদ চংদুন য়েংবদ মমিৎ পুনসিনব নুপা অমা থেংনখি । মহাক প্রেসকি খুথাংদ সিন্নখ্রে। হৌজিকন বিমসত লাইকন্নরি।'

পাও অসি মখা তানিংদদুন বেদিও মুথৎলি। অদুগ অমুকতং সোর সাংন হোনদোকই,

- ইস মহাক করমব ফিবমদ।

ফুক হৌজৎলি। গেরেসতগি গাবি থোঁদোকলুই। গাবি মখোনদুদ মমা তাবদুন থোরকই, মচানুপি ওইরমবদুদ,

- এ, ইবেমা, নুমিদাংসিদ কদাইদনো ?

- রিমসত চৎতব য়াদ্রে।

ব্রা সাংন ঙাংদে , মমাসু মতৌঅমনি খনদুন মচানুপিগ খোংচৎ অদু পুনন চৎমিননরে। মফমদু য়ৌবদ বিমল ফিবম সোকন গ্যান তাদন লৈরমমি। মমাসু ইঙক ঙকখ্রে চেনসিনদুন ক্রিসনন,

বিমল- ,

ক্রিসন থমোই সোকন কপচখি। মহাকপু চেজেৎ কোন্সিন্জৈ। মতমদু বিমল তবংদ লৈ। ফিবমসিদ ক্রিসন থমোই পুব ঙমসিল্লকত্রে ও খোংন কপ্লকলে।

- ঙসি নহাককি ফিবমসিবু কবিনো ...?

মিকুপ খবগি মতুংদ য়াম চানদন ,

-নোং তাগদৌবে,ফি লৌসিল্লুহে ।

নুংহিকন কপচবিবি মচানুপিবু নুংসিন পুকনিং থৌগৎপিদুন থেমজিনবি। মসিগি মথকত মহাক মমিৎসু উদ্রে। নুমিৎ কুনমঙানি মমিৎ ফিন পুনসিনদুন থমখিবন ওইগনি। বিমলবু মাগি ক্লিনিকত পুব য়ানব প্রোসেস খুদকত তৌদুন নিযমগি নিয়মদ বিমলবু পুখ্রে। সোকচিনখিব মসাদু থুন কন্খৎনব ঙমজবি থাকত দোকতব সিপসেলিস কয়া কৌদুন তান্নব হোৎনবে। নোং ঙানবদ খব মখৈদি মসা কনখৎলে। মতাংসিদ বিমলগি মমা- মপাখোই পুন্ন লাকলে। মচানুপা উজব ফংবদ হবাওখিবন চেনসিনদুন মচাবু নুংসিন চুপচখি। অদুবু মচাগি সোকলব ফিবমদুদ কপচখি ।

- ইমাগি ইবুংঙো, নহাকন তৌবমলিব মতৌসিবু ...।

মমাগি মতৌদু বিমলদি কবিসু খংদে তবংদ অদুম লৈখি। ব্রানবিব মযামদু দোকতবন থৌনা পিদুন থেমজিনবি। মতুংদ হৌজিক কমদৌব হাইবদু মুন্ন তান্নমিনৈ। মপান লমদ পুবদ লেপনবে। মদুগি অচংব সেনফম ক্রিসনগি দাইত ওইখ্রে। নোংঙানবগ দিলিগি এমস হোসপিতালগিদমক ফ্লাইৎত ক্রিসন অমদি মপাগ মখোই অহুম য়াত্র তৌখ্রে।

*বিমল ফংলমিন অচুম অবানগি লমবিদ চংসিল্লকলে। এল কাংবুন বেংককি মতাংদ কুপন খিগৎলকলে। মতাং অসিদ কনা কনা তোকখ্রে কবিগি*

তোকখিব ময়েক সেংদোবকলে। অমদি সেল কয়া পুথোকতুন হৈদোকখিব বেংকনো, মিয়ামন সেল কয়া য়ামন থমজিন্খিব ঙম্ন খংলে। অদুগ কমদৌ ন কাইখিবনো, সেল ময়ামদু কমদৌখ্রে, খব অমন লোন থাদখিবদগি সিংলকতব অদুগ খব অমন মেমববসিংন হৈনথোকখিব ওইবমলে। অয়ামব সবুকতি বনজলন থিকাদ সিজিন্নখিবনি। অসুমন পুথোবকপ অসি দিপোজিতবসিং সোর হোন্দোকনখি। মতাংসিদ বিমলদি মবাল লৈবমদ্রে। অহানবদ বনজল্ মথংদ ধুমাকেতু,খাব অদুগ ইচুম চুমন হুবানবগ তিন্নবুবগি গৌবোসু মবাল খবদি য়াওবি। কবি কমদৌবকপ হাইবসি মিয়ামন ঙাইনবি।

ঙসিদি মিযামন খংলে, তসেংন বোমেস বনেল অমদি বিমল বেংকসিদগি তোকখ্রে হাইবসি। অদুগ নবা অমদি গৌবোদি বেংকতগি তোকত্রবসু সেনসিংবদি যাওববোই। মখোই অহুমন সিংব তাবে। মখোইগি মনুংদ বনজলন মপুংনি, ধুমাগ খাবসু খব হন্থাবগি রাতনি। অদুবু বনজল অমদি ধুমাদি থিন ফুখি। মখোই অনিগি লবাই ওইবম্লে অচুমবদি মমৈদ থোবকই হাইবদুনি।

**লোইরব**
(অহানব তাংকক্)

৬০/সি অমসুং ৩

## পুন্সিগি মবি

প্রেম্ নিংথিবব কাগি চংখোল্ব ফমুংতক্ত লোংন হিপ্তুন তুম্ব থেমলি। মপুংফাবব অরাৎপ অমতসু লৈত্রব কাসিদ রাৎলিব হাইববু লোইনবি প্রিযাগি সেংলব মিনুংসি অদুত মঙাইববনি। চিক্লব কাসিদ মরোল খোক্ত্রব থমোইনুংগি ওইব রাফমসিগি ইথক্ নেম্থখি, ফক্লাং ঘবি খিংলকপৈ মখোল্ তাবন্দ। কয়ানো মিৎ থাংগৎতুন যেংঙি। পুং তবা তাবগি ওইবমি। ইন্থম্ থাগ ওইবনে ফন থেংলবনি। অসি ফাওবদ লোইনবিন তুমফম্ কাদ চংলক্তব হাইবসি পেন্ফম খোকতব থমোইগি রানি। মসি প্রেমগি মফমদদি অনৌব নংত্রে, অদুবু লমবিসিদদি প্রেমগি থমোই লুম্থবুদ্রে। ঙাসিন্দুন থমলিব খোংসি প্রিয়ান লাকলগ লোন্সিন্গদবনি, মসিদনি লৈতাফম্ খংদ্রিবন। তান্জাসিদ থোং হাংলকপগি মখোল তাবকই। প্রেম য়েংথোকলুই ফি সেমজিনদুন প্রিযান চংলকপদু উই। মহাককি মাইথোংদ তাবমব নুংঙাইবৈ মনিংদু লোৎসিনখি মপুরোইব তুমলমদব অদুদ। প্রিযা তুমনব কাংখল্নচিংবদু সেমজিল্লি, মবকসিদ প্রেম্ন,

- তুমনব হোৎনবনি যাদ্রে, মসিনবু হেন্ন রাহল্লে।
- তুমবৈ গুলি চাখ্রব নংত্রো ?
- উম, অমদি চাখ্রবনি।

গুলি অমগসু পিজবে। প্রিযা তুমনিংলদুনা ফমুংদ কাখৎলি, মপুরোইবগি ওইবোমদ হিপথৈ। খোংবিন কৈজুপত্ত চপ্তুন চিংখৎলি, খুৎন ওকতুন থবাক মপাদ থমখি। মবকসিদ প্রেম্ন,

নহাক ঐগিদমক কয়াদ রাবব,
ঐনদি নংগিদমক্ কবিগুমব অমতসু পেল্হনব ঙম্দ্রে।
ফবে, পোথানব তৌবসি। রাখল খল্লুবগনু,

অমুক তুমিন্ লৈনখ্রে। থমোইদা মবোল্ লোল্লি। প্রিয়া মদোম্ খন্জৈ, ঐসে চুমলিব্র, মহাকনদি কবিসু পাম্মুদন পেন্থোক্লি। মসিন থমোইদদি চিংনব পোক্লি।
ইনে লৌব মাম্গি মচানুপা দিনেস্ ঐখোইদ লৈবগ লাইবিক্ তম্লুন্ব থাবক্পনি। অদুগ ঙসিন মা ঐগি মবক্ত ওইবক্লিব মবি। ব্রাখল্সিদ অদুম্ তুম্থখ্রে।

য়ুমথংন্বদ লৈবি প্রেমিন, প্রিযা অমদি মপুবোইবগ লৈনবিব মবি অসি খব মখৈদি খংঙি। অদুবু কবিদি হাইবুব যাগনি। থমোই লাইনা নাববনি মিমান্নদ্রে খন্দুন মথমোইবু লাকসিনজদুন খুদিংমক্ পেন্থোক্লগ সিববু ঙাইবিব মিসক্নি প্রেম। মসিতন প্রেমিন থমোই সেংন প্রেমবু নুংসিজৈ। পুকনিং থৌগৎপিব অমদি পাংগল্গি মতেং কযা পাংলি। মসিনসু লৈকাইগি মচল অমা ওইন নুংসি-চান্নন হিংলক্লি। অদুন ঙসিফাওব মযুম মকৈ পাল্লুবগি আসা ইতৌ তৌবুদে। প্রেমগি মপাবুং ধনেস্বোব লম্দম্সিদ ইনাক্-কৈবাক্ খুনব মিসকনি অদুন মিয়ামন বেভাব তৌনবিবনি। অদুবু মচা-মমৌগি মবিসি খব চিংন্ববসু যা কাথোকপ ঙমদ্রে। কবিন মচানুপান ওইবিব ফিবম্ অসিদ। মসিতন মপাগি কোক্ চিক্হললি।

সুমাং মচিদ লৈ ইসিং চাইবিবি প্রেমিন, প্রিযাবু মপুবোইবন কৌখিবদু তাই। চংলকখিদব অদুসু খংঙি। হন্ন-হন্ন কয়াবক কৌখ্রবনি, হনতক্তি অমুক্ কৌবক্খিদ্রে। ব্রাববব তুমিন্ন লৈখ্রে। নুংঙাইত্রদুন প্রেমি, প্রেমগি নাকত চংলুই, প্রেমি উবদ,
- নংবু ননম্ম উখিব্রো?
উদে খংহল্লি। কবি পামবগে হংঙি, প্রেমিন মযুমদৈ ইসিং অসাব লৌবুদুন পি। প্রেম ইসিং লৌদুন থক্লগ,
- লৈকাই ওইবুবন নংসু অব্রাবসি যাওবেদো।
- অদুমন তাকপিগনু তাদ।

চৎলগে হাইদুন প্রেমি থোবকই। অমুক্ থোংজিলদৈ লৈসিল্লক্তুন,
- নচলসু তাদগিদমক্ ব্রাদবদি ঙমদে।
পাংগলগি মতেং পাংজবিব, অদৈ হেনদোক্তুন থমোইগি ব্রা ঙাংলক্লবসিদদি প্রেম্ প্রেমিগি ব্রাখল্ খনদব ঙমদ্রে।

অব্রাব ব্রাখল্ন পুবক্পা চৈথেং অসিন মিমান্নদ্রব মপোকপু কবিগুম্বদ নিন্দা তৌবুদ্রে। ঙসিগি ব্রাবিবসি কব্মগি মহৈনি খনদুন খাংলি। সোমদন পাপ্নি খংলব লমবিদু হৈনবুববদি মহাক অদো কোক্ হেক থাদোকপ ঙমদে। অদুন ইবৈসিদ অদুম্মক পুন্সি লোমন্খিব কোংগাইনি। প্রিয়া দিনেস্ নুপা নুপিগি মবি লৈনবকপ ফন কুইবকলবনি। লোন্ন চাব পোৎকি মহাও কাওঙমখিদ্রবনি। প্রিয়া মমা ওইবকপ যাব তানফম্ কযা যাওখ্রবনি। লাইযেং বিগ্যান্ন চাওখৎখিবন মদুমদি নাথৈহনখ্রে। থাবলনগ ফবনে প্রেম্ ঙাইহাক্ হংচিৎ লাংনিদুন মপান্দ ঙাহৌ-ঙাহৌ থোবকই। দাবিদ খোং য়ানথদুন ফমলগ মহৌসা লাইবেম্বিগি ফজবদু যেংদুন পুক্নিং সানতি ওইজৈ। মখা সংগোই দলান্ কাগি থোংনাওদৈ মৈঙাল্গ লোইন্ন নুপা নুপি লোন্ন নোকমিন্নবৈ খোনজেল্ অমা তাবকই। মি কৌবন্নি সাওবক্লদ্র হাইন প্রেমিদি নিংলুবনি অদুবু প্রেমদি,
- ইহে তাহৈদ্রব মতৌনি,
হাইবম্লগ ইমুংদ চংখ্রে। ঙসাইদগি মতৌদু যেংলিবি প্রেমি থমোই কাইখ্রে। মিৎলুদ পিবাং সিন্থন প্রেমন চংখিবদু যেংহৌবি। প্রেমগিদমক্ ব্রাজন,
- হে তাইবং মপু নংগি লিলাসিদি।
প্রেম্ ফমুদ লোংন হিপথৈ, চোংলকলিব থবাককি মিহুনদু ইস্বোবগি নাম্ সোনদুন ফাথজৈ। পুক্নিংদ স্রি ক্রিস্নগি সকতম্ চিংসিন্জদুন মসাগি অনাববু অমুক্তদি ফহন্বিযু হাইন খুবুমজৈ। অমুক্ ব্রাখল্গি ইথক্ হৌবকই, প্রিয়াগি অবোনব লিচৎ অসি যেংদুন অসুমক লৈববদি

মহাক অবান্ব তাবক্লোইদ্র খললি। মসান পাওখুম্ অমুক্ পিবদি ঙমদ্রে। থিংলুবগন কবি, নোংমত ফাওব ঐন মহাকপু মোমোল্ নোকহনখ্রবব? ইস্রোবগি লিলানি মহাকন তমব অমা লাকলনি, পেনথোকপন মাগি মথৌ ওইবে। হকাম্ লাওন চল্লদুন য়াম্ন হৈনিংদ প্রিযা চংলকই। ঙসিদি ব্রা লান্কা ইঙাং ঙাংনদে। প্রিয়া ফমুংদ ফং কাখৎতুন তুমখি। প্রেম ঙাইহাক তুমিন্ যেংঙি। নুংসিব ব্রাহৈন প্রিযাবু কৌবি,

প্রিযা হৈনিংদন খুমল্কই, অদুবু প্রেম্ নিংহন্নদে। মখা তাবকই,

- ঙসিদি ঐ নঙোন্দ ব্রা অমতং হাইগে।

পাওখুমদি পিবক্তনব অমসুং খন্থনবত খংহন্খি। মতৌদু প্রিযা মমিৎ ফাক্লি-ফাক্লি ঙক্ন যেংল্কই।

- নং পাপ্কি লমবিদ চৎলে ব্রাফম্সিদ ঐবু খমবন্ব ওইনসু লৌগনু। ফবে, তুমনিংলবিনি পোথাবো।

প্রিয়া খুমলুদ্রে, ফৈজুপ্ন মকোক খুমজিনখি, স্রোব সাংন হোনদোক্তুন খাংলি। মতৌদু প্রেসু মবম খংঙি।

খৌদেমব মখোল্ তাকবই, মকু ইবুংঙো হল্লকলে হাইবসি দিনেসকি কাদ লৈবিবি প্রিযান খংঙি। মখোই অনিমক্ তুমিন্ লৈনখি। থেংলব ফাওবসিদ দিনেস্ কাগি মৈ ঙাল্লমব অসিন ধনেস্রোবগি থমোইদ হেন্ন পুক্নিং চিংসিললি। দিনেসপু কৌব্রি, চবক চহিংন্ন খুমলক্ই মতৌদুদ ধনেস্রোব,

- ইবুংঙো পোথাবোনে, মতমসি থেংলে, নসা সোক্কনিকো হাইবমলগ চংখ্রে ইমুংলোমদ। পাখৎলুবা ইথিল্ হুমাং হন্থখি, হৌজিক্ প্রিয়াগি ফিবমসিদ কমদৌনি হাইদুন দিনেসত ওনসিনলি। অদুবু দিনেস পাওখুম পিবক্পদি লাইবদন তবংদ লৈথোক্খ্রে। মতৌদুদ ব্রাবৌন প্রিযান,

- নহাক নুপানিনে।

প্রিয়াবু ময়ুমদ পুসিল্লুব য়াবোইদবগি ব্রা হাইবকই। ব্রাফমদুদ প্রিয়ান মমাংদ মদু মযামদু খনথহৌদবগি দিনেস্ত মবাল্ সিবকই। দিনেস্ন,

- এ, মসিবু ঐতগি ইবাল্লো?

সাওনবগ কান্বোই খংলদুন প্রিয়া ইংথন থেমল্কই অদুবু দিনেস্তি লমবিসিদ চৎলিঙৌ মহৈ-মসিংদ সোংথহৌবদু নুংঙাইজখিদে। অদুবু সম্ন হাইবকই,

- ভবাগি কাদ লৈবুনি হাইসু সেল্দি --- ।

থা তবেৎ সুবক্লবনি ঙসিদি প্রিয়া মযাম খংলক্লবদি লান থোক্কনি মসিগিদমক্ চাংয়েং অমা চংসিন্নব মখোই অনি কুপ্ন তান্নবে।

প্রিয়া ইবুজথোকলগ অযুককি ধূপ্ থাওমৈ থাললি। মদুগ প্রেম্ন পামজব চিনি যাওদন ফুৎপ মংগ্রা অঙাংবদু পলেৎ অমগ চাঙাং গ্লাস্ অমগ পুসিল্লকই। হবাও-হবাও লৌদুন চাই, থকই। থব্রাই যাওন হোৎন্বকপ মতৌদুদ চিংনবদি পোকই। প্রিয়াবু চিংন য়েংঙি। প্রিয়া হবাও-হবাও তৌজে। তুমিন্ ব্রা ঙাংলকত্রবদুদ প্রিয়ান,

- তামো, ঐ ইসা লুম্লে।

ঙাইহাক্ তুমিন লৈখি। অমুক্ নোকমি-নোকমিবদন প্রেম্ন,

- ফবেনে।

ব্রাহৈদু প্রিয়া হবাওজৈ মদোম লোন্ন। ধনেস্বোবন মচানুপাগি কাদ চংলক্পনি ব্রাহৈদু তাবুবদ কোক্ চিক্লদুন অমুক হনখ্রে। প্রেম্ন অমুক্সু হাইবক্ই,

- ঐ নহকপু নুংসি অদুবু হবাওহনবদি ঙমদে

প্রিয়া ব্রা-লান ঙাংলক্তে তুমিন্ন তাই। প্রেম্ অমুক্সু হাইবক্ই,

- ঐবু ময়ামন নুংগি মুব্তিগুম উবি, অদুমদি অসেংব অমা নৎতে। হন্তকতি ঙসাইমখৈ লোন্ন হবাওজবমবদু লোইসিন্খ্রে। প্রিয়া মাইথিবব লান্মি অমগুম তুকথন মপুবোইবগি মাংদ লৈজখি। প্রেমন মখা অমুক তাবকই,

- য়াবে ঐ, মিওই খবগি ইজৎকিদমক হিংলগে।

নহাক লাইনা চুদব নচানুপা অমদি পোকউকো।
ধনেস্বোব অমুকসু লাকই। মকুবু প্রিয়া বেভাব উৎলি, লোইন্‌ন ফিদ থাই।

- ইবুংঙো মুম্‌বাইদ চৎতুন লাইযেংলুনব তৌসি।
থমোই লাইয়েংবদ খুদোংচাব খব লৈবে হাইবি।

প্রেম যানিংব উৎলি। হবাওবদুন ধনেস্বোব অমুক থোক্‌খ্রে। অমুক প্রিয়াদ ওনস্‌লকই,

- প্রিয়া, হন্‌তক্‌কি থোংচৎ অসিদি লাইসু খুবুম্‌লক্‌কে।
থা খব চংলক্‌পসু যাবি।

মপামচান য়ুম থাদোকখ্রবদ দিনেস্‌ অমদি প্রিযাদ ইমুংগি দাইত খুদিংমক্‌ পুগদবনি হাইদুনা সিননৈ। প্রিযাসু অদুম্‌ তুমিন্‌ তাই।

থা অহুম্‌ লংফৈদগি পাও অমত পিবকত্রগ ঙসিত অনাব ফবে হাইদুন তেলিফোন তৌবকই। লাইফম্‌ অয়ামব খুবুমলে অদুন থুন হল্‌লকলনি, পাওসিদ প্রিয়া খম্‌থেংন ৱাবে। লোইন্‌ন থা সুজিল্‌লক্‌পগ ওইবনে, দিনেস্‌ত মপামদ পাও পিহনখ্রে। খুদকত হকচাং নুংঙাইতব হেনজিল্‌লক্‌তুন দিনেসকা মখোই অনি অনা লাইযেংসংদ চৎখ্র। ঙসাইদগি তৌনবিব লাংনবিব মযামসি য়ুমথংনবদ লৈবি প্রেমিসু লোইন খংঙি।

ইথা থাজবুদন থোংগাললোমদ প্রেম মপাবুংগ পুন্‌ন চংমিন্‌নবকপদু প্রেমিন উবে। অঙক্‌পনি সুক্‌না হেক্‌ নাদব মি অমগুম্‌ উবে। মসিদ প্রেমিন হবাওজখিবসিদি। চেন্‌সিন্‌দুন মৈনচিংব ওকই, পুবকপ পোৎসিংদুসু ইমুংদ পুসিললি, লোইন্‌ন প্রিযাখোই লাইযেংসংদ লৈখিবগি পাওদু তমমি। তাল্‌লকসিদ সুমাংযৌন ভেন অমা থৌজিলকই। মপা মচা ঙকন যেংদুন লৈ। দিনেস পিগোই চেন্‌ন গাবিদগি কুমথবকই। অমুকসু গাবি অমা থৌজিল্‌লকই। প্রিযাগি মমান অঙাং অমা পম্‌দুন লাকলগ প্রেমদ খুৎসিনৈ। অদুগ কপ্‌লকলে।

- ইচানুপিদো ঐখোইবু থাদোক্তুন চৎখ্রে।
প্রেম্ তবংদ লৈখ্রে। অঙাংদু প্রেমিন লৌবগ কবিনো পিথক্নব সিলখি। ধনেস্বোব ধবমগি মথৌ-মঙম পাংথোক্নব লাংঙি। লৈকাই মযামসু লাক্তুন মতেং পাংলৈ। অঙাংদুসু নুপানি। লৈকাই কনাগুমব লোন্ন কপ্চব যাওখি। মমা মচা কাইনব অসিদ প্রেম্ মওন্-মওন্ খল্লকই।
- হে ইস্বোব নংগি লিলাসিবু কবিনো, সিবুবব ঐন অমুক্ হিংলকলে।
সামুগুমন পাংগল্লবিদুন -- । মসিদ ঐ নোক্কদ্রা, কপকদ্রা। অঙাংগী মবমদা খল্লকই। প্রেমিসু প্রেমগি নাক্ত চংসিলকলে।
- তাদ, ঐ অঙাংসি যোক্চবগে, ঐবু লমলানবি ওইন লৌবিবগনু ।
- প্রেমিত ---। 

# নুপি

মিওইবগি লাইবক্ কনানসু খংদে। মসি হৌনসানি। পোইনু থাগি পান্খৎলক্প অযুকনি। লৌকুমনবুব মিযাম্ যুম্ কানবকলে। হৌজিক্তি নুংসাসু নিংথিন থোক্লে। সকখি মনিং পুখ্রিদ লৌকুমলুবে ইবুজথোকলি। সককখি স্বাই লাওব্রি খোন্জেল থোক্ন হাইবকই।
- ইস' কবিনো সিদি, ইচা থোইগি সেন্দলনিনে।
থুনা যুমদ চেনখৎলকই, মনাওনুপি বাধাবু কৌদুন তম্মি। পাখৎখিবন মচিন-মনাও মনিং মযা খা-ব্রাং কোইচেন্ চেল্লি। ফংলকত্রবদ তৌফম্ খংদ্রদুন বাধা কপ্-লাওন কোইন চেনখ্রে। মতৌসিদ লৈকাই তানবকলে, ময়াম চংদুন থিবি। মপাবুং দিপক্তি যুমদ লৈতে। অঙক্প নোংদমনি অব্রাবন খম্ থেংখ্রে। পাখং মচা অমন লাওবকই।
- থোইসনাদি পুখ্রিদ লৈবে।
ময়াম চেন্সিন্নখি, বাধাদি মিকুপ অদুদ গ্যান মাংদুন লৈমাইদ হাইথখ্রে।

মযাম ইসিং থাদুন লাইকননৈ। অঙাংদু লৌখৎলগ থুনমক অনক্প লাইযেংসংদ পুখ্রে। দিপকতি কৈথেলদ দুকান ফম্‌দুন লৈবনি। পাওদু তাবদ যাম্‌ন থুনমক্ গাবিমচা অমদ লাইযেংসংদ চৎখ্রে।

দিপকন লাইয়েংস্নং যৌবক্পদদি অঙাংদু কন্‌ব ঙমদ্রে, হাইব পাও তাখি। মিকুপতুদ থমোই সোক্‌খি। মিয়ামবু ইকাইবকেত্রে।

- ইপাগি ইবুংঙো নংদি ইপাবু থাদোক্তুনা চৎলবকো।

ইপাগিদি নংসে পুন্‌সি অতিযাদ থোকপ থাজানিনে, নুমিৎনিনে। মতৌদু উবদা মযাম থমোই কাইনখি। তান্‌জাদুদ নবস্ অহন্ অমা থোবক্তুনা দিপকপু থেম্‌জিনবিখি।

- ইবুংঙো নহাক পুক্‌নিং ফাথৌ, কাইনব হাইবসি পুন্‌সিগী সবুক অমনি। মসি হিবম্ অমতনসু থৈদোক্লুব ঙমলোই। মৈ চংল-চংলগ সনাগি মগুন্ ব্রাংলকপগুম থমোইদ অসেংবদু উব ঙম্‌লক্কদৌবিবনি। ঐ হাইবসি আতমানি থব্রাইনি সিব নাইদবনি, অদুন নচা মনিদো অনৌব ফিজোল অমা হোংবতনি।

অসুমন ব্রাহৈসিংসি তাবব মতুংদ দিপকন থব্রাই য়াওদ্রব মচাবু পুদুন ময়ুমদ হল্‌লক্লে। ধব্‌মগি মথৌ-মঙম ঙম্‌ন পাংথোকখ্রে।

কপ্‌ন লাওনবমবগি মমৈ তাবকপ অহিংসে ইচিক চিকখ্রে। উপাল ব্রাপাল অতিযা অতৈ অচৎ চৎতসিং ঙমন দিপকখোই অব্রাব ইচেল্‌লকত যাওবি। তুম্‌ব যাদ্রব মচা কাইনবব মমা মপা অনিদু মৈচাক খাংলি। মবকসিদ, বাধান।

- তামো, লাইফম কযা খুকমলুবব মতুংদ, ফংজখিব ইচা মনিনি, পুন্‌সিগী চহিন যাম্‌সিল্‌লকলবদ ইচামনিবু কাইন্‌বে, অমুক্ ঐগিদি ইমিৎত ইচা ডুববোই।
- বাধা, পুক্‌নিং সোন্‌থগনু, মসি পুন্‌সিনি।
- নংদি নুপানি, ইচা পামলক্‌খিনি মতমদুদ, ঐবু নহাক্‌ন কবমন যেংবিগনি।
- বাধা, নং য়াম্নন চিংনবে, মদো থাদোকক্ত।

মনাওনুপি নুংসিবৈন কৌবকপ তাবদ হৌখ্রব থোদোকসিং নিংসিংলুবদু খুদক্ত কাইখ্রে। নুংসিবৈ চংসিল্লক্তুন, চাক্ চাথোক্নব হাইবৈ। দিপকসু ইবুজথোকলগ কাবকখ্রবনি, মখোই পুন্ন চাম্নিহৌনব, বাধা হৌগৎতুন।

- হোই হোই, ফবে চাবুবসি।

নোংঙাল্লমদাইদগি হৌনা বাধাখোই ইমুংসি ইবাং লাংঙি। তৌবগিদি বাধা ব্রিন্দাবন্ পবিক্রমা তৌবুনব লাংলিবনি। ঙন্ন চাক খব চাখিনব লোইন্ন অতৈ কবি-কবিনো সিল্লাংলিবনি। অসুমন লাংনবিঙৈদ নোংঙাল্লক্লে। নুমিৎ কুচু সেংন থোবকলে। লৈকাই মযামসু লাক্নবে। অঙম্ব সেল্গি মতেং পাংলৈ। নুংসিবৈসু মচেগিদমক্ চেকসিন হোৎনজবি, জাত্রাগি মতম যৌবকলবদ মনাওনুপিদ নুসিনা মংগোল্ পিবক্লে।

- ইবেমা, ঐনা ব্রিনদাবন্দগি অমুক্ যুমদ হল্লকপদদি ইচানুপা অমা পোক্লমগদবনিকো, নহাকসু ইস্বোব খুবম্লম্মু।

নুংসিবৈ মচেগি থৌজালবু ফিগাও সান ওক্চখি। বাধাবু দিপক্ন অমুক খোংচৎ অসি তেকত-কাইদনা পাংথোক্লুনব মংগোল্ পিখি।

- বাধা নং মংগোল ওইয়ুকো।

অসুমন জাত্রা মতম ওইবদুন বাধা খোং থাংদোবক্লে, মযামসু থোংগাল ফাওব থিনদোক্লুই।

মিওইবৈ পুক্চেল অঙক্পনি, অপাইব লৈচিলগুমবনি। মচানুপা অমা ফংজবব মতুং অসিদ নুংসিবৈ মপুবোইববু মহাকতগি ওইনিংলক্লে। বাধাসু ব্রিন্দবন্দগি হল্লকতুন যুমদ লৈব থা অহুম-মবি সুবে। নুংসিবৈগি হোংলক্ইব পুকচেলদু বাধাসু খংলে। মসিমক্তন দিপককি মফমদ নুং অনিগি মবক্ত হা হাইবদু ওইববে। মসাগি কৎথোক্পতন থল্লব বাধানি। অমুক্ কাইনখ্রব মচাগি মহুৎ মচা পোকলিবি নুংসিবৈবু হেন্ন খনগদ্র? ইমুংসিদ হৌবকলিব মৈবি-মৈখু

লক্তা বাধা মিকুপ অমতসু সানতি ওইন পোথাব ফংদে। হৌগ্রব থৌদোক্তু অমুক্ নিংসিংলকই।

- তামো, অসুমন লৈবসিনদি --, ইনাওনুপি অমা য়েংবিবো, মদুন পুম্নমক্কি অফব ওইবগনি খললি।
- বাধা অদুবু, ইচাগি মহুৎপুদি লৈবক্প যাই, অদুদ লোক্ অমদ কৈ অনি কুন্ব হাইবদু থোক্নিদ।
- মদু থবক্ থৌবম্ সিনদোক্প হৈবগি মখা পোললি। অমবোমদ ঐ পুম্নমক্ কৎথোকপ ঙম্গনি।
- বাধা --।
- নং ঐগি ই মালেমসিদ অমত লৈহৌদ্রবদি --,
- বাধা, ঐ নুপি অমা থিবদি ঙমলোইনে।
- তামো, ঐবু নুংসিবিববদি অদুমন তৌবিবগনু। সোইদন ইনাওনুপি অমা যেংবিবো।

দিপক্ন কৌবকপদ বাধা খংঙি, অদুগ ব্রাখলদু খুদক্ত কাইখ্রে। লোইন্বিন ব্রাখল নুংঙাইতন উংদুন লৈবম্বদুদ দিপকন।

- ঙসি ওইবকলিব অসিসু পুন্সিনি হাইখিগদব?
- পুন্সি লম্বিদি অব্রা-নুংঙাইতবন থন্বনি।

থমোইদ ফাওনবিব ইথিল, ব্রাফমসিং অদু ফোংদোকনদ্রবসু লোইন খংনখি। পুন্সিনি পেনথোক্নবি। তুংদ মাংদ চাকসংদ চংমিনখি।

নুংসিবৈ হেন্ন খোইসাওনখ্রে, হোৎনবুব পুমব অবেমব তাবে। মখল-মখা কযাগি পোবম্ সিনখ্রবনি অদুবু মচে বাধাদি যুমসি থাদোক্তুন চৎখিদ্রে। মতৌদু বাধা লোইন খংঙি। অদুবু সাওবুব লৈতে। মচানুপা অমা ফংজববদ। মতাংসিদ ঙক্লিবদি নুপি অনিগি পুক্চেল খেনবসিনি। ঙসিদি দিপক্ কৈথেলদগি ঙন্ন হল্লকই। মপুবোইবন থৌনা লৈতবননি খন্বদ নুংসিবৈ মনাতোনদু কাম্ব হেনগঙ্লক্ই। মতৌদুদ,

- নংসে ইবেমা ইনাক্খুনগদব মানদে।
- কনানবু, গ্যান তাদব মিগ লৈমিন্নবসিদি,

অওক-ওকথোংগি লাল্দুদ ইমুংসি পুম্লাং লাংঙি। পুম্নমক্সি থংনব কাদ বাধা লোইন তাই। অদুবু বাধা থওই-ব্রাওইবুদে। মমৈথংদদি নুংসিবৈদু মচিন্ কল্লি হাইদুন দিপক্ন ফুবিবে। চৈনা খাংব ওইন মচিনদদি অমুক্তোইব লোইবে। খামলুদ্রবদি যাবোই হাইদুন বাধা চংলক্ই।

- ফরে তোক্পিরো,

  অসিগুম্বসি অমুক্ থোক্তনব, ইস্বোবদ থৌনিজসি।

- মসিদবু কনাগি ইস্বোর অমুক --'।

নুংসিবৈগি মতৌনে, দিপকতু সাওবদুন মপান্ থোকখ্রে। বাধাসু কাদগি থোকখ্রে। নুংসিবৈ ইপেন পেন্খিদে, অমসু-অমসু ব্রাবৌখি। অমদ-অমদ মবাল সিজিনখি, মসাবুদি অদুমক্ চুমন লৌজখি।

থেংলব অহিংনি, মদোম তবক কাদুদ বাধা ব্রাখল তবেৎ-তবা থোক্ন খল্লি। ঙসি মহাক্ন ফংলিব অব্রা-মৈচাকসে কনাদবু তাইসিল্লুগনি। মান মমাংগি মপোকত তৌখিব কব্মগি ফলনি। সোইদন মবুকথোককি মচাবু মিবাইবমগনি। মপুবোইববু থওইদন তৌব্রম্গনি হাইদুন খন্জখি। কনান থি, কনান ফজৈ, কনান লাইবৈ, অমন ইনাক্ খুললি, মিওইপোক্তবু নুংঙাইনিংদব কনা লৈবগে অদুবু কনানদি তম্ব ঙম্দে। খন্ব য়াব খল্লুবগ, মসাগি ফিবোপ্ অমা লৌজখি। সোন্থাংন্ন সোল্লকই।

- ফবে ঐ যুমসি থাদোক্তুনা চৎখ্রগে,

  ইমুংসিন সানতি ওইজহৌনব।

ফম্মাংদ থাবিব তেবলদুদগি চে কলম্ লৌদুন কবি-কবিনো ইদুন থম্মি। লোইন্ন ইমুংসিগি মিওইসিংবু অরোইব ওইন বিদাই পিবক্লে। মতমসি নোংঙাল্লমদাই ওইবক্কদৌবে। রাধা ইংন চিক্লব মালং ইপোম্লক্ত ইমুংদগি মপান্ থোক্খিদুন কোন্থোং ব্রাংমা লান্থোক্খ্রে।

ঙসিদি বাধা থেংলফাওবদ যাহৌবক্তে নহান্ মখৈদি ঙন্ন হৌদুন ইবুজথোক্লগ ধুপ্ থাওমৈ থান্বনি, মতৌসিদ দিপক্ চিংনবদুন বাধাগি

কাদ চংলকই। ঙকখিবন মসা পুম্ব লিংকখি। কোইন খি, কৌদুন য়েংঙি, মফংদ্রবদ কবি-করিনো চেদ ইদুন থন্‌মব্রা য়েংঙি। মিকুপতুদ তেবলদ তাবিব চেদু উবে, লৌখৎতুনা য়েংঙি, বাধান ইবমমি,

*তামো, ননাও নুপিবু বিদাই পিবিবো, ঐবু থমোই সেংন নুংসিবিববদি ঙসিদগি ঐবু কাওব ঙম্ব ওইবিয়ুকো। ঐ কনাবুসু রারৌব লৈতে, জিব কযান মালেমদ মখল মখা কয়াগি মপোক্ত পোক্‌লবি, মমাংগি মপোক অদুগি মহৈ ওইন ইস্নোবন দন্‌দি পিবিব, মসি ঐ থাজে, অদুন ঙসি ঐস অব্বাব কযা মাইয়োক্‌নজবনি। মসিদ কনাগি মফমদসু নিন্‌দা তৌবুফম থোকপগে। ফবে, তামো অমদি ইনাও নুসিংবৈগ লোইন্‌ন ইচা কোমলগি পুন্‌সিদ যাইফব ওইসনু।*

নহাক্‌কি

বাধা

চিথিগি মবোলসিং পাবুবব মতুংদ দিপক থমোই সোকখি। মিৎলুদ পিবাং ইহৌন বাধা কাইনবৈ মৈচাক খাংজহৌখি।

হনদক্ বাধা যুম্ থাদোক্তুন চৎখিব অসিদ লৈকাই ফাওব যাওন অব্বাবসি সবুক যাখি। থোইন দিপক্‌কি মফমদদি খাংব ৱাবব চৈনা অমন থমোইনুংদ তাদুন লৈবে। অসুম্‌ন নোংম নোংম হৌখি থা অমা হৌখি চহি অমা অনি লানখ্রে। মিওইবৈ পুন্‌সিদ অব্বাব থৌদোক্ কনানসু মাইযোক্‌ননিংদে। অদুবু কনানসু থৈদোক্‌লুবদি ঙম্‌দে। ইস্নোবগি নোংদম্ কনানসু খংদে। ঙসিদি দিপককি ইমুং তৌব্রু তৌবুব পুম্বদ ঙমন অবেমব ওইবে। মসিতন খমথেংন লাইবব ইমুং অমা হাইবদু ওইবক্‌লে। মচানুপা কোমলসু চিফেৎ-চিফেৎ নাখিবন ইমুংসিদ সিকি অম্বফাও তাব ঙমদ্রে। মাংগোলদ ফিদা যাওদন ফমলিব মপুবোইবগি নাক্ত নুংসিবৈ চিনি যাওদব চাঙাং গ্লাস্ অমা পুবক্তুন পি, চাদু অমুকতং চিংলগ দিপকন,

- ঙসিদি চিনিগি মহাও খংলবসু চাজমসে হৈনবে।
- অহাওববু পামদব কনানো?

- অসুম্নদি তৌবমদেদন ইমুংসে।

মথমোইদ মচে বাধাবু নিংসিংলকই, খোনজেল তপ্থবগ,

- চাওবব দোস্ অমদি লৈখি। ইচেদো ফবনিদ,

  ব্রাবক্লব কান্দ ইস্রোব নিংসিংলকই হাইবদুনি।

- নথম্মোইনবু চুম্লকলব, খাংসি ব্রাজসনু।

  মতমদুদ নচেন ব্রাজবমগদবদো --।

নুংসিবৈ মপুবোইবগি মখোং সোক্ন খুবুম্জবগ,

- ঐবু অমুক্ত ঙাক্পিয়ু।

- ফবে, হৌখ্রবদি হৌখ্রসনু,

  নচেদো ঙসিদি মিযামগি সেবাদ কৎথোকলবি অমা ওইখ্রবনি।

## জোই

নোংমা জোইন পুংকক্ চাওবকপ অদুব্রাইদ মপাগি নাক্ত চংলুই। মতমদু মপাখোইদি চাক্সংদ চাক চাবগি ইবাং লাংলম্মি। থোংজিনদগি চেপ্থদুন যেংবদ মনাওনুপা তোম্বগ পুখম্ অমতদ চাক চামিন্নবদু উবুই। মিৎকুপ্তুদ খল্লুই ঐদি নোংমতসু অসুমন পাবুংগ চাক চামিন্নব ফংজখিদে, কবিগিনো ঐবু উবফাওবদ কৌসিল্লকত্রিব। মতমদুদ মমাতোন্ন মাবু উববদ মনাক্ত চংসিল্কতুন।

- হে অঙাং চৎলো,

  নংদি নপাবুংগ পুন্ন চামিন্নব য়াদে।

ব্রাহে অদুদ জোই মথব্রাই নুংঙাইতন অপোকপি মমাগি নাক্ত চেনখ্রে। হন্তক মচানুপান নুংসুক-নুংসান্নবগি মবমদু ঙসিত খংলে। অদুবু থোইন লোন্নবিনি হাইদুন খৎন-চৈনবুব তৌবুদে। মদুগি মহুৎত মচা জোইবু গ্যান লৈনব হাইদুন পাওতাক কয়া পিবি।

- পুম্নমক্ অবেমবনি, ইস্ত্রোববু থাজ্জৌ, অদুগনে,
  মিয়ামন সিংথানব, মহৈদ-লৌসিংদ মকোক থোংব
  মি অমা ওইনব হোংনগদবনি।
  মতমদুদ নংগি মি ঙাক্ত ওইবক্কনি।

মমাগি ব্রাহৈসিং অসিন মপান লুন তৌবিদবগি ব্রাফমদু থরগি মখৈ কাওখ্রে। মমাগি য়াথং ইনদুন ওজা দয়ানন্দগি নাক্ত চংতুনা পুকনিং চংন মহৈ তমখ্রে। মহৈসংগি অরাংপ কয়া মেন্থংপিববদ ঙসিদি জোই মিকোক্ থোংলে। নোংমা মুমদ ওজা দয়ানন্দন পাওতাক কয়া পিথি।

- মহৈ হাইবসি অথোইবনি, মঙাল্গি মসকনি।
  মহৈন মপুংফবব মিদু ইনাক্ খল্লবনি লম খুদিংম্কত।
  পুক্নিং চংঙু, কিগনু থৌনা লৈয়ু।

ওজাগি থৌজাল্দৈ জোইদি ঙসি মপুংফব মি অমা হাইদু ওইখ্রে। মমা মপান লুন তৌবুবদগি তোনান্থিদুন ঙসিদি তোমব মহৈ-মসিং অতৈ হিবম অমতদসু মপুং ফাদ্রে। অমবোমদদি মপুবোইবন চানব নুপিগি মচানিন মপাগি অযামব মবনসিং অদু তোমবগি খুৎত তাববে। মসিগি অচাওবমদ নহাওইবগি পুকনিংবু ফাথহৌদদুন ঙসিদি তোমব যু, যুব্রাবদ লাইচুখ্রে। মমা মপাগি মবন-মথুম মচাওইবসিংন চপ্ মান্ন ফংগদবনি হাইব খংলবসু জোইদি লন-থুম্গি অখুব মিযেংদ চংলুদ্রে। লন্ হাইবসি মহাককি মফমদদি মতম খব সংলমবনি, মপুদি ঐখোই ওইবমদ্রে, ইস্ত্রোবন ওইবমলে। মসিগিদমক কবিগি পুকনিং ব্রাবুগনি, খনদুন মনাওনুপান ওইখিবদ অদুম্ পেনথোক্লি। সোম্দন কমদৌবি লৈকাই ময়ামনদি জোইতবু সিংথানৈ, নুংসিনৈ। অরুব ব্রা অমা লাকপদ মাগ তানৈ। মসিনসু মমাতোনগি মফমদদি হেন্ন খোইবাং-খোইসাওনহললি। লাইবক্ অসি কনাসু তমলুব ঙমদে। জোই যু: পি: এস্: সিগি এ আই এস্ পবিথাদ মাইপাক্লদুন ঙসিদি এস দি ও ওইন মতম খবগি প্রোবেসন্ পেবৎ ওইন পুবি। মতম খব লৈবগদি

দি সি ওইবক্লগদবনি। ওইবকলিব ময়াম্সি উবুবগ মপাবুংগি থমোইনুংদ ব্রাখল অমা লাক্ই। মচা অনিগি খেনবকলিব মতৌ, ইস্নোরগি থৌজাল, খন্থবুবগ মথমোইদ পেন্জখিদে, অতোমবিগি সবৈদ ইবুকথোককি ইচাবু মিবাইবুইদ, ঙসি মহাক্তি মবোমদোম্ লেপচব ঙমখ্রে। অদুগ লুন তৌজব ইচা তোমবদি কবি থোকলে। তান্জাসিদ মমাতোন্ চংলকতুন জোইন য়াইফবকপ উবুবগ কল্লক্ খম্বল্গি মৈবিলক্ত মচা তোমবসু কবিনো অমা তৌবিদুন মি-ওইহৌনব সিনন্ব তান্নসি হাইদুন মপুবোইবদ ইসৌ তৌবে। মতৌদুদ মপুবোইবগি পাওখুম ওইন,

- নংন ফনব সিললোনে, ঐবু কৈদৌখো হাইবিবনো,
  ঐদি নংন হাইব ইনবনি।

ব্রাহৈসিদ মমাতোন সাওনিংঙি অদুবু কবিসু মখা তাবমদন ফৎ খু-খু কাম্দুন থোকখ্রে। মতৌদুদ মপুবোইবন খল্হৌরি, হে নুপি ওইবি নখোইসে অঙকপনিদকো! অমুক্ ঐগি নুপি অনিসে কযাদ খেনখ্রব অমন ঐগি ইবন্দ মপু ওইদুন দোলাই তোংদুন পাল্লি। অমন মপুবোইবগি মিনুংসি অমতসু ফংজদন, অমুকসু সেলগি মতেং ফংদন কৈথৈলদ পোৎফম ফমদুন মচা সেমলকই। ঙসিদি পুমনমক্ উবে, মহৈ চাবে।

জোই মমা মচা ওফিস্ কাবমদাইগি হবাও-হবাও চাক্ চামিননৈ। মমান মচানুপাদ ব্রাফম্ অমথক সিন্নজৈ, নপাবুং নমাতোন অমদি ননাওবু লুন তৌগদবনি। মখোইসে নংগিদি লম্লানব নৎতে। হাইব ইনব মচনিন মমাগি ব্রাদু লৌরি, মবক্সিদ তোমব চংলকই, তৌবগিদি মহাক মমাদ সেল পিয়ু হাইবুবনি। অদুবু পিবকতবদগি নিসাগি ময়াইন কনখিবন যাম্ন হৈনিংদন মযাম্বগি নাকত অমুক হাইববনি। হবাও-হবাও তৌবিদুন লুপা চনি পিখ্রে। মহাক্ মপান থোকখ্রে। মমান সেল অসি নিসা চানবনি হাইদুন জোইদ খংহললি। ব্রাফমসি জোইসু খংলম্মি অদুবু পিদ্রবদি ব্রাবৌখিনি হাইদুন পিখিবনি। তোম্বন ওইবকলিব

ফৎত্রব মতৌসিদ অপোকপি মমাদি নুংঙাইজখিদে। জোইদি মমাতোন খোইন মাবু নুংস্দ্রিবসু মখোইবুদি মান নুংসিবুদব ঙম্দে।

এস দি ও ওইন জোইন থেললৈ দিস্ত্রিক অসিদ লৈবকপদগি ঙসিদি লমদমসি চাওখৎ-খোংথাং থুজিল্লকই। সবকাবন থাদবক্প সেলদু মবকত চোইথোকতন মসামক্ যাওন হোৎনদুন ধিকা সিস্তেম্ লৈহদন খুন-খুনগি খুনজাসিংগ খুৎসম্নদুন থবক্ পাইখৎলকপ অসিন লমদম অসিদ লমবি থোং, ইথৈ লৌখোং, মফম চাবদ লাইযেংসং, কৈথেল, মহৈসং কযা মতিক্ চান সেমগৎলে। মসিন মযামনসু যামন হবাওবে। থকন্ব অফব ইসিং অমদি গ্রিন্ বিভোলুসনগি অনৌ-অনৌব পোৎলম্ কযা ফংহললে। মসা-মউ ফন লৈনব সান্নফম মতিক চান সেমলে।

নোংমা থাজদন যুমদগি ফোন লাকপদ জোইন পাইখৎলুই। খুদকত বিসিভবদু থাদখি-কবি, তোমব যু বেনদবদ খুৎথোকনবদ সোকতুন লাইযেসংদ পুখ্রব। থুনমক জোই চৎখ্রে। মফমদু যৌবদ মনাওগি থব্রাই য়াওদ্রব হকচাংদু অঙৌব ফিন কুপ্তুন লৈবমমি। মনাওবু চিংন যেংদুন থমোই সোকন খাংজখি। মনাওগি হাকচাংদু নিংঙমদ নিংঙমদ মযুমদ পুথখ্রে।

তোমব লৈখিদব অসিন ঙসিদি ইমুং অসিদ কোক চিক্নহল্লে। মিযামদগিদি জোইগি মফমদন হেল্লিবনি। তৌবগিদি তোমবন সিখিব অসি যু-যোন্বি অদুগ মবি লৈনৈ লৈনদে হাইবগি ব্রাহৌদগি খুৎ য়াওনবক্তুন কোক্ত চৈন পানবদনি। হৌজিক্ মিয়ামন আসা তৌনবিবন জোইদি অচৌব মিনি অদুন মনাওগিদমক্ কবিনো খব তৌবকপ যাই অসিনি। অতাংসিদ জোই ব্রাখল তবেৎ তবা তৌবি।

- মিন মিগি মথকত লমন্ সিংগদ্র ?

  আইনগি মতেং লৌগদ্র?

  লুপা খবন মিগি মহুৎসিনব য়াব্র ?

  অবেমব ঙাকতনি পেন্থোকলগন ইমাতোন্ন কবি হাইখিনি।

*অমমবদ (১৬)*

ব্রাখল অসিন তৌফম্ খংহনদ্রে। জোই তবং অমদ লৈখ্রে।

জোইন তুমিন লৈখিব অসিদ লৈকাই অমদি মবুওইন মমাতোনদি খমথেংন ব্রাবৌবে। তৌবগিদি জোই তুমিন্ লৈখিবদি নৎতো কবি তৌসিগে ফিবেপ্ অমা লৌনব খললিবনি। মান মতম পুম্নবদ থাজে, সিব-চংব হাইবসি ইস্লোবন ঐগি লাইবক্ত চিংখ্রব লৈই অমনি। অসিবু সেমদোকলুব য়াগদ্র। অমুক লমন্ সিংলিবনি হাইদুন সেল্লবু ওইবো অইন্নবু ওইবো পাংথোকললসি। মতুংদ ইনাও তোমবদু অমুক হিংলকখিগদ্র। কানদব ব্রানি, অদুবু ফিবেপতি লৌদ্রি মমাতোনগিদমক খনদুন। সোমদন কমদৌবি মমাতোনন ব্রাকৎ কয়া মপুবোইবদ থাংগৎলি, হেক পোকমিননব মনাও ওইববদি অসুমন লৈফম্ থোকতে।

মখল্ মখা ব্রাফম্ কযা তৌখ্রবনি। মাদি ময়ামগ মান্নদবনি, মান কবি খল্লিব কনাসু খংলোই। ফবেনে মান হোৎনবিবকত্রে হাইদুন ব্রাবৌফম্ থোকপ্র, ইকাইব ব্রানি, ঐথোই মাগি মফমদ য়ামন লানখি, মদু খংদুন ইস্লোবন দন্দি পিবক্লিবনি। অসুমন লোইনবিবু থেমজিললি। কবি খল্লুববনো তুমিন হৌগৎতুনা মমাতোন চংখ্রে। জোইসু মাগি কাদ ব্রাখল তৌবি। অপোকপি মমা চংলকই। মনাও নুপাগি মতাংদ মান তৌথোবকলিব অতৌদু যানিংদে হাইববি। মখাতান অমুকসু হাইবকই।

- ইমাদি মিযামন হিংনবিব মহিং অসিদ হিংব পামমি।

ব্রাবব মতমদ পুন্সিগি মসক্ খংলকই। মমাতোন্ পুন্সিগি মবমদ নুংগি ওইব ব্রাখল কযা খল্লুবে। ঙসিদি জোইন পামলিব অসি কবিনো হাইব ইংগিৎ খবদি খংব ঙমলে। মপুবোইবন জোইগি মবমদ হাইবনে, মসামকন জোইগি মবমদ মুন্ন য়েংদুন নৈনবদ সিব হাইবসি, মিওইবগি খ্বাইদগি তমথিব যেকনবনি, হাইদুনসু সিংনদুন নানথোকলুব কনাসু ঙমখিদে, ইস্লোবন যেকখ্রব পংখৈনি। অসুমন মচা জোইবু থমোইদ তাথিবমবদু অসুম্ অসুম্ হন্থবকই। অমুকসু মওন-মওন

খল্লুই।

- ঐসি ইচা জোইগি মফমদা যামন লানখি,

  মপা ওইবগি মচাসিংবু নুংসিজব ইচেলদু নাথৈহনখি।

  অদুননি ঙসি ঐন ইচা কাইনবৈ মৈচাক ফংলবিব।

অসুমন ব্রাখল অমদ তাওদুন লৈবিঙৈ, জোই চংলক্তুন মনাও লৈখিদবগি মতাংদ কবিনো অপামবদু তাকপিবো হাইববে। ব্রাহৈসিদ মমাতোন খোলজেল থোকন কপ্লগ।

- ইবুংঙো ইমা পেললে, ঙসিদিনে ইমাসু গ্যান লাকলবনি।

  ইমাংদ অমুক লেপ্লবোইদব ইচাদুগিদমক কনাদসু দন্দি

  পিবগুমসি, ঙমন অবেমবনি।

ব্রাখল্ হোংলব মমাগি মতৌদুদ জোই মমাগি মখোংসোকন খুবমদুন ইমা নচাবু নুংসিবিয়ু। মচাবু নুংসিন কোন্খৎপিদুন।

- নংদি মতম পুমবদ মাই পাকপদ ওইয়ুকো।

অমুক মকোকত নান্থদুন মংগোল্ পি। ঙসাইদগি মতৌদু লোন্ন য়েংলিব মপুবোইবদো লোন্ন মিৎলুগি পিবাং তৈথোকচৈ। অমুকসু মচাদ হাইবকই, ইমাসে নহাককি নফমদ মাইথিববনি। মমাংদ ইমান নফমদ য়ামন লানখি। মমাতোনগি সোনথবকলব মতৌদুদ কবিগি অদুমন নচাদ তাকপিবনো, মমা মচা অনি নুংসি ইবিকলকত পুকমেন পাওমেনবদু উবুবদ কযাদ মপাবুংন হবাওজবিব। তানজাসিদ নুপি অহনসু মপুবোইবগি মনাক্ত চংলক্ই। অদুগ মহাকপু ইনথোকপিবদো তৌবিবগনু হাইজবকলে। মোমোন নোকলদুন মপুবোইবন,

- কবিগি অদুমন তোনথবুগনি।

  পুমনমক ঐন গ্যান ব্রাংলুবননি। ▣

# চৈথেং অমা

হেক্ উবদ পুক্নিং চিংসিল্লব যুমনি। থোংগাল মনুং চংসিল্লকপদ হুইজাও অনিদু চোংথোবক্তুন অতিথি ওইবিব অকাস্কি লমবি থিংঙি। হুই খোংব তাবদ নেপালি মচা বহাদুব চেনথোবকই, অদুগ খাম্লে। গ্যান লৈবব লাব অনিদু মিনৌদুদ তিংঙক্ তিংঙক্ যেংদুন লৈ। নুপাদু লাক্পগি মবম খংলবদ মহাক্পু মনুংগি কাদ পুসিন্দুন ফমহললি, অদুগ মবুংঙো দোকতবদ পাও পিবুই। দোক্তব থোবকতুন অকাস্কা ফম্মিনবে। বেভাব লৈন হংজে।

- তামোগি মিং দা বিনাস ?

মাননি হাইদুন খুমলকই, অমদি মবমসু হংঙি। অকাস্ কি হংগোইন মখা তাজে। দোকতবগি কাইনখ্রবি লোইনবমবি মিবনাবু লান্ন উখিবদু মহাকতি লান্দবনি হাইজখি। ব্রাফমদুদ দোকতব যাম হৈনিংদন, অকাসপু কনানো হংলকই। অমদি হিবমসিদ কবমননো হাইদুন চিংনব মতৌ উৎলি। অকাস্ মসাবু মসক তাকচবগ মিবনাগি হৌখ্রব ব্রাবিদু দোকতবগি মফমদ লিবকই।

অকাস্ কোনুংমমাংদ লৈব মাগি মাম্মগি যুমদ মহৈ তম্নব লৈবনি। মসক ফজে, সবান্ চুম্মি, মসা ফৈ, মহৈদ পুকনিং চংঙি। মসিদ ওইবিগদ্র যুমথংনবদ লৈবি মিবনান মাবু থমোই সেংন নুংসি, পামজে। ইংগিৎ কযা অমসু উৎখ্রবনি অদুবু অকাস্নদি গওইবিবক্ত্রে। যুম থংনব ওইবনিন তোইন উনৈ থেংনৈ মসিন মিবনাগি থমোইদ নুংসিগি ময়াই ব্রাংলকই লৈতফম খংহনদ্রে। নুংসিবন ঙাওববিসে নোংমগি কৌন ঙাংনহৌনব তানজা ঙাইদুন লৈখ্রে। নোংমা মিবনা অকাসকি কাদ চংলকতুন অংক হোৎপিনব হাইবৈ। মতৌদু অকাস্ হৈনিংদে, অদুবু লৈখাদু লৌদুন য়েংঙি। ফম্মু খোৎলু হাইদব অকাস্কি মতৌদুদ মিবনা ব্রাবৌজখি। অদুবু মথি ফোংখিদ্রে। অংকদু হোৎলগ পি, হরাও-

হবাও ফবে হাইবমলগ মিবনা থোক্খি। অমুক লৈসিল্লক্তুন কবিনোম ব্রাংলিবগুম অকাস্কি নাকত লেপ্লবে। অব্থা লৈন অহোংপ অংকদু যেংলুনব অকাস্ন হাইবকই। হোইদি হাইবগ মিবনা চংতে। মখা তাবক্কদব ব্রাদু খংলবদ অকাস্ন, নুমিদাংনি মাসু লাইবিক য়েংগদব লৈ হাইদুন অমুক্কসু চংখিনব খংহল্লি। মিরনাদু মথমোইদ নুংঙাইত নুংঙাইতন অদুম মপান থোক্খ্রে। মান হন্খ্রবদ অকাস্ ব্রাখল্ তৌরি ঐদি খুংগং মচানি, লাইবব ইমুংদগিনি। অমুকসু মহৈ তমলিব সাত্রনি, মতাং চাদে কান্নদব ব্রানি।

য়ুম থংনবনিন মচিন্ মৌপ্পাগুম্ মখোই অনিসে লোইনৈ, চুমমি মিবনাতনি মবৌ থাংলিব। মতৌ অসিদ মিবনা পোকপি মমান চিংনবিব। ঙসিগী থাবলসে নিংথিখ্রে। পুকনিং হুনবগি মসক্ ওইবে। মিবনা খোইগি ঙা থোংঙি হাইদুন অকাস্কিদমক তেংগোৎ অমা পুদুন মিবনা থোবকই। মতৌদু খংলদুন মমা থোবকতুন খাম্খি। অদুগ মচাবু গ্যান লৈয়ু, মপান মঙোনদ আসা চাওন থমলিবনি হাইদুন খংহল্লি। মমাগি ব্রাদু থওইবুদে, মতৌদুদ মমান তিন্ননু, সংগ তৌনিংদে ব্রা লোইবে। সাওনিংন মিবনা চংখিগে তৌই। চেনসিন্দুন মচানুপিগি মখুৎতৈ তেংগোৎতু তাপ্ মুনদুন হৈদোক্খ্রে। মমাবু চিংন য়েংদুন মিবনান, নহাকসু নুপিনিকো হাইবমলগ কপ্ন-কপ্ন মাগি কাদ চেনসিনখ্রে। মমা মচান তৌবিব মতৌদু ঙসাইদগি মাগি কাদগি উবিব অকাস্ ব্রাখল ফুংবংনবকই। ইচম চমজব মাগি পুন্সিবু অমোংপ তৈসিনবিবে হাইদুন ঙসিদি মথমোইদ সাওনিংব, কপনিংব অনিমিক্ পুন্ন পোক্চখি। অহিংসে ব্রাখলগি সবৈদ তুমথব যাদন হৌখি।

মিবনা মমা লৈতব তান্জা য়েংদুন অকাস্কি কাদ চংলুই। মতৌদু য়ানিংদে অকাস, অদুন নহাক অঙাং নৎত্রবনি, ঐবু মিন ফংতন লৌখিনি। ঐ মহৈ তমলিব সাত্রনি --। ব্রাহৈসিং অসি হাইবমলগ অকাস্ মমাই লৈথোক্খি। মহাক তসেংন মিবনাবু তাথিখিবদি নৎতে। মিংলুদ পিবাং ইহৌনন মিবনান,

- নহাক্কি থমোই কন্মললি, ঐ অসুমন নোংমতসু খল্লুদে।
ঐ নহাকপুদি নুংসি। মখোং মখুৎ পুন্সিন্থ্রব জিব অমগুমন।
- ঐবু থমোই পান্দব নুংঙ্গি মুবতি অমগুমনসু খনগনু।
ব্রাহৈসিং অসিগ অকাস্ মখুৎ তিংথোকতুন মিবনাগি সিনথবিব পিবাংবু তৈথোকপিখি। মিকুপ অদুদ থমোই অনিদো কবি খন্নবিগনি খংদে। অঙকপ মতৌনি মিকুপ্তুদ মিবনাগি মমাখোই ময়াম্ চংলকতুন সাওন মমান,
- হে নখোইবু সাবানে।
ময়াম মবকতগি অমন ফুনে হাইদুন লাওবকপদগি, সাগৈগি মবুং মৌপ্পাসিং ময়াম চংদুন অকাস্পু ফুবিখি। মনাতোন্দগি সিন্থবকপ অঙাংব ই-তন মতৌমা ওইখ্রে। সোল্লবি মিবনানদি অকাস্পু কন্জব ঙমখিদে। খোনজেল থোক্ন কপচখি। মবকসিদ অকাস্ন,
- হাহবিয়ু ঐগি ইবালবু কবিনো?
ময়াম লাংনবিবদু তাবকতুন যুমজাওদগি থোবকতুন ময়ানুপাগি নাকত মনেগ মাম্মগ লাকই। তৌবমলিব মতৌদুদ সাওন চৈবকই, কবিগিনো মখোই ময়াম্ চংদুন ফুবিবিবসি, নখুৎ লিংলেনে নখোই, মিবনান ইমুংদ লৈবমবগিবু হেকত ফুবদি চুমদে। কবিগুমব অঙাংসিন ফংত নুংদ থোকলবদি নখোইগি দায়নি হাইদুন থিন চৈখি। ময়ামদু তুমিন্-তুমিন হন্নখ্রে। ময়ানুপাবু অসোক অপন্ যেংসিনবিবগ মনেন ব্রাবিদু নিংথিন হংদোকলে। অকাস খোনজেন থোকন কপথোকবখি। মরক্তুদ মামমনসু অকাসপু থেমজিনবি। অমুক্ মখা তাবকই,
- মহৈ তমব লাকলিবনি হাইবসে কাওগনু,
হাইরমলগ মনে মাম্ম অমুক থোকখ্রে। মতাংসিদ ব্রাবি লিবদুসু লোইসিললি। দোকতব ব্রাবিসিংদু তাবগ অকাস্কি অপামবদু হংলকলে। অকাস্কি হৌজিকপু কবি খনবিবিবগে হাইব পাওখুমদুদ বিনাসন মিবনা মখোই অনিগি হৌখ্রব ব্রাবিসিং ত্রদু সমপৎন পল্লকই, মহাকপু চিংনদুন লুহোংবগি অহিংদু ঐ ক্ষাতবদ লেকখি। মাবু হন্ন

যেংখিদে অদুন মঙানি চাককৌবদ মপাম্দ লৈহৌখি। নুমিৎতুদ নুপা ময়ুমগ নুপি ময়ুমগ অচৌব লানজাও অমা থোকখি। নোংমা নিনি চোন্থবগ ব্রা লোইসিনব নুমিৎতুদ মিয়াম অমদি প্রধানগী মমাংদুদ উৎখিব মহাককি চিং লেম্লব ফিবেপতো নিংসিংলি, মিবনান হাইখি,

- ফবে পুম্নমক্ নেমথবিবো।

ঐগি অসেংবদু ফন হাইজদুনসু থাজবিববোইদবনিন ঐ ইসান খাইনবদু যাবে। মঙোনদ অমুক য়েৎলবোই। মাতনবু নুংঙাইজখ্রবদি ঐগি ইজৎ তাবে হাইদুনসু ঐন মাঙোনদদি কবিগুমব পোৎলুম অমতসু থোংগৎচববোই।

মিবনা মমাবু চিংন যেংদুন খোনজেল থোক্ন কপ্লকলে ইমা, নহাককি যাথং ইল্লুবগিদমক ঙসি চৈনাসে ফংলেদো। বিনাস্ অকাস্পু য়েংলদুন, মিকুপতো ঐ থমোই নৌবকখিদব নৎতে। অকাস্ন চিংনবমব কযাদু কোক্লবনিন মিবনাবু লৌসিলবিবো হাইবকলে। ব্রাফমসিদ বিনাস ব্রাখল তৌবগ হাইবকই। হৌজিক্ ব্রাফমদুগি তাংকক্ অমা হৌখ্রদুন, ঐ লুহোংনব মতম লেপ্খ্রবনি। মখা সমথবদুন নেপাললি মচা বাহদুব কৌদুন অকাস্ত মাগি লুহোংবৈ বাবতোনদু উৎলি। অকাস্ মাইথিবব খোংচৎ অদুগি পাও কবমন মিবনাদ তমলুগনি খনবদ মতোমত ইকাইজব পোকই। অসুমন দা বিনাসপু বিদাই পিবমদুন অকাস্ মাগি নৌন হোংদোবকপ ভাবাগি লৈফমদুদ ব্রাখল্ নুংঙাইতন হল্লখি।

তবাইন তমথোকপ ঙমদন তমলকপ পাওদুদ মিবনা ইকাই নুংসি যাননখি। হন্তক্ অকাস্ন দা বিনাস্কি মনাকত চৎলুবসি মিবনাদি য়ানিংখিদবনি। অদুবু অকাস্কি অনিংববু কাইহন্নিংদদুন --। অদুগ ঙসিন খাংব ব্রাবব চৈনা অমন মহৈ ওইববে৷ মিবনা মিৎলুদ পিবাং সিন্থবকই৷ পিবাংসি বিনাস্না মাই ঙাকলক্তবগিদি নৎতে, অকাস্ন ফংলিব ইকাইব অদুগিদমক্নি। অকাস্ন পাও তম্লমবদ হাইবমব থমোইনুংগি ব্রাহৈ, ঐ নংবুদি নুংসি। ঙসিদি নংগিদমক্ পুন্সিসে কৎথোকপসু ঙমলগনি। ব্রাহৈসিংদো মিবনা নিংসিংলি। মিবনা খোনজেল

থোক্ন কপ্থোরকলে। তান্জাসিদ মমা চংলকতুন মচানুপিগি মিংকি পিবু তৈথোকখি। অদুগ ইবেমা, ইমা ঙসিত ভাপ্ তাবকলেনে। পংলুইদকো ঐসে মমাংথক্ত অকাস্কি মফমদ লংজখিব কয়াদুগি মথমোইনুংদ নিন্দা তৌজখি। অমুক নুংসিন মচাগি মকোকত নান্থবিবদুন,

- ঙসিদগিদিনে ইচান থৈ হাইবদো ইমা অমুক থিংখ্রবোই,
  ননিং তৌজবো।

বিনাস্ লাইযেংসংদ নবস্সিংন সান্নবমব ব্রাবিসিংদু থন্ন-থন্ন যুমদ হল্লকই। নুপিদু নুপা অমগ চেৎন নুংসিনজবক্থিবনি। ঐখোইদ খোং পাইদেদ থাক্ন হাইজববদগি অমুক্ত নৎতন অনিবক এবোবসন্ তৌখিবি বিনাদুনেম্মি। নুংসিনব হাইবসি অহোংব নাই, মতুংদদি নুপাদুন বিনাবু মিবাইবিবম্লেদন। চহি অনি-অহুম লৈবগ মমান থেমদুন দা. বিনাস্ত লুহোংলকখিবনি। বিনাস্ লৈতাফম্ খংদব ব্রাখল অসিদ তাওবিঙে যুম যৌবক্প খংহৌদ্রে। ইমুং চংখ্রে, ফিগ হোংদন সোফাদ ফম্থখ্রে। অমুক্ ঙসাইগি নবস্সিংগি ব্রাহৈসিং অদুন নকোংদ ঙংদুন লৈবে। তান্জাসিদ অনৌবিদু মপুবোইবগি সেবাগিদমক চংজবকই। অদুবু বিনাস্ হন্ন ফাওব যেংলুদে। ফি হোংন্নব পিসিললি, লোইন্ন কবিনো চা-থকনব হোৎনজবককে হংগৎচৈ। অদুবু কোক্ লুমলে হাইদুন য়াবে খুমল্কই। হকচাং নুংঙাইত্রে হাইবদুদ পাখৎচদুন কবি কমদৌব হাইবদু হংজৈ। দা বিনাস্ যাম্ নুংসক-নুংজান্ন, ফবে, ঙসিদি ঐবু অমুকত পোথহল্লু হাইদুন তুমিন্ন লৈখ্রে। মপুবোইবনবু নুংঙইগনি হাইববদি থন্দুন অঙমব সেবা তৌজৈ। অদুগ চাক্সংলোমদ চংখ্রে। বিনাস্ ব্রাখল তৌরি, কবিনো কবি তৌগনি? চিংনবসি কোক্নব হংলসিবা? অদুবু মাসু মিনি অচুমবদুদি --। অসিগুমব চমম্নব ব্রাখলদ কবিগুমব অমতসু পাংথোকতন মতম খব হৌখ্রে।

দা বিনাস্কি ইমুং মহি লাংলে। মসি মপুবোইবন বিনাবু চিংনবদগিনি হাইবসি খবগি মখৈ খংলে। মিওইব কনাগি অবোনব লৈতব য়াওবগে।

বিনান মপুবোইব বিনাস্ ফংজবদি লাইবক্ ফবনি। মরম কযাসিন খন্থবুবগ ইমুংসিনবু সানতি ফংলবদি খল্লকলে, অসেংবদু খংনিংন অতম্নন মপুরোইবদ চংজরে। লোইনবিগি ওইরকলিব মতৌদু বিনাস্ খংবদি ঙমদ্রি। অদুবু হান্ন বিনাদ অসেংবদু হাইগনি হাইন ব্রাসকহল্লে। থাজব ফংলবদ বিনাস্ন হাইযু বিনা নহাক্ লৈসাবিঙৈদ কনাগুমবগ নকনব মবি লৈনখিব্র? বিনা মপুবোইবগি ব্রাখল খংলবদ অবোনব অমুক থমলবোই খন্খ্রে, অদুবু অকিব অমদি লৈবি। মতাংন য়াদ্রবদি হাইদুনি, চুমমি, তামোন চিংনবিবদু। বিনাস্ তুম্বিন মখা অমুক্ তাবকখিদ্রে। মফমসি ইচিক-চিকখ্রে। বিনাসন, মিবনা মখোই অনিন লুহোংখিবগি অহিংদু নিংসিংলগ থমোইদ নিন্দা তৌবকই। অদুগ সোন্থাংনন হাইরকই, কবি মতৌন্নো, কনাদবু তাইনবুগনি। লানজদ্রবি মহাকপু মিয়ামগি পাওথোংদগি লুহোংবগি অহিংদুমকতদ ইনথোকপিখি। ঐ লাইয়েংসংগি ক্লাতরদ চৎখিবনি। নুমিৎতুদ মহাক্ন ওইবমগদব অব্রাবদো ---। তাইনফম খংদন নিংদোন্ পোমন বিনাস্ চৈনা খাংজখি। মনিংথুংজদ্রব মপুবোইবগি মতৌদুদ নুংঙাইত্রদুন, হাইবিয়ু ঐবু নুংসিবিব ঙমবিববোইদ্রা? দা বিনাস্ মসাগি পংজখিব মতৌদুদ তাইবংসে অম্মবন কুপসিল্লকলে। অমুক অনৌবিদুন মখা তাবকই, তামোগি অপামবদ ননাওনুপিন কবিগুম্বদ য়েৎচবোই। পাওখুমদি পিবকতে। পুনসি হাইবসি ইস্নোবন তমবনি হাইন বিনাস খংজবকলে। মাইথিরব লানমি অমগুম বিনাস্ তুসোন্ন পুমনমক পেনথোবকলে, নহাক ঐবু চিংনবগনু, নংসে ঐগিদমকতি ইস্নোবন তমবিবমলবনি। লোইনবিবু নুংসিন মথানুংদ কোন্সিনজৈ। মিৎলুদ পিবাং ইহৌন লোইববিদুন,

- "তামো ---" কৌজখি।

## পন্থুং

থম্বাল চাক্ ইচা চাসিনব য়াদে। যেন্সাংসু ফন হাওবিবনি। মমান কৈথৈল ব্রান কাবুবগ চাক ইচা চাদবসিদ মচানুপা মনিগি থমোইদ নুংঙাইতব পোকই।

- ইমা, চাক চাসিন্দ্রবদি কৈদৌববগে?
- কৈথেলদগি অচা-অথক খব চাসিল্লকলে।

মনি মমাগি ব্রাফমসি থাজব ব্রাংলি। অদুগ মাগি কাবোমদ চৎখ্রে। থবক ইংখাং লোইসিল্লবদ থম্বালসু মাগি তুমফম্ কাদ লাকলে। মনি মেট্রিক পবিখা থাগদব চহিনিন, লাইবিক তৌবি। থমবাল্ ব্রাখল্ন তুমথব যাদে। খল্লি, কবি হোৎনদুন হিংব ঙমগনি। কৈথেল ফমবসিনদি চানব, অঙাং মহৈ তমহনব অমদি লৈকাইগি পোযেং চযেং অমত কোন্নব ঙমদ্রে। হোৎনবুব পুম্ব মিগি মবন্ তোন্সিন্নব ওইবে। ব্রাখলসিন অহিংসি তুমথব য়াদন নোংঙানখ্রে।

অযুক ঙন্ন যাহৌদুন খ্বাইবমবন্ কৈথেল্ কাখ্রে। পোৎ-চৈ অমুক যোনব লোইবদুন যুমদ হন্নব থৌবাল বস্ পাবকিংদ লাক্ই থম্বাল্। মাবু উবদ মফম্দুদ পোৎযোনবি মিযাই চল্লবি অমন থমবালসি হিংবদ ব্রাববিনি হাইব খংলে। থমবালবু মনাক্ত কৌসিন্দুন কোম্ন হিংনব লমবি অমা তাকই। ব্রাফমসিদ থম্বাল খোইবাংনব পোকখি। যুম্দ হল্লকতুন নুমিদাংগি চাক চাব তোক্লব মতুংদ থম্বাল ফমুংদ হিপ্ন হিপ্ন খললি। অহিংসিদ মসাগি ফিবেপ্ লৌজখি। নোংঙান্বগ মসা কে-মৌদুন থম্বাল ঙবাং হাইনখিব নুপিদুগি মনাক্ত লাক্ই। মহাক্পু উব্রুব কনাগুম্বগি থমোইদ খল্লি, ইস্ কনানো ফজখ্রেদ চুং-ফিবালন চাবিব। মপুবোইবদু কযাদ মবাইবক্ ফবিব চহি কুনথ্রা মঙা-তবুককি মিওইনিনে। চেপ্থ-চেপ্থ যেংনৈ। মাং যেংঙি লাংতকনৈ,

তুংউবে কল্লকনৈ, মাবু উবুব নুপাসিং। হাইনখিব মতমদু কাইদন যৌবক্লবদ পোৎফম ফম্বিদুন হবাও-হবও তৌবিবদুন,

- ফবে, ফবে, ফম্মু, ফমমু।
- ইনে মসিবু --?
- কবিসু নৎতে কৈথেল্নি মসিসু।

মসা নান্ব কাব তোংব নুপা অমগ ইবেন্ন পোবম্ সিন্দুন পোৎয়োনবি নুপিদুন থমবাল্বু চৎহনখ্রে। মসি অঙকপ অমদি নৎতে মসিসু পুন্সিনি। মপান্ লমদগি লাক্প সেনজাও পাইব মিওই খবতগ অখন্নন সেল চাওন লৌদুন সংগ তৌবগ ঙসিদি থমবাল্ সেল্ কোমন তান্সিনজবে। থমবালগি ইমুং ঙসিদি খব সাফজবে। মচা মহৈ তমবদসু কোমন তৌজব ঙমলে। মতাংসিদ মনি অমদি লৈকাইগি মিয়াম্ন মাবু চিংনখিদনব থমবাল্ যামন চেকসিন্জৈ। অদু ফন ওইদুনসু ময়াম্ন মহাকপু চিংনখিদবদি নৎতে।

মনি তুব্রেলপ্ পবিখাদ অহুম্সুব তাবক্লে। মমান মংজবকখিব মংলান দোকতব তমবগি খুদোংচাবদু ফংজখি। অদুমকপু মচা মনিনদি সেল্গি অব্রাৎপ লাক্কনি হাইদুন কন্ন যাজদবনি অদুবু মমান কন্ন হাইবদগি মমাগি যাথং ইন্দব যাদদুন মনি দোকতব তমব চৎখ্রে। মতমসিদদি অপোকপি মমাগি নিংব থুংজবে। অমুক ব্রাখল তৌব্রি ইচান দোকতব তম্ব লোইদুন যুমদ লৈত্রিফাওবদি ঐ সেল্ তান্দব যাদে। পুমনমক সেলগি থবকনি। অসুমন থমবাল্ হিংবগি লমবিদ আসা কযা তৌজখি।

লমবিসিদ চহি তবুকদি গ্যান্ লৈববি থম্বাল ঙসিদি সিন্ফমসি থাদোকলগে খল্লবনি অদুবু হেকতমক যাদ্রে। অদুমনদি ওইবগ মাবু থিবকপ অতিথি মযামগি মসিং হন্থখ্রে। কবিন হাইববু কুচু মণ্ডাল সাম্লকলে। হকচাংগি কযাৎ মযাই চমলকলে মসিদ মিয়াম্ন মিবাইবকপ হাবসি তাইবংগি হৌনসানি।

লংফৈদ মহৈ তমলুব মনি যুমদ হল্লকলে। মমান মৈ ওকতুন ইমুংদ চংলিন্নবকই। মনি ইবুজথোকলব মতুংদ মমা মচা মাংগোল্দ ফমমিন্নদুন চা গ্লাস অমমম্তং থকমিঁনৈ, লোইনন পুন্সিগি ওইব ব্রাবি কযা সান্নবি। ব্রাফম কযা লোইবব মতুংদ মচা নুপাদ মমৌ অমা যেংনব ব্রা হৌদোকই।

- ইমা, মতম খব যেংখিসি, সেল্সু থোকত্রি।

মচানুপাগি পাওখুমদু থমবাল পেন্খিদে। মমাগি নুংঙাইখিদব মতৌদু মনিসু খংঙি। নুমিদাংব্রাই ওইবকলদুন কৈথেলদৈ মনা মসিং লৈবুনব ইমুংদ ফি হোংব চংখ্রে। মনিন খলহৌবি, ইমান যুমপুবিবসি ঐন অমুক্ মহুৎ সিল্লগে। তানজাসিদ মমা থোবকতুন মচানুপদ যুম সংলমনব সিন্নবমলগ থমবাল লৈথেল কাখ্রে।

লমদম্সি দোকতব খব তাংঙি। অদুবু মনিবুদি মমা ব্রাইওং চাদে হাইদুন মিযামন মঙোনদ লাইযেংবিবদে। মতৌসিদ মনি লৈতাফম খংখিদে। সেল তানদুন মমাগি মহুৎসিন ইমুং পুবগে খনবনি। অমুকসু লমদমসিগি ব্রাৎপদু মেনখৎতুন মিযামগি সেবা তৌজনিংবনি। নোংমা অস্রাই ফাওবদং কোইথোকলুই। হন্জিন্লকপদ থাজবুদব থৌদোক অমখক থোকখি। মনি থবাই নুংঙাইতন মাগি কাদ চেংলকতুন পোথাখি। লমবিগি থৌদোক্তু নিংসিংলকই। নুপা অনিদুন ঙাংনহৌব ব্রাফম্সিংদু নাপ্পদ খোনথাং যৈবকই, দোক্তব ফন ওইদুনসু ওক্তবিগি মচানি, কৈদৌঙৈদ মঙোন্দদি লাইযেংলোই। নুপা অমদুন খুমলকই, চুমমি, মনি খনফম্ খংদ্রে ব্রাবে। মনিন মপানদ লৈবিঙৈ মমান অব্রাৎপ লৈহন্দন সেল্ থাবকখিবদ চিংনখিব মযামদু হেনন মযেক্ সেংলকপগুম্ থোক্লবে। মতমদুদদি মনি মমাগি নিংজবতদি থুংহল্লগে হাইন লাইনিং ওইখিবনি। অদুবু ঙসিন মহাকপু লৈকাইন ইনথোকপিবব অসিদদি থমোইদ মদোম নিন্দা তৌবকলে। তান্জাসিদ মমা চংলকতুন চাক্ চাথোক্নব কৌবৈ। অদুবু মনি চাক ইচা চানিংদে হাইদুন মমাগি

মনিং খুংহনখিদ্রে। মচানুপাগি মতৌদু থমবাল্ চিংনখিদবদি নংতে। থমবাল্ চাকসংদ চংখ্রে।

মচানুপাবু সমাজন ইনথোকপিবব অসিদদি থমবাল্ থমোই কাইখ্রে। মচা মনিন মিকোক থোংলবদি খন্দুন ওকতবিগি সিনফম, ফাওব হংগোইব লৈতন হোৎনজবুব ঙসিদি থমোইদ নিন্দা তৌবকলে, ফন ওইদুনসু উপাইদি লৈত্রে। মিযামন ব্রাখল্ হোংলকপ ঙাইখিব তাবি। হিংদব যাদবনিন মনি ঙসিদি ইম্ফালগি লনাই লাইযেংসং অমদ থবক পুদুন ইমুংগি ভাব পুব হৌবে।

থমবাল ঙসিদি মচা মমৌ মসুনচিংব মমিৎত উব ফংজবে। অদুবু মিওইবৈ লাইবক্ অঙকপনি থমবালগি ইমুংদ অব্রাবগি পোৎলুম্ অমা নন্থবকলে। থমবাল চিফেৎ-চিফেৎ ঙমলকতদুন মচা মনিন মমাগি লাইওংদুদ চিংনদুন ই চাংযেং তৌবুবদদি এইস আই ভি পোজিতিপ্ ওইবমলে। মতৌসিদ মনিগি থমোইদ চিংনবমব অদু অসেংব খংলে। অদু ফন ওইদুনসু মমাবু মনিন তাথিব মিযেংন যেংব লৈখিদে, হেন্নদুম থমোই নৌবকলে। মচা মমৌ চংদুন মমাগি থমোই পেন্নবত হোৎনজৈ। সোমদ থমবাল্গি মফমদ, মসান তৌজবুব থবককি মহৈ ফংলবদ অব্রাবগি চৈনা ফংখি। অদুবু অমুকসু খনতোকই, মচা মনিন মতিকচাব মি অমা ওইববনিন মমা মপা ওইবসিংন মচাগিদমক লৈখা তাখিববু কবি কাইবগে। লৈকাইন থমবাল্ এইসদ নাবে খংলবদ হান্নদগি হেন্ন তাথিন তৌবকলে। মতমসিদ ইমুং অসি অসুককি মতিক্ ব্রাজখি। মৈবকসিদ মিযামগি খোলাও অমন থমবাল্গি ইমুং মফম অসি থাদোকতুন চৎখ্রো হাইবকলে। মতমসিদদি থমবাল্গি মফমদদি চৈনা অনিগি মৈসা লাংখি।

থমবাল্ অহিং কয়া তুমব যাখিদ্রে, লুমলব ব্রাখলগি পোৎলুম্ অমন। ওকতবিগি মচাদি দোকতব ওইববসু লাইযেংব যাদে। ঐইসদ পকপ মিদি মিয়ামগ পুন্ন লৈমিনব যাদে --। হাইব মযামগি ব্রাখলসিদ।

মমৈথংদ মণ্ডালগি মসক ওইবব ব্লাখল্ অমা লাকই। মযাম পুমনমককি অমদি মসাগিসু অফব ওইগদব লমবি অমা। থমবাল্ যুমসি থাদোকতুন বিহেব্লিতেসন্ অমদ লৈবুনব ব্লাবেপ্ লৌখ্রে ব্লাফম্ অসি খংলবদ মচা-মমৌ চংদুন ফিবেপ্ অদু হোংদোকপিনব কন্‌ন হাইজখি অদুবু মমান যাব লৈত্রবদ উপাই লৈত্রদুন মমাগি মনিং থুংজবসনু খল্‌লকলে।

অযকুকি চাক ইসিং চাথোকলব মতুংদ থমবাল্ বিহেব্লিতেসন্‌দ চৎনব সেম্ সাব লোইখ্রে। কাইনরমদাইগি মিকুপ্ যৌবকপ মতমসিদ থমবাল্‌গি ইমুং কপ্‌নবৈ খোনজেলতন নিন্‌খ্রে। চৎলমদাইগি পুংফম ওইবকলবদ থমবাল্ মচাসিংবু বিদাই পিবকলে। মচাসিংসু চৈনাসি খাংব ব্লান বিদাই পিবকখি।

- ইচাসা, ইমা চৎলগেকো।

মচা মমৌ মসুসিং কপ্‌ন মমাগি মখোং সোকন খুবুমদুন অবোইব বিদাই পিজখি। থমবাল্ নুংসিবব মযুমবু অমুক বিদাই পিবকই। মচাসিংবু চিংন যেংলম্‌লগ খোং থাংদোকখ্রে।

# অপোকপি মমা

সাঁগৈগি মচে মনেমসিংগ জামিনি নুপা মযুমদ মচানুপি মচিন্ হংব লাকই। গ্যেংত কাব খাম্‌লদুন য়াম্ কেমৌন চংলকই। বোব মপান মহৈ লোইসংগি দাইবকতব ওইবমবসিদ জামিনিগি থমোইদ হবাওজৈ। সুমাং যৌসিল্‌লকপদ নুপামচা অমা গাবিমচা ইন্‌থোক্‌তুন থোকখি। জামিনি নুপামচাদু উবুবদ তু-চুংখি। মযাম্ লাকলিবদু বোবগি মনেমন তবামন ওকতুন ইমুংদ চংমিন্‌নখি। নুপি অমন নুপিমচাদুদ ওনসিনদুন,

- ইবেমা, ইমাখোই মযাম লাকলিবসে,

হাইযু নংন কবি খল্‌লিব?

মনদোমচাগি ব্রাহংদু সংহেক পাওখুম পিখিব ঙনদে। মচাগি মতৌদুদ কি-হংগোইদনব হাইবকই হন্‌তকতি নুপিমচাদু,

- ইমা, নচা ইসান যাজবে।

তানজাসিদ বোব মনেম অচা অথক পুদুন চংলকই। মযাম্ হবাও-হবাও চামিন্-থক্‌মিননৈ। জামিনিদি ঙসাই তু-চুংখিব অদুন কবিনো হাইব ব্রাখলদ তাওদুন লৈবি। মতৌদুদ নুপা মযুমগি মিনদি চিংনব পোকই। বোব মনেমন,

- কৈন্যা মমাদি যাম নুংসুক নুংজান্‌নন উই।

জামিনিগি মিচংদ মযাম পুন্‌ন অমত যাওজব মচানুপিনিন নুংঙাইতদুন তৌবিনি হাইদুন চপ্ মান্‌নন পাওখুম পিখি। তানজাসিদ বোব মনেমসু মবুংবু মবিক চুমন থাগৎলকই। হনতকতি জামিনি মবোল থোবকলে।

- মনেম্ অমতং লৈজবম্‌লবদি --।

ময়ামসু চুমমি্ হাইন ফোংদোকনৈ। অমুক জামিনি মখা তাবকই। ঙসাই থোংগাললোমদ থোকখিব নুপামচাদুব বোবসে হাইদুন হংঙি। মনেমন মাননি, পাওখুম পিবকই।

- নুপা মচাসিগি অপোকপ অপোকপিদি লৈবিবিব্র?

- মদু খুমব ঙমজদ্রে,

  অঙাংসি ইবুংন মচা সকন য়োকচবকলবনি।

  অঙাংসিগি দাইত খুদিংমক ইবুংগিনি।

মখোই অমুক হন্নখ্রে। অদুবু বোব মনেদি থমোইনুংদ জমিনিগি নুংঙাইখিদব মতৌ অদুত খন্দুন লৈহৌবে।

নুপামচাদু উবুব নুমিৎতগি জামিনি অহিং অনি সুকতুম্ হেক তুমদন হৌখ্রে। অমুকসু খল্লি মদোম থমোইনুংদ, কবিগি মিকুপ্ অদুদ তু-চুংখিব, মাগ ঐগ কবি মবি লৈনৈ, ঐ খংদে। মসিবু ইস্বোবগি কবমব থৌওং --? থমোইগি চয়েৎনব কয়া লৈদুনসু, মচানুপি অমদি মপুবৌইবদ ফোংদোক্লুদে। নুপা ময়ুমগি মি লাক্কনি হাইবদুদ মপুবোইবদ জামিনিন,

- মোইপাবু, নুপামচাদুগি তাংদাংব অমা খংদনদি --।
- ওন্থোক্পনিদকো, ফবেনে পিদ্রে হাইন খললো,

  নচানুপিসে চেল্লুবে হাইবসিমদি কোকপ যাখিগদ্রো?

তান্জাসিদ নুপা ময়ুমগি মি লাকলে। বোব মপাগ মি অনি চংমিন্নবকই। তবাম্ তবাম ওকতুন মখোই পুন্ন ফমমিনৈ। জামিনি অতোপ্প কাবোমদ চংখি। বোব মপান হৌদোবকই,

- দোক্তববু, মতম অমা লেপ্নব তৌবিবো ।
- চুমল্বনি, অদুদ নচন্নুপিন নুপামচা অদুগি তাংদাংব অমা খাংদনদি হাইদুন লৈবব।

লুন লৌনবিব ব্রাফমদু ইবাই লাইন খুম্দোবকই,

- চিংনব কোক্নব দা বাধেগ অমুকতং উন্নবিবগদি লোইন চম্নবগনি।

থংনব কাদগি দা বাধে পল্লকপদুদ জামিনি মিকুপ খব গ্যান লাংলুই। অমুক ভাপ্ তাবকই, মিনকা উখ্রব্র হাইন জামিনি চিংজজৈ। তুমিন্ন মপান্ থোবকলে। মপা অনিদি নোক্-নোকতুন ব্রাবি সান্নহৌব্রি। খোং থাংন-থাংন জামিনি মচিন্দ ঙাংথোবকই,

- কবি দা বাধে!

য়ুমগি মখাদ লৈব লৈকোলদু যৌবকপদ ভাপ তাবকই মোন্লব তিংগোইদুদ ফম্থদুন হৌখ্রব ব্রাবি অমা নিংসিংলকই। দোক্তবন কৌবক্পদগি জামিনি মমা চংখি। মতমসি জামিনি অঙাং উন্নবগি মতম ঙাইদুন লৈবিবনি। মমা উবদ দা বাধেন

- ইমা, ইচানুপিসিগি নুপাদি ?

- ইবেমা, ব্রাফম খবদি লোৎসিন্দুন লৈবিবনি।

লোৎসিল্লুবন অফব ওইববোই খল্লদুন জামিনি মমাদু ব্রাসিং অদু দোক্তবদ তম্লক্ই, ইচানুপিসে লৈসান মসা লুমলকখি। নুপাদুগ য়ামন পামজনখি। অদুবু লাইবক থিবনি, মহাকন সিফাই ওইবুবন. সুতিগি মতম লোইদন ইবাং লৈবে হাইদুন কৌবকখি। নুপামচাদু চংনিংদন অদুমক চংখি। চংলমদাইগি মতমদ সিনবমখি, সকখংদ্রিব অঙাংসি মাংহনগনু হাইদুন।

ঙসিদি লাইবক্ থিবে, নুপামচাদু কাবগিনগি লালদ থব্রাই থাখ্রে। মবমসিং অসিননি ঙসি ওইবকলিব মযামসে। ব্রাফম কযাদু তাবব মতুংদ দোকতবন,

- অঙাংসি পোকলব মতুংদদি ---।

- অদুননি লোন্ন থুপ্ন হোৎনবিব,

অদুন ইবেমা দোকতবন অঙাংদুসু ফনব তৌবিখ্রো।

নুপিওইবিসিংন থেংনবিব অব্রাব কযাসি খংলদুন দোকতব ব্রাফমদু য়ানিংন অঙাং উনফম্ মনুং কাবোমদ চংখ্রে। জামিনি মাসু মপাল লোমদ থোবকলে। তানজাসিদ মপুবোইবন কৌবকপদগি ব্রাবিদু লোইসিনখিদ্রে। অমুক্ হৌগৎতুন ইমুংলোমদ চংলকলে। খোং থাংন-থাংন থমোই নুংদ খল্লুবি, অদুনদি অঙাংসি সোইদে, ঐগি অঙাং ওইব। ঙসিদি ইমুংসি সকউদব লামৈ অমন কোইন থুংন চাকলকলে। মমাগি মতৌদুন মচানুপিগি থমোইদ চিংনবৈ ইবৈ অমন ইবাকনহল্লি। অমসু-অমসু ব্রাদি ইঙাং ঙাংনদে। ঙসিদি কনাবু খংহল্লুব তৌদন

জামিনি দা বাধাগি নাক্ত চৎলি। চহি কুনগি মতুংদ অমুক উনব অসিদদি মখোই অনি অমন অমবু সক-লাকসিনব ঙমদে। অদুবু হৌখ্রব ব্লাবি মতেক অমন অমুক নৌন সকথংনবে। মিওইবৈ পুন্সি অহোংবন পিক থললি, সকফম্ লৈসিল্লকলব অদুদদি অমন অমবু য়েংদুন নোকমিনৈ। লোইনন জামিনি লাকপগি মবম খংলবদ দা বাধেন,

- অঙাংদু অমুক্ লৌসনবদি য়াবোই।
- নৎতে, ঐ লৌজবোই । মবি মখোং খংজনিংদুন তৌবনি।
- ঐবু চিংনব্র ?
- নৎতে অদুমন লান্ন লৌবিখিনু,
- ফবে অদুদি, ইফুকেসন্ এস্কি দাইবেকতব খংঙিদন,

জামিনি স্বাই লাওই, দাইবেকতব হাইবকপদুদ, মখা তান কবি হাইবি হাইব খংখিদ্রে। থাসি অহিং অমন মসা পুমব যোমসিল্লকই। পাওখুম্ পিগনি খংদ্রব জামিনিবু ঙকন যেংদুন দোকতবদু লৈবে। অমুকসু কন্তকন,

- নংবু কৈদৌববগে?
- হা ! ব্রাখল অমা তৌবুবেদন । ফবে ঐ অমুক্ হনজবগে দোকতব,

জামিনিগি মতৌদুদ দোকতবদু ইঙক-ঙকন অদুম যেংদুন লৈহৌবে। জমিনি কবি অমুক হাইবুনি অব্রাবৈ সমুদ্রদ তাসিললে। মতোমত সোনজৈ,

- সিবু কবি মতৌনোনে? কবিনো তৌগদবসে।
  ইবুকথোককি ইচা অনিবু লুহোংব তাবব্রানে --।
  কবিনো কোক্সে ঙাওখ্রেদ।

মচা অনিগি ব্রাখল্ন ঙসিদি জামিনি ব্রাখল লাইনা নাহললে। মচানুপিন চেনলুববগি মতুংসিদ ওইবকলিব জামিনিগি ফিবমসিদ মিযামন চিংনব অমদি পোকনবে। অদুবু কনানসু চিংনবিব অদুগি লংলা-লংজিন্দি খংব ঙমখিদে। লুহোংবগি মতমসু লেপনব লৈতে। চবক-চহিংন

অদুম মবৈবে। অদুন ইমুং অনি, অমদি বোব কৈন্য অনিন হেনন অব্রাব ওইহললে। ফন থেংখ্রে অহিংসি, নিংঙোল কাদ কৈন্য ওইগদবিসি ব্রাখল মওন মওন খললি, কবিগিনো ইমান ব্রা ঙাংখিদ্রিব, মসিগি মথকত নাবকলিব অসিন অমুক --? খনফম্ খংদে তবংদ লৈখ্রে অমুক থমোইনুংদ খল্লকই, ফবেনে ইমুং অনি য়ানদদুন পিনদ্রে হাইবসি ঐ কবি তৌগনি--। ইমাগি অপামবগি মাইয়োক্ত অমুক হন্‌ন ঐ চেনসিন্‌গদ্র? তামোনদি কবি খল্লিগনি। অমুক বোব ওইগদবদুন কবি খললিগব হাইবদু মদোম ব্রাখলদ চিংসিল্লকই। চুমমি অমন অমবু পামনদদুন পিনদব কযা যাওবি, অদুবু ঐখোইগিদ থোকলবিব অসিগদি খব খেনবে। ঐবু বোব অমা ওইনদি পাম্‌ফম্ থোকইন বাবাগি মঙান্‌দে, পুমনমক্ ঐগি ঙাকতনি। অসি ফাওবদ কবিগি লৈখাই অমা তাদন থমলিব --। অসুমন লোইব নাইদব ব্রাখলগি ইপাক অমদ তাওথবি।

মসক্তি উদব অব্রাবগি চিংদুম অমন নন্থববি জামিনিগি মতৌসিদ মাগি নুপান কবিগুমব অমতসু পেল্‌হনব ঙমদবসিদ নুপা অমা ওইন পেনজখিদে। নুংসিন মনাকত চংসিনদুন হংজে,

- ঙসিদি নহাককি অপামবদুত হাইবো,
  পাওখুম অদুনি নচাসিংন ঙাইজবিব।
  ঙমন নংগি ব্রাহে অমদ লৈববনি।

ইচিক-হুল্লব অহিংসিদ মাগি নুপিবু পুক্‌নিংগি মনিং তম্‌হললি। ইবোইন্‌ন পাওখুমসু ঙাইবি। অদুবু ঙম্‌ন তাইওন্‌নখ্রে। ব্রাহং-পাওখুম অনি পুন্‌ব মিয়েং অমন মপুবোইববু চিংন য়েংলম্‌লগ জামিনি মমাই লৈথোক্‌খ্রে। উপাই লৈত্রদুন অদুমক উংদুন মাগি ফমুংদ কাখৎতুন হিপ্‌থখ্রে।

অয়ুককি হকচাং সেংদোক্‌নব সুমাং মচিদ অসাব ইসিংদু থনম্‌লগ মমাগি তুমফম্ কাদ হৌদোকপ চংলকই। মপাদি ঙসাইন হৌগৎতুন ব্রাকিং চৎখ্রবনি। অঙকপ মতৌনি মমাবু মসা নোমদুন হৌদোকলুবদদি,

মচিনদগি তিলহিদাক মনম্ নমলক্খি।

- ইমা !

পাখৎপন খোনগাইদ লাওবকই। থব্রাই যাওদ্রব হকচাংদুন যাতাবম্বদুদ খোনজেল থোকন খপলক্লে। মতাংসিদ মপাসু যুমদ হল্জিলকই, ওইবম্লিব মতৌদুদ ঙক্পন লোইখি, মিৎলুদ পিবাং সিনথবক্ই, থমোই সোকন।

- মমা, কবি মতৌনো নহাক্ন তৌবমলিব অসিবো ---,

কবি পাওখোংনোংনে হা, ঙসি নংন চল্লমলিব?

সিন কাইনবগি মৈচাকন ইমুংসিগি মিওইসিং ব্রাখিবন সমুদ্রদ তাসিন্খি। খাংঙম্দবেগি মিকপখোলতন পুম্নিল নিলখি। পাও অসি লৈকাই তান্বক্খি। মিয়াম্ লাকতুন মথৌ মঙম্ পাংথোকনব সিল-লাংঙি। মমাগি ফিবোল লোইসিল্লুবদ মোন্ মখাদ অঙৌব চে অমা থেংনৈ মচানুপিন ফাক্তোক্তুন য়েংঙি।

'ইমাগি ইবেম্ ঙসিদি ব্রমহামকন ফংঙমদ্রব মিওইপোকসে নমাগিদমক্তি মাইথিবে। পাংগল থৌনা পুমনমক্ মাংখ্রে। ঙসিদি খ্বাইদৈ তোল্লবিনি ঐসে, হৌখিব লাইবক্ থিবব থৌদোক্ অমন-ইমাগি ইবেমা, নহাককি বোব ওইগদৌবিব নুপামচাসে ইমাগি নপা পুনদব নবুং ওইবমলে।

- ইমা !

মচানুপিসে ব্রান্থখ্রে, ময়াম্ চেন্সিনদুন লাইক্ননৈ অমুক্ গ্যান লাকই, থমোইনুংগি ব্রাহে খব মচিন থোবক্ই।

- মাবু ঐগি ইবুং --।

মাগিনি হাইদুন চেল্লুববি ঐন মচল্লনুপি।

ইমা --- , কবিনো মসিবু কবিনো, কবিনো --।

খোন্গাইদ কন্ন লাওবক্খি। অঙাওবি অমগুম্ন মচিন্দ মুবুম্-মুবুম্ সোনদুন কনাসু য়েংলম্দন অদুম্মক্ থোংগাল্লোম্দ ইতিংতিংন চেৎখ্রে। ▤

# মিবা

মিবা ওফিস্ য়ৌবকপদ ঙাইবি, মহাক নৌন ত্রাস্ফব তৌবকপনি। চৌক্রিদ ফম্থবত মঙাইবি, তান্জাসিদ অসিস্ ফৎ চংসিল্লকই। অসিস্ ওফিস্ অসিগি হেত ক্লাকনি। মতম সাংন থেংনবুদ্রব মতুংসিদ মখোই অনি নৌহৌন অমুক মিৎচান্নবুই। মখোইনিগি মতৌসিন অউবগিদি অঙকপ কুম্হে ওইবে। ঙাইহাককি মতুংদ মিবা মপান্ থোকখ্রে। অসিস্সু ব্রা ঙাংদ তুমিল যেংদুন লৈহৌবে। ওফিস্কি মখাথংবদ লৈব মি ঙাইনফম ফালসাংদুদ চংসিন্দুন ফমমি। থমোইদ হৌখ্রব থৌদোক্ অমখক্ নিংসিংলকই। নুমিদাংগি পুং নিপাল তাখ্রে। মিবা অসিস্কি থোংজিন্দ লেপ্লে।

- অসিস্ --, অসিস্ তাবব্রো?
- করি অমুক লৈবে?
- হৌগৎলো, থোকচোম্ ফাওবদং থিললু, ইসৈ হৌখ্রে।
  লতাখোই বিনাখোইসু ঙম্ন চৎনখ্রে।
- ঐ লাইবিক তৌবিবসিদি ।
- হললক্লগ লাইবিকতো তৌবো ।

থিল্লুদব য়াববোই থংলদুন মখোই অনি লাকমিন্নবে। অসিস্ চহি তবানিপাল্লোম্ সুবে। মিবান চহি অনিদ্দি হনগ্নি। মখোই অনিসে ময়ুম্ থংনবুবতনি সাগৈদি পুন্দে। অসিস্ চুং-ফিবাল চান ফজে। মিবাসু মাং-তুং ব্রাৎতন চংখোল্লবিনি। সম্বিদ চৎন-চৎন অসিস্কি থমোইনুংদ ইথিল অমা ফাওবকখি মিবাবু কৌদুন খামখি মিবা হৈনিংদন।

- কৈদৌবগে মিন থেংখ্রেগ ।

মিকুপতুদ ব্রা অমত ঙাংদন থোংলবিদুবু মথানুংদ চেৎন কোনসিনজে অদুবু মিবাগি পাংগলন নান্থোকপদি ঙম্জখিদে। সাওন,

- খংগনি নং বাবা তাক্কনি, ঐন কৈদৌনি খংঙু।
- মিবা, ঐ নহাকপু নুংসিমন্খিদুন গ্যান তাহৌদ্রে।

ইবোইনন লানখ্রে হাইদুন মিবাদ খুবুমলকই। মতৌসিদ মিবা সাওনিংলমব পুমব খুদকত মাংখ্রে। থমোইনুংদ মিনুংসি অমা পোক্লকখি। থিহল্লুবব মাইথোংদু নোক্মিবন সিনখ্রে। ইংলব থাবলগি ইপোমসিদ মিবান,

- নুপানবু অদুক্ পাংদব,

ইকাই নুংসি য়ান্ন অসিস্ থাংজখি। মিকুপ অসিদ মখোই অনিগি থমোইদু অপাম্-নুংসিগি ময়াইন লাকসিনখি। ইসৈ যেংব চংত্রে। লমবি মতাই ইংখোল মচি অমদ লৈসিনদুন ফমমিন্নদুন থমোইনুংগি ব্রাফম্ কয়া ফোংদোকনখি। অপাম্ নুংসি মসি যাম্ন মনিংতম্মি। অমন অমগি মফম্দ অখাক্প অমা থমদন নুংসিগি ইথক ইপোমদ থমোই তিংন তাওথমিনখি। মি চংলক্পদগি মিবাগি নিংসিংলুব ব্রাবিদু কাইখ্রে। অমুক ওফিস্ কাদ চংলকই।

অহিং থেংলফাওব তুমথব যাদ্রে মিবা, অমুক্ কন্ন তুমথব থেমমি। মপুবোইব কিবনদি মিকপ অনিবু সুবমলনি। অমুক নিংসিংলকই, অসিস্কা কাইনখিবগি ব্রাবিদু মিবাগি থমোইদ। যামন সাওন মাবু পোক্প মপান নিংঙোল কাদ চংলকতুন,

- অবোইবনি ঙসি ইপান হাইবিব অসিন,
  নং ইপাগি মাই ঙাক্কদবনি।
  ঐবু নুংসি খংদব মপা অমদি তাহন্গনু।

মসিং মসোন নাইব মপাগি মতৌসিদ মিবা খমথেংন ব্রাবে। অমবোমদ অসিস্ন মপান লমদ মহৈ তম্ব চংখিব অসিনসু খন্ন তান্নফম্ অমতসু লৈত্রে। মিৎলুদ পিবাং সিন্থজবন মসিন্ ওইখ্রে। মপাসু সাওনিং সাওনিং মপান থোকখ্রে। মিবাগি থমোইনুংদ মওন্-মওন খলহৌরি, নুপি ওইবি মপোক্ তোললিদকো পুকনিংগি অপাম্ব অমতসু ইনিংতৌজব ঙমদব, মথংগি মপোক্তদি নুপি ওইনত পোকহনবিবগনু। খোলজেন থোকন কপ্লকলে। মিকপ্খোলদুন তাইবং

ওইবকলবদ মনাকত তুমলিব মপুবোইবদু মিকপ্ থোবকলে।

- মিবা, মিবা, তাববো?
- মোইব -, ঐদি মং মংলুবে।
- ফবে, ফবে নিংথিন অমুক পোথনব তৌবো।

অৱাব অমদি চিংনবন কিবন্গি মসাপুমব লাকসিল্লকই। পামজন লুহোংজবুব মাগি নুপিন হন্তক্ মসাগি লিচৎ-সাজৎত অহোংব কযা লাকপ অসিদ। ঙসিদি মখোই অনি মোৎ তিন্নদব কয়া যাওবে। কবিগুমবদ মপুবোইবগি মাইয়োকত ৱা ঙাংলকলে। সেবা তৌব ফাওবদ থওইবকতব কযানি। নুপা নুপিগি মবিদ মপুবোইববু পেল্হনদব য়াওববনি। মিবা ওফিস্ কুমলক্লে। কিবনগি নুংসুক-নুংজানব মতৌদুদ মিবা হৈনিংদব পোকই। মিবান থেংন হললক্পদুদ,

- থেংঙিদ, থবক্ অচিনব য়ামন লৈবববা?
- উম্, থবক্ খব চিল্লে।

মখা সাংথবমদন ফি হোংফম্ কাবোম্দ চংখ্রে। ঙাইহাককি মতুংদ অমুক থোবকলে।

- মিবা, চাঙাং গ্লাস্ অমত থকসিব।
- ৱাবেদ ।

মখা তাবমদন কিবন্ মপান থোকখ্রে। মতৌদু তুমিন্ য়েংদুন মিবা লৈহৌৱি। কবি-কবিনো মবোল সেংফাৎতন সোলহৌৱি।

মিন কবি হাইনবিগনি হাইন চিনব পোকই। মাইগি ফিবম্ কাইদনব সেম্জিললি। ফনেক ফিদোন্ মান্নদব য়াওব্র য়েংন মিবা বেস্তোবেনদগি থোবক্ই। ঙসাই চংখিবদ সংখিব চিনবাল মচু হোংলকপ অসিদদি বেসতোয়েন মপুদু হেন্ন ঙকখ্রে। মিবা গাবিমচাদু থৌদুন অদুম্ চংখ্রে। মপুদু জাৎ-জাৎ খলহৌৱি, মৌনিদ হৌজিককি নুপিদু, লাকমিনব অদুদি পাথংনিনে। নুপিদু মসকতি ফজেহে। মৌসু জাৎ-জাৎ তৌব য়াওবিজাৎনি। অদুবু মসি অফবদি ওইবকলোইহে।

কিবন্ মাগি নুপিগি ব্লাখলদ ঙসিদি থবক চিললে। মিগি চিন্দগি খবগি মখৈদি খংলবনি। মদুমকনদি অচুমবনি হাইন লৌব ঙম্দে। অদুবু অসিস্ কৌব মিবাখোই মপাম্গ যুমথংনব পাখং অমগদি থবক মফম পুললি হাইবি। অমুকসু মখোই অনিসি অঙাং ওইর্বিঙৈদগি লোইনবকপনিসু হাই। পুমনমক্সি ওইদুনসু মমিৎমকন অমুকতং উবদুনি। মি কয়া থাদোকতুন সেনাহনখ্রবনি, মসিমক্তন সেল্ কয়া চংলবনি। মবক্সিদ ফোন লাকই, ফিংন বিসিপ্ তৌখ্রি,

- কবি ! হৌজিক বেস্তোবেনদ লৈবে।

ফবে চেক্সিন্ন খংলেদন --।

সাওখিবন মসা পুমব নিকই। গাবিমচাদু ইনথোকতুন থুন-যাংন থৌখ্রে। লাইবক্ থিবনি মান চৎলিব লমবিদু ত্রাফ্রিক জাম্ থোকলমলে। অদুন মতম খব পনথব তাবি। মান মফমদু যৌবকানদদি মখোই হন্খিবম্লে। তাইনফম্ খংদ্রদুন খামলিব গাবিমচাদুদ চেন্সিনদুন কাওসিললি, সাফুদুদ গাবিদু লৈমাইদ তুখ্রে। মাগি মি চেন্সিনদুন ইন্খৎলি। অমন সাওবিবদু থেমজিললি, মতুং তানজা লাকখিনি। মবক্ থংন অমন অমুক,

- মসিসু পুন্সিগি সবুক অমনি। কবিগি খোইবাংনবি,

থেংন তাবনি।

ব্লাহৈদুদ কিবন্ন খুমলকই,

- অদুবু থমোইসিদদি খাংঙমদব সাফু অমন যৈববি।

ঐ লৈন-লৈন মহাকন কবিগি লমবিদুদ --।

মপুবোইবন হন্মন্লক্তবদুদ নুমিদাংগি পুং তবাগ তাসিনখিবনে চাক্ চাথোকলে। ফমুংদ কাখৎতুন হিপ্ন-হিপ্ন হল্লক্প ঙাই। ঙাইহাক্ লৈবগ গাবি মখোল তাবকই। কিবন্ নিসা নুংঙাইবকই। হান্ন তুম্নদব ফমুংদুদ কিবন্ লোংন হাইথখ্রে। মফি মবোল হোংদ্রোকত্রিব মপুবোইববু য়েংসিললুনব মনাক্তা চংদুন সেবা লাংজবুই, ওনথোবক্প মতৌনি কিবন্ য়াম্ন ব্লাবৌন,

- ঐগিদমক্ মালেমসিদ কনা লৈবি।

ঐদি মতিক চাদ্রব, মিযামন ইন্থোক্লবনি।

যাবে নিংথিববি নংগি মপান্ নাইদ্রব সেবা,

ঐগিদমকতি নহাকপু ব্রাহননিংদ্রেনে।

থমোইগি পেন্দব ব্রাহৈসিংদু তাবুবগ মিবা ঙসিদি কিবন্বু নুংসিব ফাওবকলে। লোনথোকতন কপ্চখি, পিবাংন মহুৎসিন্ মপুবোইববু চিংন য়েং,

- কবিগি অদুমন ব্রাবৌবি, ঐ লান্খ্রে, ঐহাকপু ঙাক্পিয়ু।

মবাল্ খংজবকলবদ কিবন্গি মখোং পাইদুন হাইজবক্খি। অদুবু কিবন্নদি পাওখুম্ পিবক্খিদে। হন্তক্তি কাসি ইচিক চিক্খ্রে। মপুবোইবগি খুৎ পাইদুন চিংখৎলগ,

- কবিগি নদোম হিপলুদগে,

ঐহাক লৈবিবসিদি, লাক্ও হৌগৎপিবো,

কিবন্ নুংগি মুব্তিগুমন মবোল থোকখিদ্রে। মপুবোইবগি মতৌসিদ ঙসিদি মিরা য়ামন নিংঙমলকত্রে মপুবোইবন অমুক ইনথোকলবদ, হৌখিবদ মান লংজখিব মবালসিং অদুগি মহৈন অহিং চুপ্প চৈনা খাংজখি।

অসিস্ উবদ ঙসিদি মিবা হৈনিংদব উৎলি। মনাকতগি লাপথোকনবত হোৎনজৈ। অদুবু হোৎনজমন্দি মহৈ চাদ্রে। লোইনবুব কৌবনিন যাম্ন হৈনিংদন ঙসিসু মখোই অনি হান্নগুম বেস্তোবেনদ চৎপ তাবি। অসিস্নদি হান্নগুম কোইদন মাগি লোইনবি অমগুম ইকোই কোইদন তৌবি। মতৌদুদ মিবা ব্রান খাংজখি। হান্নগি মতৌগুম ঙসিসু কিবনদ তেলিফোন তৌবকই।

- কবি ! ফৈ খংগনি। নুপিগি সক্লোন্।

মখৌ অমদি মসক্ন কি-ভুজুংব পোকলব সোরিদ্লু মফম চান যেপসিনদুন কিবন্ গাবি মচাদু নুংসিৎকি মমাং থান মফমদুদ চৎখ্রে। কিবন য়ৌবকলবদ মাগি মিওইসিংন মিবাখোই মনুংদ লৈরি। সুম-সুম তৌবি হাইবনচিংবদু তম্মি। কিবনগি অপামব মতুংইন সা অনিদু মপান

থোবকপ ঙাইবে। ঙাইহাক লৈরগ অসিস্ হান্‌ন থোবকলে। কিবনদ মসক তাকই। সাওখিবন মসা পুমব নিকই, অদুবু কিবন নুপাদুদ খুৎ থাখিদে। অসিস্ মিবাগি নুপা উবদ পাখৎখি। লোইনন মতাই ওইন থৈজিনদুন লৈ। মিৎ কুপ্‌তন মিবা থোকপ যেংলি। ইঁহে হৈনিংদন মিবা থোবকলে মিবা উবদ কিবন মিৎত ই কাখ্রে। মসাদ লোইনবকপ থাংদু খুৎপাই চেৎন পাইবদুন কৈগুমন ঙংলদুন মিবা তমন চোংসিনখি মতৌদুদ অসিস্ চেন্‌সিললকই। অঙকপ মতৌনি মিবাবু হাৎলগে হাইন থিনখিব থাংদুন অসিস্‌ত পাললে থাংগি চৈনাদুদ অসিস্,

- আ ! মিবা --।

খোনজেলদুদ হন্‌ন যেংখি. মিবাগি মহুৎ নুপাদুদ থাংন সোক্‌সম্‌বদুদ কিবন্ খমথেংন ঙকখ্রে। খুদকত থাংদু সংলি, সিনথবকপ অঙাংব ইখেংদুদ কিবন্ পাখৎপ পোকই। মিবাদি হাইন যেংলকপদ মহাক তবংদ তাওদুন লৈবমলি। ব্রা-লান অমত ঙাংদ্রে। মিযামন লাওনবকপ মি হাৎলে হাইবৈ খোনজেল অমা কিবনগি নাপ্‌দ তাবকই। অসোক্‌পদু অমুক হন্‌ন যেংঙি মাদি লৈমাইদ তাদুন চৈনা খাংলি, কবি-কবিনো নাহেবগুমনসু তাবি। খংহৌদে পুলিস্ থুংলবে। অসোকপদ গাবিদ থুনমক হোসপিতালদ পুখ্রে। কিবন্ মসান যান পুলিস্‌ত থাংদু খুৎসিন্‌নখি। অদুগ ব্রা ঙাংলকই,

- হৌজিকসু ঙক্‌লি,

ঐগি নুপি মিবাগি মহুৎত সক্‌খংদব নুপা অসিন--।

কিবন্‌সু পুলিস্‌ন পুখ্রে মিবা তবংদ অদুমক লেপতুন লৈহৌবি চৎখ্রিব নুপা অনিদুগি লাইবক্ কনানসু তমব ব্রানবি। অদুগ মিবান কম্‌দৌব? ☐

# মিযেং

থোইবি অসুমন অমুক্তসু ব্রাখিদ্রি, অমম্বসিন মসা পুমব য়োৎসিংলকখি। মখোইগি থবক ইংখাং সুদুন লৈব মবুক মপাওসু ফখ্রব দিনন গাবিন সোকতুন হোস্পিতালদ অসোকপ ফিবম্ লুন লৈখব অসিদনি। থোইবি মমা যাওদন মপান, মমা-মপা অনিমক সক্ন য়োকলকতুনসু ঙসিগি অসুমন নুংঙাইতব য়াওখ্রিদ্রি। অনব লৈখাই তাদবসিদ মবুকত মওন-মওন খললি, কবিগুমব দিনন ফিবম্ চাদন লৈখিব তাববদি, মযুমদ লৈহৌবিব সোলব মপা অমদি মচল্নুপিন কমদৌব।

- ইবেমা,

মপা চংলকতুন কৌবদু তাদে, মতৌদুদ হন্ন মপান অমুকসু কৌব্রি। হনতক্তি তাবমনে।

- বাবা, ঐদি ব্রাখল অমা তৌবুবে।
- অব্রাব ব্রাখল থাদোকউ, নপা লৈবিসিদি,

ঐননে ফনব লাইয়েংগনি। থোইবি থমোইনুংদ হবাওজৈ। মপাসু অমুক মপানলোমদ থোকখ্রে। মিওইবগি থমোইদ লৈব অনিংব অসি মসক লেপ্প কনাসু ঙম্নদে। থোইবিন দিনবু কবমন নুংসিজবিব মসিসু অবাইবদি নৎতে মপাগি মফমদদি।

দিন হোসপিতালদগি হল্লকলে। সুমাং মতোনদ থোইবিন মৈনচিংব ওকথোকই। মচন্নুপি মেমান খুৎসমনদুন চংমিনবকই, দিনন উপ্লকলিব অমুব অনোক অদুন খংলে, মিৎত নুংঙাইতব খব যাওবে হাইব। লোন্ন কনাসু খংহৌদন থোইবি মিৎলুদ পিবাং সিনথখি। ইমুংদ মখোই পুন্ন ফমমিন্নদুন ব্রাবি ব্রাতাই তৌব্রি। মবক থৎন মেমা কপ্ন-কপ্ন খোনজেল থোবকই,

- ইচে, তামোদি মিৎ অনিমক্ উদ্রে।

মেমা মখা তাবকতুন তেংথাদুন লৈবে। মতৌদুন থোইবিগি থমোই মচেৎ তান কাইখ্রে। মপাদ ইংজিৎ ওইব মিয়েং অমন,

- বাবা দিনসিবু অসুমক্ ---?
- যেংঙোই মেমা, ইপান পুমনমক্ ফনব সিন্‌গনি।
  নবুংন ফিবম্ অমা তাদ্রি ফাওব নখোইগি যুমগি থৌদাংসু পুগনি,
  মতাংসিদ নংন নং-পাবুংদ তমলুগদবনি।

মেমাবু যুমদ হনখিনব, গাবি থাফম্ ফাওব থিলুনব গাবিমচাদ চংখ্রে। ঙহানমখৈদি দিনন ইমুংগি থবক্ অযামব পুবমধনি। অদুবু ঙসিদি থোইবিন মহুৎ সিনখ্রে। হৈ মহি সেমলুদুন পি। মহিদু লৌসিনজখগা দিনন,

- ইচে, ঙসিদি নখোইগি নভেং পংব ঙমলবোইকো,
  হে ইস্বোব, নুমিৎতো নোংদম থিখ্রেদকো,
  তাতা গাবিদুন থেংলমদ্রবদি ঐগী মিৎসে উৎমগনিকো।

কবিদ সোইখিগদে হাইদুন চেকসিন্‌ন সেবা তৌজে। তৌবিব মতৌদু অউবনদি খব অদুম চিংনগনি। কপি-কবিনো হোৎনবমলগ মপালনোমদ থোইবি থোক্‌খ্রে। মতোম্‌দ ঙাইহৌবদ দিন,

- ঐগি লাইবক্ কযাদ থিবিব, ঐগিদি লাইবো,
  বাবা অমদি ইচনগিদমকতি ব্রাদব ঙমদে।

থিংব ঙমদন মিৎলুদ পিবাং সিনথবকই। থোইবিন অমুক চংলকপদ দিনন অব্রা মৈচাক খাংলমবদু থেংনবে।

- কবিগি কপ্‌লিবনো, নহাককিদমক্ ঐ লৈবিবসিদি।

মখুৎমকন দিনগি সিনথবিব মিৎলুগি পিবাংবু তৈথোকপি। থোইবিগি অখাকপ লৈতন পুকনিং অমদি পাংগলগি সেবা তৌবসিদ,

- ইচে, ঐনা তৌগদৌবসি কবিনো?

থোইবিগি মপা হললকলে, অদুন মপান পাম্‌জব চাঙাং গ্লাস অমা পুথোবকতুন পি। মপাগি মাইথোংদ থংলে মদুদি চৎলুরিব থবকতু মংগোল ওইবকত্রে হাইব অদুবু থোইবি হংলুদে। চা থকন-থকন

মপান হাইবকই,

- যাদ্রে, অচম্ব থবক অমদি নৎতেদো।
- চুমমি বাবা, কনানবু মিং হেক্ত পিথোবক্কদগে?

থোইবি মপাল থোকখ্রে, মপা চা থকতুনা অদুম লৈহৌবি। অসোমদ থোইবিদি দিনগি নাক্ত চংলুই, মতমদুদ মহাকতি কাদ লৈবমদে? ঙকনা কোইথি-থি। অদুগ মাদি অৱাংগি যেনখাদ মখোং দাবিদ যানথদুন ফম্লম্মি। মতৌদুদ থোইবিন,

- কৈদৌববগে, ঐদি পাখৎলুববনি।

হৈনিংদব মাইথোংদু উৎলকই। মদুন ৱাহংদুগি পাওখুম ওইখ্রে। তুমিন্ন লৈখিবদুদ থোইবিন নুংঙাইতন,

- দিন, কবিগিনো নহাকন নুংনাংদুনত লৈবিব?
- ঙসিদি ইদোম্ ৱাখলন ইবাক্নবকলে।

হৌজিক ঐন, কবিদ নুংঙাইব ৱাখল খল্লুগনি।

চৈসু মচাদু পাইদুন হৌগৎখ্রে। থোইবি কবিসু হাইবুদে। অহোইন মিৎলুদ পিবাং সিনথব হৌবকই। মাবু নুংসিন যেংদুন লৈহৌৱি। থোইবি থমোইনুংদ ৱাখল অমা তৌবকই,

- ঙসিদি মহাকপু ঐগি ওইনিংব অমগ নুংসিবকলে।

মাগিদমক্ পুন্সি অসে কৎথোক্প পামলক্লে।

মসিবু ওইবমলে পুকনিংগি নিংতমব হাইবদো--।

তান্জাসিদ মপা চংলকই। মতৌদুন ৱাখল হেনন খন্জিনহললি। মচানুপিবু কৌদুন হাইবকই,

- ইবেমা, ইপাবুদি নহাকন চিংনহনগনু,

পুন্সি হাইবসি ইচম-চমব অমদি নৎতে।

ৱা যাম্লমদন মপা ইমুংলোমদ চংখ্রে। থোইবিসু মাগি কাদ চংলকতুন ফমুংদ মখোং য়ানথদুন ৱাখল তৌৱি।

- বাবাগি ৱাসিবু --? অদুবু ঐ মাবুদি নুংসি।

বাবাগি ৱাসু ৱাবি, নুংসিবন ঐগি ৱানি।

ঙসিদি থোইবি নুংসিবগি ইঁবৈদ লৈতাফম্ খংহনদ্রে।

ফান কন্ন হোৎনবে অদুবু দিনগিদমক মিৎ অমতং ফংবদি ঙমদ্রে। চহি অহুম্ হৌখ্রে। অসুমন অসুমক ফংদব তাববদি খল্লুবদ থোইবিসে ঙসিদি মসাগি ফিবেপ অমা লৌবকলে। মতমগি খোংচৎত ফিবেপ্ অদু মবোল থোবকলে, মপাদ হৌদোকচৈ।

- বাবা, নচা ৱাফম অমত --।

মপাগি ইংগিৎ ফংলবদ থোইবিদো, মখা অমুক তাবকই।

- নচা দিনগিদমক্ মিৎ অমদি পিবগে লেপলে।

থৱাইনি খন্ন থমলিব মচানুপিন লৌবকলিব ফিবেপ অসিদ মপাদো পাওখুম পিবমদন ৱাখলগি ইঁবৈদ তাওদুন মফমদু থাদোকতুন চৎখ্রে। মপাগি মতৌদু চিংন যেংন থোইবি লৈহৌবে।

নুমিদাংগি চাক ইঁসিং মতুংদ থোইবিগি তুমফম কাদ মপা চংলকই। অদুগ অসুমন হাইবে,

- ইপান হিংলিঙৈদ ইচান কবিগি অৱা পোৎলুম পুগদগে।

থোইবি কবিসু খুম্দন লৈখি। মপান মখা তাবক্ই,

- ইপাগি মিৎ অমা ইচা দিনগিদমক পিবগে।

ৱাহৈসিদ থোইবি পুকনিং নুংসিবকই, মিৎলুদ পিবাং সিনথবকলে কবিসু খুমজব ঙমদন লৈখ্রে।

- ইবেমা কবিগি থমোই সোন্থবিবনো,

- বাবা ---।

খোনজেল থোক্ন কপ্লকলে। মচানুপিবু নুংসিন মথানুংদ চেৎন কোন্সিন্বি। অদুগ হাইবকই,

- ইঁপাগি ইবেমা, নংননে ইঁপাবু নিংব কাইহনগনুকো ।

- বাবা --।

মপা-মচান ঙসাইদগি সান্নবিব ৱাবিসিংদু দিনসু তাহৌবে। অদুবু মপা মচাসু খংখিদে। থোইবিবু নিংথিন পোথানব সিনবিবমলগ মপাসু মাগি তুমফম কাদ চৎখ্রে। থোইবিদি অঙকপ মতৌনি হবাওব-অৱাব

অনিমক নৎতব তবং অমদ অদুমক্ তাওদুন লৈহৌবে।

পুন্সিগি অৱা-নুংঙাইদ মতম খবা হৌখ্রে। দিনসু ম্নিৎ নাম্মা উববনিন পুন্সি খোংচৎত খবগি মখৈদি সাফবে। মতুংসিদদি দিনসু পুন্সিগি তাংদাংব ফিভম্ অমা সেমলগে খল্লক্লে। যুমকৈ পানসিলুনব হাইদুন মসাগি মযুমদ মতম খব লেবুনব থোইগি মপাদ ৱা হৌদোকলে। ৱাফমসিদ থোইবিগি মপান থমোইনুংদ হবাওজখিবসিদি কবিবু হাইবুনি। মসি মপা ওইবসিংন মচাসিংগি পুন্সিদ নুংঙাই যাইফহৌনবনি। দিন থোইবিন কবি খল্নি মপান কবি পাম্লি হাইবসি লোইন খংঙি। সোমদন থোইবিদি ৱাফমসিদ কযাগি মতিক ৱাজবিব, কবি অমুক হাইবুনি অহিং নুংথিল অনিমক্ লৈতফম্ খংদন ইথক-ইপোম্দ ইবক্নবকলে। হযেং নোংঙানবগ দিন মযুমদ অমুক হল্লগনি। ৱা অসি লৈবন থোইবিদি ঙসি অহিংসি নোংঙালহননিংদবন মসা পুমব খোইবাং খোইসাওনহললে। অহিং মমৈ ওইবকলবদ ৱাখলন নুপিওইবিগি ইকাই-ইকি ৱাংমা লান্খ্রে। দিনগি তুমফম্ কাদ চংলকতুন থমোইগি ৱাফম কয়া ফোংদোকলবে।

- দিন, নহাক্ চম্ন হনবিখিগনু, ঐন কবি পামলিব,
  অমুকত খনথবিবগ ফিবেপ অমদি লৌবিখো।
- নহাককি অব্থন যোমলব ৱাহৈসিংসে খংলে,
  মসি ওইদুনসু মিতোপ্ অমদি নৎত্রবনি ঐসে।
- অদুবু নহাক সাগৈসিগি ইদি-নৎতে।
  নহাকন ঐগি অপাম্-নুংসিগি হৌবকফমনি।
  নুংসিব, লাংতকনব হিবমসিন নফমদ লৈবিব,
  ঐগি লিচিং কযাসিন মবম ওইবগ ঐবু থাদোকতুন চৎপিখিগনু।
- ঐগি হকচাংদ পাবুং ইবুংঙোগি হকচাং কযাৎ যাওখ্রবনি।
  ঙসিদি নৌপ্পা ওইববনি ঐসে।

নিংবন কাইবকলবদ অফ-ফৎত ঙমন ভবম্ চৎখ্রে। অদুন থোইবিগি মচিন্মকন সাপ্ তৌবকলে।

- নুংসিববু মিবাইব,
  ঐমকতন থমোইসেংন নহাকপু লাৎচবুব ওইববদি,
  নহাক পুন্সিসিদ মাইপাক্প ওইবগনু।
- ক্বি মতৌনোনে ইচে ইবেমা, নহাকপু নুপি নৎতবব?
  নহাকনবু পাম্লবদি পুমনমক্ যাববনি--।
- খংদে ঐ --।

ওখোংন কপ্লকলে। তৌথোকলুব সাপতুগি নিংঙমদব ফাওবকলে। অদুবু নুংসিজবুব পাম্জবুবন মাইথিববদ উপাইদি লৈত চৈনা খাংজখি। থোইবিগি মনিংমক থুংহনজব ঙমদ্রবসু দিনগি থমোইদ মৈচাক ফাওখিদবদি নৎতে।

# কৈথেল্

'মোই-মপা নহাক্ নুংসি খংদেদকো, লৈতবন হেন্জিলকতুন লাক্খিবনি ননাক্ত। খোংচৎ অদুদ থোকখিবনি লাইবক থিবব থৌদোকতু মসিদ ঐবু নহাকন পুন্সিগি ওইন ইনথোকলি। হৌখ্রব থৌদোকতু নিংসিংলকই। মপুবোইব ধিমাপুবদ ফুবিৎ তুদুন লৈবনি। সেল থামন্লকতবদগি চান্দনি মফমদুদ চৎলি। লমবিদ গাবি চৎলিঙৈ কাংলুপকি ইবাং থোবকতুন কাবফিয়ু থমল্কখি। নুমিৎ অসিম কোহিমাদ পন্ব তাখি। চানদনিদি গাবি ভাবাত পুদুন লাক্পনি। গাবিদুদ মদোম্ তবক্ তাহৌবে। মতমন অসুম চৎখিবন অহিংগি মতম ওইবকলে। মদুগি খুদোংচাব লোদুন দ্রাইভবদু চান্দনিগি নাক্ত চংসিল্লক্ই।

- নচলনি খন্বিয়ু ঐবু, ইচা লৈববনি,
  ইপুবোইবগি মবন্নি ঐদি।

চান্দনিগি ব্রাহৈদু নুপাদুন থওইদে মাগি অপামব অদুন মিনুংসি খংলকত্রে। যামন পুকনিং চংন,

- নৎতে চংখোল্লবি, ইখৌলাংবসি নংন কোকহল্লু।
- ইমা --।

ঙসিসু তক্সি সোললি চান্দনি। হৌখ্রব ৱাবিদুন সিন্থহললিব মিৎলুগি পিবাংলকত্তুদ। তোললিদকো নুংপিওইবি। তমব ঙমদব পুন্সি মপোক্নি চহি ওল্লকপদ থৌদোকতুগি খুদোলওই অঙাং নুপা অমা পোকলে। মসিন মবম ওইদুন মপুবোইবগ চান্দনিগ কাইনখি।

চান্দনি ঙসাইদগি পোৎযোললিবনি হাইব ৱাখলদ চংসিল্লকই। হেন্ন পুকনিং চিংসিনখি। মওন-মওন খললি, পুন্সি খোংচৎসি কৈথেল্ কাবকলিবনিকো। কনাগুমবন কাওথোকলি অসি-অচংগি লমবিসিদ। তানজাসিদ পাখং শচা অমা কবিনো হংলৈ। ৱাখলদু কাইখ্রে। মনম নুংসিব মবোই মপাং খব লৈববনি। পোৎসু পিখ্রে। সেল্সু হন্খ্রে অদুগ হাইবকই।

- মনম্ নুংসিব হাইবসিসু চংদব যাদ্রিযে।

নোকল্দুন পাখংদু হনখ্রে। অসোম থংব কৈথেল মচিবোমদ লাংনবগি খোনজেল অমা তাবকই। ঙাইহাক লৈবগদি নিংফুং-নিংফুং ঙাংনবকই, জালিনোৎ ফানবগিনি হাইদুন। মবক্তুদ নুপা অমা ৱা ঙাংল-ঙাংলদুন লাক্ই।

- লৈবাকসি নৎতব থৌদোক-ৱাথৌকন পিক্ থললে।

চানদনি নুপাদুবু যেল্গ কবি-কবিনো মুবুম-মুবম সোললি। অহাওব হাওতব মহাওদ ঙাওনবি, অদুবু গ্রভদদি চপ্ মান্নবিব। নুংঙাইব মসক লৈপ্প ঙমদন ঙাওবি মাবু থিবদ। ঙসিদি চানদনি পুন্সি খোংচৎসি সাংলকলবনি। অমুক খল্লকই নুংগি ওইব ভাপত চৎখিদুন,

- মি হাইবসিবু কবিনো?
- মসি জিব মখল অমনি, অতৈ জিবদগি লাক্কদৌব থৌদোক কযাবুসু গ্যান্ন চিংসিনদুন উব খবদি ঙম্মি।
- তিন-কাং অমদি মি কবমন ওইবকলিব?
  অদুগ মিগ মিগগি মবক্ত কবিগি খেনবিবনো?

কনান মি, কনান, তিন্ অমদি অমন মপু অমন মনাই
ওইন পোক্লকলিব মসি পুম্নব মান-মান মমাংগি মপোক্ত তৌজবুব
কব্মগি ফল্নি। অদুন ঙসি তাইবং কৈসুম্সংসিদ দন্দি ওইন
তাইবং মপুন থাবকলিব।
মিওইবন কবিগি অৱা-নুংঙাই অনিমক্ ফংলবিবনো?
মসি মযা কৌব লৈচিলগি ফিজংন কুপ্সিনখিবননি।
নোংমংব অযুক-নুংথিলদ নুমিৎকি মঙাল উব ফংদবগুমবনি।
মযা হাইবসিন কবিনো অমুক ?
মযা হাইবদি, দিহেগি ইখৌলাংব লিচিং অদুবুনি,
মসিন জিব খুদিংগি অৱা-নুংঙাইগি হৌবকফমনি।
মসিদগি ঐখোই কবমন নান্থোকপ ঙম্গনি?
কবিগুমব হিবম খব ঙাকন চৎপ ঙমলবদি, হাইবদি কাম্ম,
ক্রোধ, লোভ মখোই অসিনি।
মসিগি নুংঙাইব অসিবু অতমা অবাম্ কৌৰি।
ঐগি মি সিন কাইনবদ কবিগি ৱাবিবনো?
মসিসু দিহেগি ইখৌলাংব মাগি মনুংচললি।
অদুবু মযেক সেংন হাইগে,
ঐগি অৱৎপ মেনখৎপিনব লৈববোই হাইদুন,
পুন্সি লমবিদ অকিব পোকতুন মৈসা লাংলিবনি।
মি অমসুং জিবন কবিগি সিবিনো?
ইসিংন থললমব পাত্র অসুম সিজিন্নখিবদ লোইখিবগুম্ হকচাং
কৌব ফুবিৎন মসা লোইবকলবদ অনৌব অমা সিনখিব,
নৎত্রগ থৱাইন ইস্রোব চবন্দ তিনখিব হাইবদি কোবৌগ থাজাগ
সিন্নবমদাই অদুবু সিন্ন কৌৰি।
থৱাই হাইবসিন কমদৌবনো হাইবদু তাকপিযু।
ঐ হাইবসি থৱাইনি, ঐগি খোং খুৎলি মাইনি --,
কনানসু ঐ পুথোকপ ঙমলোই। পুথোকপ ঙমদে হাইদুন লৈতে

হাইবদি য়াবোই।

ইসাদ য়াওজবিব ঐ ফাওব খংজদ্রিব ঐখোইন ইস্রোব লৈতে হাইবগদি সমুদ্রদ থোইদিং হৈথদুন অমুক খুনবগুম্ববনি।

- ফবে অমগসু হংগে, তাইবং কৈথেল কাবকপদ, সেনদোং তানগে খল্লুব সেলেপ্ মাংদুন হললেদো, মসি কবি হাইবিবনো?
- হাইবগে মসিমসু তাবোকো নহাক্ মিওইন পোকপদ ময়ুম মকৈ পানদুন মচা-মসু থম্লম্দ্রব মহাক অদো তাইবং লৈথেল্ কাবকপদ সেলেপ্ মাংব কৌব্রি।
- তাইবং কৈথেল্ অমদি কাবকপ হাইবিবসিবু কবিনো?
- অসি অচংগি চক্র অসিদ অহিংব জিবসিংন, খোংদানবিব সবুক তংখাই অসিবু তাইবং কৈথেল্ কৌব্রি। কৈথেল্ কাবকপ মসিন জিব ওইন মালেমদ পোক্লকলিব মপোক্ অসিবু খংনৈ।

ময়াম্ লাংনবকপ খোনজেল অমদ তাইবং ব্রাংম তবংদগি, চানদনি তাইবং গ্যানদ অমুক্ হানথবকই। মতোম্ত সোনজৈ,

- ইস্ ঐদি ব্রাখল্ অমদ তাওবুবেদন।

অমুক হৌগৎতুন লাংনবিবদু কবিনো য়েংঙি। নুপি অনি সম্ ফোইনব ওইবমলে। নুপি সম্ ফোইনব অসিসু অঙকপ অমনি, ইসিং হৈজিনদ্রিফাওব তোকনবোইদৌবিবনি। কবিগিনো হংনবুবদ, নুপি অনিদুন খুমনবকই,

- মান ঐগি পোৎফমসি মুললিবনি।
- নৎতে মফমসি ঐগিনি মচিন্ থিব।

পাওখুম তাবিব মিযাম পুমঙক্ ঙকলে। কনান চুমমিব হাইবদুসু খংনদ্রে। অচুমবদুদি মসা মসাতন খংনবিগনি। হিংব ঙমনব হোৎনবদ মসান মসাবু মসক খংজদ্রে। অমুকসু নুপি অনিদুন,

- মযাম্ অমুকতং খনথবিযু,

মফমসি মমৌন মনেমগি খুদুং ইনজবনি,
মসি মিওইবগি হৌনসানি।
অমুকসু খনথবিখো, ইমাগি মফমনি,
অপোকপি মচান ওইহৌব মসিবু চৎনবি নৎত্রবব?

অমুক চেনসিন্নদুন খৎনবকই, হনতকতি মিযাম হোৎচিনদুন খামদোকই, অঙকপ মতৌনি। মমৈথংদদি যানদ্রবদ ব্রাযেন বিচাবগি মখুৎত সিন্নখ্রে। মযামসু ঙক্ন অদুম লৈহৌবে। চানদনিগি মফমদদি ব্রাখলগি ইথক-ইপোম নাইহৌখি।

তাইবং মিওইব কনানসু অসিব কৌব মতমসিবু নিংসিংলুদে হিংবৈ হোৎনবিঁঙেদ, তাইবং মযাগি ইপোমদ তাওবিঁঙেদ। অদুবু পুন্সি নুমিৎন তাবকলবদদি মিকুপসিদ নিংসিংলকলে, কবি তৌব মিওইন পোকলবিবনো হাইব, মতম লৈসিল্লকত্রবদ নিংঙমদ তক্সি সোন্জখি। কনানসু মতেং পাংবিবদ্রবদ খংলকলে পুন্সিসে নাইতোম্ চৎপ খোংচৎ অমনি হাইব। কৈথেলসিদ কান্নব য়েংন সিন্পাংলুব মদুগি মহৈন পৈসিল্লুব পোৎয়োমসিংদো ঐগি ওইবমদে, সিবদ কবিসু পুব যাবমদ্রে।

\- লন্ থুম্ পুমব ঐখোইন সংলমব ওইবমলে।
পুমনমক্ মপু মহাককি ওইবমলে।
ও -- ইকাইখ্রেদ, মিগসু অবেমবদ সাওনখি।
পুন্সি নুমিৎন নোংচুপ্ চিংযা হাইথবক্লব,
মতমসিদ নিংঙম্লকখিদ্রেদ থবক কয়াম লৈহৌবগনি।
মতমগি খোংচৎত হ্মাং-উফুল চুবব হকচাং কৌব ফিসে,
সুদোকনিং - সুদোকনিংন ঙমদ্রেদকো --।

অঙানব হাইবদু লোইখ্রে, চান্দনিগি লমবিদ, মাগিত ওইব খোংচৎ অমদ মোমোল নোক্ন মিযামবু বিদাই পিবমদুন চৎখ্রে। মমাগ সিন কাইনববদ মচা নুপা-নুপি অনিমক্ তৌফম্ খংদন কপ্-লাওবকলে, তেংথা নাও-ওইনন মমাবু পুন্সিগি বিদাই পিবকলে। চানদনিসু মিযেংগি ব্রাংমদ মাগি মবি মতাসিংবু বিদাই পিবমখি।

- নখোই কপলগনু, ঐগদি কবি থোকনবিবগে।
  অৱাব থাদোকলো, পোথানবো কপ্লগনু।
তাইবংদদি থৱাই য়াওদ্রব, সিবব হকচাংদুবু মরি মতাসিংন ধব্মগি মিংদ মথৌ মঙম্ পাংথোকলি। মালংদ তিনশ্রুব থৱাইদুন কবি পামলি খললি হাইবদু কনানসু খংনদে।

## সক্মান্নবি

অৱাব ৱাখলন পোথাব ফংদ্রব বিমল্গি মপোকনি। ঙাইহাক্ পোথাব ওইন ললিংকা কৈথেল তাখিব সমুদ্র মপানগি লমবিদুদ হৱা চাব নুমিদাংৱাইবম মখোই অনি থোকমিন্নবকই। ৱাবি সান-সান লাকপদ ঙাইহাক তুমিন লৈনখি। ললিং সমুদ্রগি ঙক্ন ফজবব ইথক-ইপোমদুবু য়েংলুবি। অঙকপ মতৌনি মিযেংদু নাথৈহনখি।
- হে লম্কেংপ, খুৎসি থাদোকউ, কবিগি চিংলিবনো?
নুপিগি অয়াকপ খোনজেল্দুদ ললিং পাখংন য়েংঙি, বিমলদি কৈথেল কুমলকপি মৌ নহা অমা চিংদুন লৈবমমে, ফাদোকপ হোৎনবিঙৈদ নুপিদুন বিমলগি খজাইদ খুবাক্ন থাজিলখি।
- অয়ো --।
বিমল গ্যান লাকপগুম্ তৌখি, নুপিদুন সাওন ঙাংলকই,
- নুপিবু হন্থন য়েংব, ঐখোইসু মিনিনে।
  নং ঐন কবি তৌব ঙমমি হাইবদু যেংউ।
নুপিদুদ ললিংন ৱাবৌবিদনব ৱাবি খব লিখি। তাল্লকতুদ বিমল মখুৎ জুব তৌদুন মহাকপু ঙাকপিনব নুপিদুদ চংজখি।
- নহাকন ঐবু ঙাকপিযু, ঐ য়ামন লানশ্রে,
  নহাকপু লৈখিদ্রব ঐগি হেলেনা ওইববোই নিংলুবে।

কবিসু হাইবমদন নুপিদু তুম্মিন চৎখ্রে। মখোই অনিসু যাম্ নুংঙাইতন য়ুমদ হল্লকলে।

ক্রিস্নালি তুমথব যাদ্রে। ঙসাই সন্ধ্যা মমাংদ থোকখিব থৌদোকতুন মওন্-মওন্ খল্লকই, সকথংদব নুপাদুন খুৎ পাইদুন চিংখিবদো,

- নং ঐবু থাদোকতুন কদাইদ চৎলুবিবনো?

নহাকপু ঙাইবদ মতম কযা হৌখ্রবনি। লাকও চৎলসি য়ুমদ। নুংসিবসি কযাদ ময়াই কল্লিব। নুপাদুগি মবালদি কবিনো, ক্রিস্নালিদি মৌনি। নুপাদুগি খজাইদ খুবাক্ন থাখি, অদুসু চুমদবব। অমক্প লৈত্রব থমোই অনিগি নুংসি মবিদুবু ক্রিস্নালিগি থমোইন কল্লকচখি। মাগি য়ুম্বাল্ মবিদি চেৎত্রবনি। মাগি নুপা অতোপ্প নুপিদ মিযেং চংখ্রবনি। ব্রাখলসিং অসিগি ইবৈদ অহিংসিম তুম্দন অদুমক লোইসিন্খ্রে।

লমবিদ যাম্ন থাজদন ক্রিস্নালি ললিৎকা থেংনবে। ব্রাবি খব সাননিংদুন ললিৎকি মনাকত চংসিললি। ললিৎ মহাকপু উবদ নিংসিংঙি। তবাম-তবাম কৌনৈ। তান্জাদু লৌদুন ক্রিস্নালিন,

- তাদগ থেংনব যাম্ন নুংঙাইবে।

থৌদোক্তুগি মতাংদ অমুকতং ব্রাবি সাননিংলক্প কুইববনি। মখোই অনি লমবিগি মতাইদ লৈব লৈকোল্দুদ ফমমিন্নদুন বিমলগি হৌখ্রব পুন্সিগি ব্রাবিসিং অদু ললিৎন ক্রিস্নালিগি মফমদ লিবক্খি। বিমল্ নিংব কাইন সোল্লমমি।

- কবিগি মুস্লিম্ নিংঙোল্ অমবু নুংসিবুবিব।

ফংলবে ঙসিন চৈনা, ওইবে মিযামগি ব্রাবিনফম্।

বিমল হেলেনা উনব চৎলি। মিন উখিদনব যামন চেক্সিন্ন মখোই অনি উনজবনি, অদুবু লাইবক্ থিবুবন ঙসিদি মুস্লিম্ পাখং মখৈন খংল্লে। হিন্দু পাখংগ কোইনৈ হাইদুন পাখং মযামন বিমলদ খৎনব হৌব্রি মসিগি তানজা লৌদুন বিমলবু থিন ফুবিখি। মদুগি মহৈন বিমল্ ফমুংদ হৌগৎ-কাংখৎপ নুংঙাইতদুন লৈবিবনি। মাগি মবুপ্

প্রেম্ চংলকই। ফমুং মচিদ ফমদুন বিমলদ হাইবকই,

- মসি পুন্সিগি থৌদোক্নি, চেনব যাদব।

সোমদসু পাবুংখোইন ইজং তাবে হাইদুন ৱাবৌৱি।

- প্রেম, নুংসিব মসিবু মিনম্লুব য়াব্রনে।

হন্তকতি প্রেম্ তুমিন্ন অমুক লৈখ্রে। তৌবগিদি মহাক্ ৱাখল তবেং তব খল্লিবনি। অমুক হাইবকই,

- ফবে, অপামবদো তৌবসি নতেং পাংলগে।

সোম্দন কমদৌবি হেলেনা মিযামগি মিচৈ চাবে। মমোইদন নুংসিবগি ৱাখলদ লমুকনবি। মবক থৎন থোকখিব থৌদোকতু নিংসিংলকই।

- অযো ইমা --।

- মহাকপু কনবিযু, মাদি লানদবনি।

- কবি লমকেৎপি হিনদু পাখং অমগ --।

থৌদোকতু মিৎত সংসং উদুন লৈবে। ৱাহৈসিং অদো নাপ্পদ ঙংদুন লৈবে। হেলেনা মিৎলুদ পিবাং সিন্থবকই, অদুগ সোল্লকই।

- মহাকপু কমদৌবমদগে --।

অমুক থৌদোকতুগি মতুংদ অপোকপ মপান চৈ-থাংখিব মযামদু নিংসিংলকই,

- হে অল্লা, কবি মতৌনো সিদি, ঐমক্কি ইচানবু,

ঙসিদি আলিখান মুস্লিম সমাজদ ইজং তাববকো --।

ইপাগি ইবেমা, ইস্ ইকাইখ্রেদকো।

দুনিযা অসিদ কদাইদ চেনদুন লোৎলুগনি।

হেলেনা নিংসিংলুব থৌদোকতুদগি অমুক হন্থবক্ই।

- বাবাগিদমক্ ঐবু মতিক্ চাবিব্রনে।

অঙাং অমা চংলকই, ইঙক্-ঙক্ন অঙাংদু লাক্পগি মবম্ হংঙি, মা পাও অমা পিববনি। অঙাংদু হন্খ্রে। হেলেনা কবি-কবিনো পোৎচৈ খব লোইসিললি। অদুগ অদুম্ক থুন থোবকলে। হেলেনাদ মপান কদাই চৎলিবনো হংলক্ই।

- বাবা, নচা অস্বাই ফাওবদং চৎথোকলুগে।

মচানুপিন থোংগাললোমদ থোকখিবদু যেংহৌবি। অঙাংদুন হাইবমব মফমদুদ বিমলগ মখোই অনি থেংনখি। কুইন-উনবুদ্রবগি মতুংসিদ ঙসি অমুক্ উনব অসিদ মখোই অনি ইকাই-ইকি ৱাংমা লানখ্রে, মিৎলুদ পিবাং ইহৌন চেন্‌সিনদুন চেজেৎ কোনসিননৈ। মবকথৎনা,

- হেলেনা, চৎলসি।

- দাদা, ঐবু পুন্‌সিগি থাদোকপিগনুকো।

মখা তান চৎকদৌবিব মফমদু কদাইদনো হংঙি, পাওখুম ওইন,

- তামিল্‌নাদুদ ললিৎ কৌব ঐগি মবুপ্ অমা লৈ।

মখোইগি হোস্‌তেল কোলোনি কযা লৈ, মদুদ চৎকদবনি। অহিংদুম ভবাগি কা অমদ পল্‌লগ অযুক অঙনবদ মখোই অনি তামিল্‌নাদুগিদমক্ খোংসানখি। ঙসাইদগি লিবকলিব ৱাবিদু অমুক লেপ্‌লগ ললিৎন ক্রিস্‌নালিদ ওন্‌সিনদুন হাইবকই,

- অসুমন মখোই ঐখোইগিদ লৈবকখি।

মতমদু মখোই কোব্‌ৎত মেবিযেজ তৌখ্রে।

পাওসি খংলবদ বিমল্‌গি মমা-মপা লাক্তুন সেল্‌নচিংব কযা পিবম্‌খি।

অমবোমদ হেলেনাগি অহন্-লমন্‌দি লাক্‌খিদে।

অসুমন ৱাবিদু সমজিনদুন মখা অমুক লিবকই, থবক চৎকনি হাইদুন বিমল মাগি নুপিন চান-থকনব লাংলিবদু য়াওসিললি। মবক্ থৎন হেলেনান,

- ঙবাং অহিং মং নুংঙাইবমদে।

ইচাও মাইযোকনবমমি, অদুন থবক চৎপদ চেকসিন্‌বিয়ু।

- মংগি ৱাবু ৱা ওইন তৌবদনা।

ললিৎ অমদি বিমল্ মখোই অনি লনাই কম্পনিগি মকোকতু উন্‌নবুবগ ললিৎকি যুমদ হল্‌লকতুন ঙাইহাক্ দ্রোইরিং বুমদ পোথামিনৈ। কোফি গ্লাস্ অমমম্‌তং থকমিনদুন ৱাবি ৱাতাই তৌৱি। তানজাসিদ ফোন্

লাকই ললিৎ ফোন্ পাইখৎলি,

- কবি সমুদ্রগি অকনব ইথক অমন --।

পাওদুদ বিমল্‌সু খৌবাংন তাবি।

- পুং মাপল মখাই অদুব্রাইদ। কবি !

ঐখোই হোতেল ললিতাসু থুমজিনবদুদ য়াওখ্রব,

ও-মাংলেদন পুমন্‌মক --।

- কবি ললিৎ, ঐগি হেলেনাদি আ --।

সোফাদগি ব্রানথদুন বিমল্ লৈমাইদ তুথখ্রে। লাইকন্‌নবব মতুংদ ভাপ্ তাবকই। অমুক হৌগৎতুন চৎকে তৌব্রি। ললিৎন থেমদুন চৎতনব, ভাপ্ তানব হোৎনবি।

- নৎতে ঐবু ফাগনুনে, ঐগি হেলেনা কমদৌবমগনি?

- মবুপ মফমদুদ মিচম্ কনাসু চংলুব য়াবোই।

সিফাইসিংন অসোক অপন্‌সিংবু মতেং পাংলিবনি।

অসুমন বিমলবু ভাপ্ তানব হোৎনবদ অচৌব থবক অমা ওইখি।

সুনামি থোকখ্রব মতুংদ অসিব হকচাং কযা ফংবগি পাও তাখি। নুমিৎ খবনিগি মতুংদ অসিবসিং মবকত হেলেনাসু যাওবে হাইবকপদগি ললিৎ অমদি বিমল মফমদুদ চৎখি। মফমদু যৌবদ থব্রাই য়াওদ্রব হেলেনাগি ফিবম্ সোকলব হকচাংদু উজব ফংখি।

- হেলেনা কবিনো তৌবিব মতৌসিবো,

ঐ নহাক য়াওদন হিংব ঙমলোইনে হেলেনা --।

কপ্‌তুন মনম্ চেল্‌লব হেলেনাগী হকচাং কোনদুন মৈচাক খাংজখি। মতাংস্রাইদ ঙসাইদগি লিবকখিব ব্রাবিদু লোইসিললি। ব্রাবিসি তাবব মতুংদ ক্রিস্‌নালিন,

- ও, কয়াদ নোংদম্ থিবিবনো, সোনাম্নি নহাক্ য়ামন নুংসি খংদে। যৌদোকসি থোখ্রব মতুংদ বিমলগি মমা মপা লাকতুন মযুমদ অমুক-হন্‌নব কয়াবক হাইবখি। অদুবু বিমলনদি মমা-মপাগি অনিংবদি থুংহনখিদ্রে। অতোপ্‌প নুমিৎ অমদ হেলেনাগি অহন-লমন্‌সিংসু

লাকখি। মতুংসিঁদদি ঐ বিমলগ পুন্ন লৈমিনবকখি।

- দাদা ঙসিদি ঐ যামন নিংঙম্লকত্রে।

- ফবে, পুমনমক্ হৌখ্রেসনু ।

অমুকসু ললিৎন ক্রিস্নালিগ হেলেনাগ সক যাম্ন মান্নবদু পললি। অমদি মহাক্কা থোকখিব নুংঙাইতব থৌদোকতুসু সকফমদুদ থোকখিবনি হাইন সেংদোকনখি। মখোই অনি বিমলগি নাকত লাক্লে মতমদু বিমলদি যামন থৱাই নুংঙাইতন লৈকোলদ ফমদুন লৈবমমি। মখোই অনি বিমলগি মনাকত চংসিলকই। ক্রিস্নালি বিমলবু নুংসিন কৌজে। অমদি মখাতন,

- দাদা, ঐ দাদা যাম্ন লান্খ্রে।

ক্রিন্নালিবু চিংন য়েংদুন বিমল,

- কবিগি ইঁচলন লান্লুগদগে, লান্লিবদি নবুংনিনে।
  হেলেনা কাইনখিবৈ মৈচাকন ঙাওখিদুন নহাক
  উঁবুব মিকুপ্তুদ থোকহননিংদ্রব থৌদোকতু থোকখিবনি।

- দাদা,

ক্রিস্নালি কপ্লকলে, বিমল্সু মাগি কাইনখ্রবি হেলেনবু কৌদুন কপ্লকলে,

- হেলেনা নহাক মতৌসিবু যেংবু ঙমলিব্রা ?
  নহাক য়াওদ্রব ঐগি পুন্সিসে --।
  ঐবু ননাকত লৌবোলাকওনে, নুংসিববি হেলেনা --।

নিংঙমদন কপলিব বিমলবু য়েংদুন ক্রিস্না অমদি ললিৎ মিৎলুদ পিবাং সিনথজৈ। ঙাইহাককি মতুংদ,

- হে -- লে -- না -- ।

বিমল লৈমাইদ তুথখ্রে, ক্রিস্নালিন চেন্সিন্দুন কোনখৎচৈ,

- দাদা -, কবি মতৌনো মাংলেদন,

ফন কৌজখি খুমলকখিদ্রে। মখোই অনি চংদুন লাইকন্নজৈ অদুবু পুম্নমক অবেমবদ তাবে। পুন্সিগি অবোইব হাইবদু ওইখ্রমানে।

অমুক্ হন্‌ন নুংসিবব মিৎয়েংদুন মবুপ মপিজা লৈহৌরি হাইদুন য়েংলকখিদ্রে।

- দাদা, অসুম্‌ন অসুমমক্ লোইসিল্‌লদব ?
- বিমল --, নহাক ঐখোইবু থাদোকতুন চৎলব্রনে। ▣

# খোংফম

বিনদিয়া তৌফম খংদে, মসা পুমব ব্রাখলগি ইবৈসিন খমথেংন লাকসিল্‌লকই। সকফম ওল্‌লে যেংব নুংঙাইত্রে। অদুবু সবান্ মুবতি চুমন ফজবকপি ওইবুবন ঙসিসু ফজবগি মমি তাবি। চহি কুনথ্রা মঙা হেললে। লৈকাই মচে-মনেমসিংন মাগি মবমদ ব্রাবিনবকলে। বিন্‌দিযা খুংগং লমসিদ অদুম ইনাক খুনব ইমুংগি মচানুপিনি। অদুবু ঙসিদি চহি লৈসিললকলে, যুমবান থিন্‌থবে। য়ুম্ পানব হাইবসি সক ফজব ইনাক-খুনব ঙাকতনসু যাদব লাকই মতাংসিব্রাইদনি ইস্বোব নিংসিংলকলিবসি। ঙসিদি বিনদিয়া হৌখ্রব থৌদোক অমাগি মতাংদ মতোম্ ব্রাখল খন্‌থবকই।

- ঙসিন ঐহাক ব্রাখলগি ইবৈদ লমুকনবি।

হে থমোই নহাক ননিংতম্‌মনখি, যৌবন্ অযুকতো।

নিংঙমলকখিদ্রেদ, ঙসিদি মৈবি থোকন চাকলকলে থমোইসে।

হে নুপাওইব নখোইসে মিনুংসি খংমনদে।

নুপিওইবিগি অচেংবতবু সেন্‌নদুনত লৈ।

ব্রাখলসিগ ইবোইনন হৌখ্রব থৌদোক্ অমবু নিংসিংলকলে। পুন্‌সি বসন্‌ত অযুক্‌নি। ইনথমথা চংলকলে। অখন্‌নব ইসৈ নোংমাইগি থৌবম অমা কদম্ কপপ্লেস্‌ত তৌব্রি। বাজেনসু মপাগি মাবুতি অহনবদু

থৌদুন মমান্নব অমগ ঈসৈদু যেংলৈ। অসিগুম্মব থৌবমসি বাজেন মমাংদ কয়াবক য়াওখ্রে। অদুন মফমসি বাজেনগী অনৌব অমা নংতে। কমপ্লেকস্ সংলিব নুপাদু অসিগুম্মব থৌবম খুদিংদ যু যোললি। বাজেনখোইসু খব পাইসিল্লুবে, চানবসু ফবে ঙা অঙৌবনি অদুবু মিযামন খংদব অমন ঙা অতাওবদু কমপ্লেকস নলাদগী ফাবনি, নলাসি মোংপদি কবি হংঙুবনি। মখোই অনি ক্বা অমম্ উমলদুন তিকেং কক্লগ হোল্দ চংলকলে। হোলগী মনিংদ মিযাম ফমনবিবসি গেলবি সিংনি, মমাংদন চৌক্রি, সোফানচিংবসিং থাবিবনি। গেলবিসিংতদি নুপা-নুপি সাইং থাইদে। মখোই অনি গেলবিলোমদ খব নুংঙাইগদব মফম্ য়েংলকই। বাজেনখোই উবদ বিনদিযা অমদি মমান্নবিদু ৱাবি তৌৱি। বাজেন্সি ইতং-তংতন বিনদিযাখোইবোমদ কোইবকখ্রব পাখংনি। সবান মুবতি চুমন সাফব য়েংবদ নুংঙইব নুপিসিংন পামনব নুপা অমসুনি। বিনদিয়াগী ইখং-খংচব মতৌদুদ মমান্নবিদুন,

- নংসিদি ইবেমা,
- কৌসিল্সে, ঙসিদি খব সান্নসে।

খুং খংতুন মমান্নবিদুন কৌসিললি। মতৌদু ফমনবিব মযামদু থওইবুদে মাগি-মাগি থোকপ লৈনখি। নুপিদ লাইবকতব বাজেননি, মখোই কৌবকপদুদ হবাওদুন পবববপ্ চংসিল্লকই লাইবকন তিন্নবিবসু বিন্দিয়াগ বাজেনগ থংনন্ ফমমিনবে। বিনদিযা অবাইবি নংতে, ৱাবি হৌজিল্লি। ঈসৈসু কন্ন সকলি।

- দাদা ঈসৈ মযেকসি ফজদ্র ?
- উম্ যাই, নুংসিবদি থমোইদ লৈবে।

অপামবন মিংমাংদ লেপলবে। ঙনথোকন ফজখ্রে।

অপাম নুংসি হাইবসি থমোইনবু তিন্নবুবব হৌনবুব তৌদ্রে। মিংচিগি তেনদ থমোইনুংদ থুমন হেকত পান্নখি। ৱাহৈগী অপেনবদ খোইদন নোকমিনখি। অমন-অমগি মফমদ অখাকপ থম্নবকতে। অসিবু

কৌমানে যৌবনগি ইথক্। থমোইনুংগি ওইব ব্রাফম্ কয়া মাপ্প চিকন পাওদমনজে। তান্জা অসি যৌবক্লবদি ইসৈগি নুংঙাইব সুব তানথা নাথৈখ্রে। বাজেন্ন য়ামন ময়াই কান,

- বিনদিয়া,
- দাদা,
- নহাকসে ফজবন লমযৌন নিংথিহললে।

বিনদিয়াগি মাইথোংদ চোইন তাবিব অমুব সম্লাংসিংদু মখুৎমকন খোমজিনবিখি। বিনদিয়াদো স্রোব সাংন হোন্দোকলগ,

- দাদা,

থোংলবি লৈনম-লৈহিন পুক্নিং হুববি অমবু পাখং খুৎন সোকলুবদি কবি হাইবুনি ইলেকত্রিকন চিংবগুম্ থোক্খ্রে। বিনদিযাসু মাদু ফাওখিদব নংতো। অসুমন নহা অনিসে লোইনবকপন মমৈদগি দিহেগি ইখৌলাংব অমা যাওবকলে। বিনদিয়াগি মোল্লব খুৎসা অনিবু চেজেৎ পাইসিল্লদুন বাজেন্ন,

- বিনদিযা চিংনব ব্রাখল্ থমনবনুসি।
- দাদা --।

হোই-মাই হাইব পাওখুম্ অমত পিনখিদে। অপাম-নুংসিগি মযাইন মসা পুমব লাকসিনখ্রে। নুমিদাংগি পুং বাবো তাখ্রে। থেংলদুন বিনদিযান থিনবিনব বাজেনদ হাইখি। মখোই অনিবু বাজেনখোইনা থিনবিবকই। অচিকপ অহিংগ ওইবনে, নুংসিনজবসিংদদি মনিং থুংনজখি। অসুম লাকমিন্নবন লৈবক মপা যৌবকলে। মমান্নবিদু মযুমদ চংহৌবে। মমাননবদুসু লৈথদুন তপ্ন ইন্নবকই। তানজাসি লৌদুন বাজেন্ন বিনদিযাবু মথানুংদ চিংসিনজৈ, হৈনিংদন বিনদিয়া,

- দাদা, অদুমন তৌবিগনু ।
- নঙোনদ ঐসে অঙাওব হাইবদু ওইহললে।

অসুমন লাকপন থোংগাল যৌবে। নুপা অমদু লেপহৌব্রি ব্রাজেন্দি অদুমক চংসিনখ্রে। তানজা অমা ফংলে মতাগুম্ বিনদিযাবু কোনদুন

মমাং সংগোইগী মবুমদ পুসিনখ্রে। হন্তকতি বিদিয়া কন্থি থোকন সাওবকলে। উপাই ওইন খুজিন্‌ন খোৎতুন মসাবু ঙাকথোক্চৈ। মতৌদুদ বাজেন্‌ন,

- হিংচবি অদুক তমথিব।
- কবি নংন তৌবিবসিন তমথিদব।

বাজেন সাওসিন্‌নবন কান্‌নবোই খংদুন থেমলকলে। লানখ্রে হাইদুন বিনদিয়াগী মফমদ চংজবকখি, মতৌদুনা ঙাকপিদব ঙমখিদ্রে। ইংখবক্প তানজাসি লৌদুন বাজেন থমোইনুংদ হেন্‌ন থৌনা ফগৎলকই। হনতকতি অসিগুম্বব থবকসিদ কযাবক মাইপাকলকলব বাজেনগী মফমদ বিনদিয়া যৌবনগী মতমগ ওইবনে খুদি থিজিনখ্রে। লৈহি লৈনম্‌ন লুমথববি অদুগী মফমদগী মখুৎমকন লৈহি খুজোক থন্‌ন থকচবে। বাজেন খৌবাংব কোলবদ মচিন তৈথোকচখি। বিনদিয়া থংনব মিকুপত মিৎলুদ পিবাং সিনথবকখি। মতৌদুন বাজেন হৈনিংখিদে। ফিজিন লৈমাইদ চোইন তাবিবিদো হন্‌ন যেংলমদ চেনখ্রে বাজেন, থাজবুদব মতৌদুদ উপাইদি লৈত,

- হে নুপাওইব তমথিদকো,
  কবিনো হৌজিক্ ঐন তৌগদব।

চোইথোকলুবব ফিজিদো স্রোব ফুইন হোনদুন সেমজিনজৈ। অদুগী অপোকপি মমাবু কৌদুন কপচখি।

- ইমা ঙসিদি নচা লোইবেনে।

অসোমদন মমান্‌নবদুদ বাজেন্‌ন লৌ অমা তৌবকই।

- ভাই চৎলো সংগোই মবুমদ লৈহৌববনি,
  কমদৌরি হাইবদু অমুকতং যেংহৌবু।

নহা ওইবনিন ব্রাখল ইখন্-খনথবুদে। মহাক খোংলৈথুন মফমদুদ চংখ্রে। থৌজাল লৈবব অমগুম নুপিদুগী মনাকত লেপ্লুবি। মিকুপতো বিনদিয়া পুকনিং খব চাওথোকখি অদুবু নুপাদুন খৌবাংব অমগ লোইনন তিংথোবকলিব মখুৎতুদ বিনদিয়া খোনজেল যাকন,

- কবি হিংচাব, নখোইবু কবম্ব মতু পানব সানো?
  হাইয়ু নুপি অসিবু করি ওইন উবগে?

নুপাদু পাওখুম পিব ঙমদন তবংদ লেপ্তুন লৈখ্রে। মথা তাবক্ই,

- ঙমলোই খুমব, মি ওইদ্রবনি নখোই।
  অপামবন নসাদু লাকসিনখ্রে।
  চৎখ্রো চৎলু নসকতু যেংনিংদে।

নুপাদু মসান লানখ্রে হাইবদু খংজবকলে, ঙাক্পিনব হাইজবকই,

- চুমমি বিনদিযা, ঐ গ্যান লাক্লে,
  হাইযু, ঐ নংগিদমক কবি নতেং পাংঙুগে।

বিনদিযাগি মিৎলুদ সিন্থবিব পিবাংবু নোংচুপ চিংযা পাংলকলব থাজাগি মঙালদ উজখি। সোল্লবিদুগি মতৌদুদ নুপাদো থমোইদ মিনুংসি পোকলকই।

- হাইযুনে বিনদিযা, নংগি কবি নতেং পাংঙুগে,
- দাদা, নুপিসু মিনি হাইবসিমতদি কাওথোকপিগনু,
- ফবে, নহাক মফমসিদ লৈংদন লৈবমখো,
  ঐ বাজেনবু থিদুন পুবককে।

মমান্নবদু থোকখ্রে। বাজেনবু কোইন থি ফংদ্রবদ কৌদুন যেংঙি। অদুবু মহাকতি চৎখিবমলে। বাজেন্ন তৌবমলিব মতৌদুদ মমান্নবসি ব্রাবৌখ্রে।

- ও নংদি সা ওল্লব,
  ঐবু উসিন্গি ঙাগুম মফমসিদ থনম্লব।

অমুক বিনদিয়াগি নাকত লাকলে। বাজেন লৈবমদবগি পাওদু তমখি। মহাক তৌল্লবি অদুগিদমক্ কবিগুমব খব তৌনিংখি।

- হাইযুনে ইবেমা,
  ঐ নংগিদমক পুনসি অসে কৎথোকপ ঙমগনিনে।
  তৌবগিদি ঐগি অবানব লৈখি।
  অদুবু হৌজিকতি নহাকন গ্যান তাহলজেন্দ্রন,

- দাদা ঐবুসু মিনুংসি খংদবি তাহনবিগনু,
  ফবে, দাদা হনবিখবো মতমসে য়ামন থেংজিনখ্রে।
- বিনদিয়া নহাককি ফিবমসিদ ঐ কবমন ---,
  ফবে, অদুবু নহাককি অপামবগি মাইযোকত ঐ লেপলোই।
- দাদা -- ।

মহাক হনখ্রে, বিনদিয়া নিংঙমদন লৈহৌরি। অসুমন তবংদ লৈবিঙৈদ মমান বিনদিযাবু চাক চাথোকনব কৌবকই, মতমদুদ বিনদিয়া গ্যান লাকই।

- হে নুপাওইব নখোইসে তমথিদকো,
  ঙসিদি ঐগি মপোক অসে মমল্ লৈতন মাংলেদো।

## লৈই অমা

মপুবোইব লৈখিদব নোংম-নোংম হৌখি। অসুম হৌখি খুদিং বিমোলাগি থমোই মচেৎ তাব হেললক্ই। মসিনি ময়ামগ মাগ খেনবিব। মিগিন অসুম-অসুম কাওনথি। ঙসিদি মদোম সোনজৈ,

- ঐ কবি তৌগনি?

তৌফম্ খংদে ব্রাখল কুংবংনৈ। ঙসিদি মাগিনি হাইবদ কনাসু পামবোম তিংবিনব লৈত্রে। লোন্নবি মচেগি মচান মাবু কয়াম্ লুন তৌবিগনি। মচা-মব্রা লৈন-লৈন মুস্লিম্ নুপা অমদ অতোমবি ওইন লৈবকখিবনি। মতমদু মা চহি কুনথ্রাগি মযানি। মপুবোইব অজাৎ খ্নুন মঙোনদগি চহি কুনলোম হনগনি। মা লাকপগ সাখিব ঙসিন ইচিক-চিক্লব কাদুদ ফমন-ফমন ফিলতবদগি ইসিং গ্লাস অমা লৌদুন থকচিল্লি।

- খৌবাংব নংবু ইসিংসিন কোকহনবিবে,

চোকথবব থমোই অসিবুদি হেন্‌ন মৈচাক হাপ্‌লি।
নিংঙমদন থমোইবু নিন্‌দা তৌবকই, মতোমত তক্‌সি সোন্‌জখি।
- হে পুকনিং নহাক মৈবিগুম্ননিং তৌখি।
দিহেগি যাথং ইনখি, ঙসিন বিমোলা ঐসে
ইকাই ফিবুক খুম্‌লেনে।
হৌখ্রব পুনসিগি থৌদোকসিংদু মথং-মথং অমমম্‌ত ওইন নিংসিংলকই। বিমোলা লৈত-লাইববগি চৈথেংন তৌফম খংদ্রদুন মচেগি নাকত হাথু-হাথু চংলকই, মচেন কবি তৌববনো হাইনা হংঙি,
- কবি খুমদৌনো খংদ্রে ঐ।
ইমুংদ চংমিন্‌নবকতুন কবি কমদৌব হাইবদু তান্‌নর্মিনৈ। তান্‌জাদুদ মতৈ ইবুংঙোসু চংলকই, ব্রাফমদুদ মাসু যাওববি।
- সেনথোক যেংদন মবুপ যাওব,
খব কান্‌নগদ্র হাইববু ইমুং কাইব যাওনববনি।
মতৈদু অমুক হৌগৎতুন মপাল্‌লোমদ থোকখ্রে। বিমোলা মচেদ মতৈগি ব্রাদু যানিংদন ওনসিল্‌লি।
- ইচা ইসু হৌবি খব তৌদব যাবিববো।
মচেন মতৈগি ব্রা লৌদন বিমোলাবু পুকনিং থৌগৎপদুদ খংলে মচেসি নুপাবু খব থওইদবিনি হাইবসি। বিমোলা কৈথেলদ মনা-মসিং যোনবদুন য়ুম পুব ওকত্রে। মাগি নুপাসু থবক সুগনি খংদন যু ঙাওদুন লৈথোকলে। মান মথৌদ পুকনিং চংলকতবগি মবম লৈগনি। মবকসিদ মচেন ব্রা অমা হৌদোবকই,
- নং ব্রামনখ্রে, থোকঅ-থোকঅব লাকঅনি,
মুস্‌লিম নুপা অমা লোইনবো, সবকাবগি থবকসু তৌব্রি।
পাওখুম পিবকখিদে, ব্রাখল খনবগুম তৌবি, অমুকসু মচেন মখা তাবকই,
- নংত্রেবদি নং মিওইব ঙম্‌লবোই।
হনতকতি বিমোলা চাং য়েংনিংলকপগুম্ন তৌবকখি। মাগি নুপাদি মি

পিকই, নুপিন পামঁব সক্ নৎতে। থৌনা য়াওদবগুমন লৌরি।
- ফবে ইচে চামঙা পিযু ঐ থেংশ্রে।
উপুদগি লৌথোকতুন পি। বিমোলাবু থোংগাল্ ফাওব থিনদোকখি, বিদাই ব্রাহৈন নুপাদু থবক তৌরি হাইদুন্ হনজিন-হনজিন্ হাইখি।

বিমোলান মযুমদ হল্লকপদু ফন যামন থেংলব অয়ুকনি। মপুবোইব থবক চৎশ্রগ যু ঙাওদুন হল্লকলম্লে। মতৌদু বিমোলা য়ামন সওনিংঙি চংসিল্লগ,
- এ ! নংবু থবক চৎখিবদাইনে।
খুমলকতে, মচিন্দ কবিনো পংঙাংদ ঙাংঙি, মবকতসু বিমোলাবু চিংনব ব্রাহৈ অদুক য়াওসিল্লকই। ঙাংবদু লেপ্লগ বিমোলাদ,
- ঐদি চাদ্রবসু যাই, অঙাংসিংগি ব্রানি।
- মখোইসু খব থেংনব তাবেদন,
বিমোলা সাওনিংলবসু তোবেন কুমখ্রে। খাব মওন-মওন খলহৌরি,
- ঐবু মিফৎত তাহনব, নংদি অফব নুপিবনে।
থমোইনুংদ মখল-মখল কযা খল্লকই, ফংলকপ সেল খবদু পংচা চাথোকপ, লোইসিন্ খোমজিনবদি হৈত্রগ সেল থোকতে, মব্রা-মপুবোইববু মিওইন উদব, কবিগি মাগি নুপান য়ুদ ঙাওবিব, থবক সুনিংলকত্রিব হাইবদি খংদব ঙাংলি সকলি, হনতকতি খোনজেল থোবকলে,
- খংদ্রেদ ঐদি অঙাওবত অসুমমক তাগদৌবিবব,

মচেন সিন্‌বিদুন বিমোলা মুস্লিম নুপাদুগ লোইনবকপ ফন কুইবক্লে। মসিতন মপুবোইব খাববু নোংম-নোংমগি অসুম থওইবকতব হেনগৎলকলে। সেলসু কোমন ফংলবনিন মসা খবসু নানজবে। হান্নগুম কৈথেলসু অদুম চৎলি। অদুবু হান্নগ মান্নদব অমন ঙন্ন চৎখিব থেংন কুমলকপ অসিনি। য়ুম পান্নবব কনাগুমব-কনাগুমবিন অবোনব মবি লৈনব হাইবসি মসাগি কান্নব অমমম্ লৌনব ঙাক্তনি।

নুমিদাংৱাই অজাৎ বিমোলা মচেগি য়ুমগি থোংগালদগি ইসৈ ঙংলদুন সোবোকলোম্দ থোবকই। মান থোকখ্রবদ মচে, বিমোলগি মনাকত চংলকই, ইচাই চাইথোকলিব ফিসিংদু বিমোলা লোইসিনজে, অদুগ মচেদ ওন্সিললি।

- ইচে মসিবু ---?
- কবিগি অদুমন হৈনব তমমু, পুনসিনি মসে।
- কযাম কুইন লোৎতুন থমব যাগদৌবিবনো?
- মতাং মতংগি থেংনব তাবনি, নংগি মযা যাওদ্রব নপুবোইবদুগিবু,
  তানজান যাদ্রবদি হুনদোকলমব তাবনি,
- কবিগুমবদ ইসাবু ইসান চিংনব পোকলক্ই।
- লাইথোকপ তমমু, হিংব ঙমনব।

থাজবুদব মতৌনি, নুমিদাং মিকপ্ থোবকপদ খাবন ফমুংদ হিপ্ন-হিপন খৌদেমলগ বিমোলা তাবসনু মতাগুম ৱা ঙাংলকই,

- ঐদি পামদে লমচৎলুদবি অমবু সেন্নব।
  য়ু-খকতনি ঐন সেংন ঙাওজবিব।

কস্নি খুমলকতে, মদু তসেংন তাদবনবু ওইবিবব খংদে। সোম্দ বিমোলাদি কবি-কবিনো য়ামন মওন-মওন খন্খি।

নোংমদি বিমোলাগি লুজদব লমচৎসিন অসুম্ লেপ্তবদগি মখোই অনি খৎনখি। মচা অনিদু পুদুন বিমোলা মপামদ হন্খ্রে। তবানিমুক লৈবগ বিমোলাদু ৱা লোইসিন্নগনি হাইদুন অমুক লাক্ই। লৈকাইগি মিযামসু লোইনবকখি। প্রধানসু কৌবুদুন যাওববে মদুবু মযাম চংদুন পুন্সিন্নব হোৎনবদ ঙমদ্রে। বিমোলাদি খাইনবদ চপ্ লেপখ্রে। মতৌদুদ খাবন,

- বিমোলা, ঐ নংবু খাইনব ঙমলোইনে,
  ঙাইহাক খৎন-চৈনব হাইসিদি অদুম যাওবনি।
  অদুবু নহাকন ঙমলবোই হাইবগদি ঐনা কবি হাইনি।

তিল্লিব মিয়াম খাবগি চমলব মতৌদুদ লোন্ন গমোইনুংদ অৱাবদু

সবুক য়াখি। যান্‌মনদ্রবদ প্রধানন খাইন চে ইখি।

অতোমবি ওইন মুস্‌লিম অহনদুদ বিমোলা চেনখ্রে। পাওসিদ অতাবসিংগি থমোইদ অক্ষ-ক্ষৎত নৈনহনখি। সোমদসু নুপি অহন অমদি মচাসিং ঙমন থমোই কাইখি। বিমোলাসু খললু-খললুবগা নিংঙমদ কপচখি, মতৌদুদ অজাৎন,

- কপ্‌লগনু, মসিবু ঐখোইন তমলুব ঙমব্রা?

পাওখুম পিবকতে। থমোইনুংদ কবিনোম খন্‌দুন লৈখি, অজাৎসু বিমোলাবু অদুম মনিং তৌহললি,

- অহনদুদি ইকাইবিনিদ, অতোমবিদুদি অঙাংনি --।
  খাইনবে হাইবগি ব্রানি, মহাক মপান থোকপ ঙমলিবোই।
  মিগি ব্রাহংদ কবিবু খুমলিগনি মহাক্‌ন।

- কৈদৌববগে নহাকপো, কবিগি অদুক ব্রারিবনো?

নুমিৎ অসি অব্রাবগি মপৈনি। সোমদসু খাব ব্রাখলন ঙাওহনখি, ইকাইবন সিদে হাইবখক্‌ ঙাইববনি। য়ু ফুলদ থকচিনদুন চৎপ ফাওব ঙমদ্রে। খোংবানদ তাসিনদুন, লমবি চৎপ মিন লৌখৎতুন ময়ুমদ থিনজিন্‌বিবকখি। মযামন হন্‌নখ্রবদ মতোম্‌ত খনজৈ,

- বিমোলা নহাক থমোই কনমল্‌লি,
  থমোইসিনদি নহাকপু তসেংন নুংসিবি,
  অদুবু নংদি ইকাইব পিবমদুন চৎলবকো,
  অঙাং অনিসিবু নং ঐগি ইচা নৎত্রো বিমোলা --।

- মোইমপা --- ।

খোনজেন থোকন খুমতোকলুই বিমোলা, মিকুপ অসিদ মহাক ব্রাখল অমা তৌবুবে হাইবসি খংলকই, থমোই সোকন ঙাংথোকই,

- ও পেনখিদ্রেদ, ঐ য়াম্‌ পংখি।
  ঙসিত খংলকলে, পুমনমক লোইববকানসিদ,

মিৎলুদ পিবাং লেপ্‌তন সিনথবি, তানজাসিদ লোন্‌নবি মচেগি মচানুপা চংলকতুন থেম্‌জিনবিবৈ মমাতোনবু।

- ইমাতোন, কবিগী অদুক হ্রাবনো?

বিয়োল্লা হ্রাইদুদ পুকনিং নুংসিদুন খোনজেল থোকল্ল কপ্চখি মচেগি মচাগি থমোইদসু মহাকপু নুংসিবগী মফম কল্লবকো, মিওইব হাইবসি মখল য়ামমি। মতৌদুদ মচা নুপাদুন,

- ইমাতোন, পুমনমক্ আলাগি থৌসিলনি,
  মাগি থৌদাদ ঐখোই মতুং ইনব তাবনি
  ইমাতোনগি ঐখোই ময়াম লৈবিবসিদি।

নিংঙমদবগি মৈবিন থমোইবু মৈখি থোকন চাক্লি, মচানুপি লুহোংবগি পাও তাবদ, চিংখ্রব লৈইসিগি হ্রাংমদ। নোংম-নোংমগি হৌখিদুন লুহোংব নুমিৎতু মমাংদ লেপ্লবে। বিমোলা লুহোংফমদ চৎলুব হাইবসিমদি ওইথোকতবনি। অসুম খনব য়াব খল্লুবব মতুংদ মসক্ত উহৌববসু খন্দুন মচানুপা জাফবগ খাবগি খুংগং লমদ লাক্খি। লুহোংব থিল্লক্কদব লমবিদ ঙাইদুন লৈবে। মতম হৌখিদুন নুপি থিল্লকপ মতমদু যৌসিল্লকলে, অদুগ খোইবাংন লমবিদুদ বিমোলা চেপ্থ-চেপ্থ য়েংজবি। গাবি মযাম্ পবেং-পবেং থৌবকলে। হানদকতি কৈন্যা পুব গাবিদু যৌবকলে থমোইদ মিহুন্ চোংবগি মখোল থোবকই, মচাবু চিংন যেংজবগ মিৎলুদ পিবাং সিন্থজখি,

- ইমাগি ইবেমা, নং নকোক্ ফাওব চিক্কনুকো,
  নমাদি লৈইসিগি হ্রাংমদ অদুমক লেপহৌবগে।
  ইখুৎসিন ইচাগি কোক সোকন মংগোল পিজনিংবনি,
  অদুবু মপোকসিনদি ওইববোই।

# নুংসি মুব্তি

নিংথিন সেমলব লৈকোলগি পুখ্রি মপানদ হৌব অচৌব হৈনৌ পামবি মখোংদ খিল্লিব নুংগি মুবতি অদুবু অয়ুককি মেংলব নুংসা মঙানদ নুংসিন যেংজৈ। তানজাসিদ সেবাবিন চা পুসিল্লকই। মধৌবু কৌদুন চাদু পি। অদুবু হন্‌ন ফাওব যেংলকতে অনিবকসুব ওইন কন্‌ন কৌরি খংবগুম,

- হা, ফবে ফবে, চাব?

মসুনুপাগ পুন্‌ন চা থকমিন্‌নবে, লৈকোলসি যাম ফজখ্রে। পুমনমক্ মফমসিগি মগুন্‌নি। লৈপাল্ সুবে, উবি উপাল, ইসিং লৈ, সুন লৈসাং তমলিবনি। মসিগি মথকত মফমসিদ লেপলিব মুব্তি অসি চহি কুনথ্রা মঙামুককি ওইগনি খললি। মসিমকতনসু মফমসিদ অথুপ্প রাবি অমা লৈবিগদ্র হাইন চিংনব পোকই, মবকসিদ,

- ইধৌগি নবাসিং ।

মধৌগি যাথং ঙাইজৈ, মধৌবু চিংন য়েংলুবদ অরাবগি পোৎলুম অমা পুবগুম উবুই,

- তাকপিয়ু ইধৌ।

পুন্‌সি নুমিৎন তাবকলবসিদ মধৌগি পুক্‌নিংদ খোইবাংজব পোকই, খুদিংমকসি মসুনুপাদ তমজৈ। লোইন্‌ন মহাক্‌ন থুপ্‌খ্রব মতুংদ মাগি নুংসিবব মুবতি অসিবু মপু পানদবগুম লৈহৌবগদব চিনব উৎলি।

- ইধৌ নসু লৈজবিবসিদি --।

মথরাই নুংঙাইজবদুন থরাইমক ওইখ্রব মুব্তিদু মসুনুপাগি মখুৎত সিন্‌নখি।

- নবোক্‌মকনি খনগদবনি।

রাসকতুন মসুনুপান মধৌগি পুকনিং পেলহনখি। মসুগি রাখল্ খংলবদ কযাগি মতিক নুংঙাইজখিব। মসুনসু মুব্তি অসিগি অথুপ্প রাবিদু মধৌদ লিবিয়ু। হাইবকলে। রাবিসিং অদু মথং মনাও নাইন মসুগি

মফমদ লিবকলে। এম্বেসেতব কাবদু কন্ন থৌবকই। কৈথেল্ যৌবকপদ খংহৌদে নুপি অমখক পাখৎন চেনসিল্লকখি। খুদক অদুমকতদ নুপিদু সৈত্যবানগি গাবিন সোকখি। মিয়াম্ন লাওনবকখি।

- গাবিন মি তকলে, মিসোকলে--।

সাওবব মিয়ামবু থেমদুন অসোকপদু সৈত্যবান মসামকন লাইযেংসংদ পুদুন লাইকন্নখি। অসোকপদুন গ্যান্ তাবক্লবদ কবি কবি কমদৌব হাইবদু হাংখি। নুপি অদু মনেগ মাম্মগন যোক্পনি মদুমক্তন মসান যাদন ভৈগ্য কৌব খিকাদাব অমদ সেল লৌদুন পিথোকখি। মচা লৈবব নুপাদুদগি নানথোকনব নুপি অদু কোইচেন চেনদুন লোংখি। অদুবু লাইবক থিবন ভৈগ্যগ অমুক থেংনবদগি চেল্লকপদ থৌদোক অসি থোকখিবনি। মঙোনদ মিনুংসি উৎপিদুন থেমজিনবি। কনাগিসু মিনুংসি ফংলকখিদ্রবি সুনিত হবাও-নুংঙাইবৈ পিবাং সিন্থবকখি। সৈত্যবান্ন পিবাংদু নুংসিন তৈথোকপিখি। সুনিত খোনজেল থোক্ন কপ্চখি, মতৌদুদ সৈত্যবান্ন,

- ইবেমা কপ্লগনু, ঐন নহাককি নতেং পাংগনি।
- ওজা, নহাকসে মিৎন উব ইস্রোবনে।

সুনিতাবু সৈত্যবান্ন মাগি যুমদ লৈবসি হাইখি। সৈত্যবান্ অহল-লমন্ন থমবিবমব যুমজাওদুদ মতোমত লৈবনি। লোইনন মাগি মখুবা অমদি ইমুং-মনুংন ইংখোলসিদ য়ুম তোঙান্ন সাদুন লৈ। ব্রাহৈসিদ সুনিত হোইসু-মাইসু খুমলকতে। মতৌদুদ

- ইবেমা, পুকচেল সেংঙু চিংনব থাদোকউ।
- ওজা --।

সুনিতাসু যানিংলকলমনে মখোই অনি পুন্ন লাকমিন্নবে। মতম খব অহন-লমন্ন থমবিবমব লন্সিংদু চাদুন, নিংথিবব য়ুমজাওদুদ মখোই অনি সান্তি ওইন হিংমিন্নখি। মতৌসিদনি মিযাম্ন মখোই অনিবু চিংনবিব।

নোংম ইথা থাজদন মনদোমচান সৈত্যবানগি কাদ চংলক্ই। মতমদু সুনিদি কৈথেলদগি মনা-মসিং লৈব চৎখি। সুনিতান য়ুমসিদ লৈবসি ইমুং-মনুংন পামদে। অমুকসু মহাকন ইমুংসিগি মৌ ওইব হাইবসি সাগৈসিগি মাইখুবনি হাইদুন লৈত্যবনদ মনদোমচান খংহললি। সৈত্য বান তুমিন্ন লৈবদুদ,

- ইবুংঙো, নঙোনদ সাগৈসিন আসা কযা তৌবি।

পংলিব অঙাং অমগুমনদি তৌহন্নিংদে।

ব্রাহৈসিং অসিগি নুংগি ওইব অব্থাদু খংঙি, অদুবু সৈত্যবান মনদোমচাগি মফমদ হংগৎন ব্রাহৈ অমা ফাওব খুমজব ঙম্খিদে। মনদোমচান অমুকসু মখা তাবকই,

- সমাজসে নথনতগি নৎতেনে ইবুংঙো,

হন্দকসু খুমলকতে। মান খুমদ্রিবগি মবমসু মনদোমচান খংঙি। সৈত্য বান মনদোমচাগি ব্রাদু যানিংদে, অদুবু লমসিদ ব্রাখল খললি। মতৌদুদ মনদোমচা সাওদুন খু-খু কামলগ মপাললোমদ থোকখ্রে। খব চৎলগ অমুক লেপ্তুন,

- পুক্নিংগি অপামবন নোবোকত চিংথহনগনু।

সকতি লৈবব ব্রাহৈদুন সৈত্যবানগি কোক্থকত সনজিং ওইখি। মৈবিদি থোকতন থমোইনুংদ মৈসা লাংখি। মদোম সোনদোকখি,

- মসিবু হৌনসাবনে, সুনিতাসু মি নৎত্রনে।

তানজাসিদ সুনিতা কৈথেলদগি কুমলকই। ব্রাহৈদু সুনি তাখিব মানলি। অদুন চিংনব খবদি পোকই সুনিগি থমোইদ। পোৎসিংদু থনম্লগ সৈত্যবানগি নাকত চংলক্ই।

- ওজা --।

অহানব কৌবদ খুলকতে। অহুমলকসুবদ মাই থাংগৎলকই,

- হা,

উংদুন লৈবমবদি মবম হংঙি, হেকত লাইন খুমলকতে।

- ঐখোইগি হিংমিনবিব মবিসে মিন চিংনবে।

- হা !

সুনিতা ব্রাবগি পংথৈ অমুক লৈখিদ্রে। মফমসি থাদোকতুন চৎখ্রে। নোংসু ইমং মংলম্দন অখাক অবাও অমগ লোইন্‌ন চুথবকখিব সাফু কল্‌লব নোংজু অসিন সুনিতাগি থমোইবু য়ৌন সোকহলখি। অহিং তুমব যাদে। থোংনাও হাংদোক্‌তুন লৈচিল নোংফাইবকত ব্রান থোকচবিব থাজাদুগ সুনিতা মখোই অনি ব্রাবি সান্‌নবি।

- হে থাজা হাইযুনে নংসু ইফমদ,
  কবিনো ঐন হৌজিক্ তৌগদৌবসি।

থোংনাওদ চংলকপ থবালন সুনিতাগি খজাইদ সিনথবিব মিৎকি পিবু চেপ্‌থ-চেপ্‌থ যেংলি। অদুবু মাগি অব্রাবদ মতেংদি পাংবিদে। খোনজোল থোকন কপ্‌লদুন,

- ঙসি ঐগি পুন্‌সি খোংচৎসে,
  থাসিগি অহিংদ নোংলৈ নুংসিৎ অমুক মাইয়োক্‌নবে।
- সুনিতা নংবু অহিং খুদিং কপ্‌লববনে।
- হা কনানো !

সুনিতা খংদুন পাখৎন লাওবকই। অদুবু ওজাগি খোনজেল ওইবমবদুদ খব হন্‌থখি। তুমিন অমুক লৈখ্রে। ইমুংদগি মপালদ থোবকতুন নিংঙোল কাগি থোংনাও মপাদ লেপ্‌লবিব সৈত্যবানবুদি ঙকন য়েংলি। সুনিতাগি মতৌদুদ সৈত্যবন,

- মসি পুমব পুন্‌সিনি চেনব য়াবরোইদব।
  অমবোমদ নহাকপু ঐন নুংসিনে।

সুনিতা মসা পুমব নিকই। হুমাংন মসা চোৎখ্রে, নতোন নাকচি ইসিং মবিক মবিক কাবি, থাবলগি মঙালসিদ মতৌ অমদি ওইবি,

- ওজা, হিংবসি পাম্‌সিল্‌লকত্রে।

মিৎলুদ পিবাংসু সিন্‌থবি, সৈত্যবান মখুৎমকন পিদু তৈথোকনিংবনি, অদুবু থোংনাওগি মসা মবেংসিংদুন অবেমব তাহনখি। মিৎলুদ পিন মযেক সেংহনদ্রব ওজাগি মাইথোংদুবু অমুকতং ফজ্‌লপন য়েংলমলগ

থোংনাওদু মখোন থোকন লোনসিনখ্রে।

সুনিতা অয়ুক্ ঙন্ন হৌগৎতুন ইবুজথোকলগ সুব্জপুজা লাংনব পুখ্রি মপানগি লৈকোল্দুদগি থমোইন খোইদব লৈবাং খব হৈকচবি। তানজাদুদ মনদোমচান মাগি তুংদ লৈপ্লমব উবদ সুনিতা চিংনব পোক্ই।

- ইনদোমচা,
- নংদি অনৌবিবু মাললেনে, মবমন ওকলিব।

অনৌবি হাইব ব্রাহৈসিন সুনিতাগি কোকত সাফু কন্ন যৈখি। হান্নসু হিবমসিদ ব্রাখল চিংসিল্লুবগ ওইবনে, সুনিতা গ্যান মাংলব্র কৈনো মহাক মমিৎ উইসিনখ্রে। থংনব মিকুপ্ত লৈমাইদ তুসিনখ্রে।

- আ --।

লাইবকন থিবিবসু পুখ্রি মপান খাগৎলিব নুংজাওগি মচেকতুদ যৈসিল্লুবে। অঙাংব ই তাবকলে। ইদু উবুবদ মনদোমচাদু পাখৎখিবন লোইখ্রে। লৈকাই মযামদ লাওবকলে। তানজাদুদ সৈত্যবানসু ব্রাকিং চৎলুবদগি হল্লকই। মদোমচান লাওবদুদ কন্ন চেনসিনল্কই। পাখৎন সুনিতাবু লাইকনৈ। অদুবু কান্নবদি ইফং-ফংখিদ্রে, সুনিন ব্রান,

- ওজা --, ঐ য়াববোই, চৎ--ল-- গে।

মপুং ফাবাৎতব ব্রাহে খবসিগ সুনিতা অবোইব ওইন পুন্সিগি মিৎ উইসিনখি। থমোই সোকন সৈত্যবানন,

- সুনি-, নহাক চৎলবকো,

নহাক ব্রাববোই তাইবংগি মিনোক মৈসাসি খাংবদ সুনি -। অকনব খোনজেল্ অমদ লাওবকখি। মিকুপ অদুদ মনাক্ত ব্রাবি তাবিব মসুনুপান খংদুন মধৌবু যেংজৈ। মিকুপতুদা মধৌদো লৈমাইদ তপ্ন-তপ্ন অদুমক্ তুমথখ্রে।

- ইধৌ, নং নসুবু থাদোকতুন চৎলব্রনে।

## নুংসিব

সবান্ ব্রাৎতন সক্ ফজব হাইবগদি খুংগং কযান নোংঙিলবু সক্ খংঙি। অদুবু মমা লুখ্রবিন যোকপন মযাম্বতংদি মেত্রিক লান্থ্রে। মখোই ইমুংসি লাইবৈ। যুমফম্সি খকতনি মখোইগি লৈবিব হাইববু। অদুগ লৈবক পুন্বদ লৈবি থাজা ইনাক কৈবাক খুনব থানিলগি নাইতোম্ পোকপিনি। অদুবু মাগিদি ইস্বোবন ফজব সক্ফম থুংবিবমদ্রে। মহাকন নোংঙিলবু থমোইনুংদ ইস্বোবগুমন লাৎচবি। অদুবু মবুং মৌপ্পাগুমন মখোই অদুম লোইনৈ। মবৌ খব লৈবিব হাইববু থাজাগি থমোইদুনি। থবক্ ইংখাংগি মতমদ মখোই অমন অমগি মতেং অদুম পাংনৈ। অদুন মিযাম্নসু ইচম্ চমন উই।

থাজা মখোই মমাং পুখ্রিদ ইন্ চিংঙি, মমানসু মতেং পাংঙি। মখল মখা কযাগি ঙা যোকলিব অচৌব পুখ্রিনি। অদুবু ঙসিদি কবিনো ঙা অমত লকত্রে। তানজাসিদ নোংঙিল লাকই, মা উবদ থাজান মমাদ,

- ইমা, নোংঙিলদ ঙা তাল্সিল্হনসি।

ব্রাফমদু মমাসু যানিংঙি। অদুন নোংঙিলদ হাইবমলগ ইমুংদগি ফি লৌথোকপ চংখি। নোংঙিলসু অদুম যাখি। মবকসিদ থাজান ওনসিল্লকই,

- ঙবাংদি অব্রাং খুন্দৈ লৈসাবি অমা লাকঅম্মি।
  নংগি মবমদসু য়ামন হংঙমমি।
- মসক কমদৌরি, অদুম যাদ্রো ?

ব্রাহৈদু থাজাগি থমোইদ পাললি। মমা থোবকতুন অমুক মখা তাখিদ্রে। নোংঙিল ফি হোংঙি। খুদৈ-মচাদু নিংগ্রি তাখৎতুনা সেৎচিললি অদুগ ইসিংদ অদুম কুমথখ্রে। মতৌদু থাজান কিবুপ কিবুপ লোন্ন যেংজবি।

লোইনবদ কান্নব ফংগনি হাইবসিনি। নোংম-নোংম হৌখিদুন মখোই অনিগি অবোনব মবিদু থাজাগি অপোকপি মমান খবগি মখৈ খংব ঙমলে। হান্নগুম্ লোইনবমবদু মমান ঙাংবদগি তোকখ্রে। মসিন মবম ওইদুন থমোই অনিবুদি খমথেংন ওৎপিবে। অমুকসু নুমিদাং লোন্ন উন্নব হাইবসু চেকন নিংথিন চেকপল খাজিন্খিবন অবেমব ওইবে। অসুম ওইদুনসু ইমুং অনিগি অহল্-লমন্গি মবিদদি থোইন অকাইব লৈতবি।

তুমব যাদ্রদুন থাজা মাংগোল থোকতুন দাবিদ মখোং যান্থদুন ফমমি। থাবলন ফিঙৌ ফৌবদুদ মহৌসা লাইবেমবিসু হবাওন মোমোল্ মিনোক তমজবি। মতৌদুন থাজাগি থমোইবুদি হেন্নদুম থুগাইবিবি। থেংজিল্লকলবদ মমান থাজাবু কৌসিল্লকই। ইমুংদ চংখ্রে। ফমুংদ কাখৎতুন তুমথব থেমমি অদুবু মযাব লৈতে। নুংসিবগি মযাই কল্লিদকো, পাল্লগ খংঙি হাইবদুনি। হৌখ্রব থৌদোক অমখক থাজা নিংসিংলকই, নোংঙিল্ তোইন যু ঙাওদুন হল্জিল্লকপদু থাজা খংঙি। নোংঙিলগি মতৈমদসু থাজান ইতৎ-তৎতন হংঙি। পাওখুম অদুন থাজা পেনখিদে। অদুন ঙসিদি যুমগি মি খংহন্দন নোংঙিল্গি মনাকত চৎলি। মতমদু নোংঙিল ফমুংদ লোংন তাদুন লৈবমমি। মনাকত চংসিনদুন মসা নোমদুন হৌদোকই,

- কবিগি নহাক মফমসিদ লাকলিবনো?

নোংঙিলগি পেনজদব ব্রাহৈদুদ থাজা মিৎলুদ পিবাং সিনথবকই, পাওখুমদি পিখিদে।

- নং চৎলো, ঐদি লাইব মচানি,
  ঙসিদি লাল্ থোকপ তাবে।
- নোংঙিল --।

হনদকতি থাজাসে ফাজিনব ঙমদ্রমনে ও খোংন কপ্লকলে। মতৌদুদ থাজাবু থেমজিন্বিব ব্রাহৈন,

- থাজা ঐ নুংবু খংঙিনে, নহাক হনখ্রো,

হাইনিংবদি কয়ানি, অদুবু মদুগি খুদোংচব পিবিদ্রবদ থাজাসে থমোই সোকন,

- ঐ চৎলগে নহাক্ন নুংঙাইহৌনব ।

অহিং কযা ব্রাখল্ তবেৎ তবা তান্নবব মতুংদ থাজাগি মমা মপা অনিন সিন্দুন, অচংব সেল্সু মখোইন পুথোকতুন নোংঙিলবু মদ্রাজদ কমপনিগি থবক যাওবুনব লৈকাইগি নুপা অমদ পুখিনব ঙমন সিন্নখি। নুপাদু হান্ন কমপনিদ থবক তৌদুন লৈবনি। অসুম তৌদুন নোংঙিল্ মদ্রাজদ চৎখ্রে। হন্তক তৌবকলিব মতৌসিদ মিযামন ফন অমদি ফৎতন অদুম খন্নখি। মবকসিদ মচানুপিন ব্রাখল নুংঙাইতন নুংসুক-নুংজান্নন লৈবদু উবদ অমুক মিযামদ হেন্ন চিংনব পোক্হললি।

কোংব ওংবি মনেন ইতৎ-তৎতন লাক্লমলগ হন্দক অমুক্ থাজাবু মমৌ ওইজগে হাইদুন মি চংলক্প অদুদদি চিংনবমব অদু খবদি খংনখি। থাজা অব্রাবগি পনখৈ লৈখিদ্রে। নুংসিব সাদুন নোংঙিলবু মিবমদ থাদোকখিব অদুগ থাজাবুন মিঙোনদ থাজখিনব সিনব, মসিন থাজা তৌফম খংদব ব্রাখলগি ইবৈ অমন ব্রাখল্ লাইন ওইহললে। নোই-পেৎলমব মসাদু সবুতন কুপখ্রে। মনে অমদি মমা চংদুন থেমবদসু যাব কৌব লৈত্রবদ, ঙসিদি সাওবব থানিল মচানুপিগি কাদ চংলকই,

- হন্দককি ব্রা অসিন ইপাগিদি অবোইবনি।

মসিদ নংন ময়াদ্রব, নপাবু হাৎপ পাপ্ পুগদবনি।

মচানুপিগি পাওখুম্ ঙাইহাক ঙাই। অদুবু পাওখুমদি ফংখিদে মদুগি মহুৎত মিৎলুগি পিবাংন মহুৎ সিনখি। মতৌদুন অমুকসু মপান মখা তাবকই,

- মচোংপাক্ নাইদব, লৈকাই মবুং-মৌপ্বা মসক খংদব।

মখা সমথবকপ ব্রাহে কযা ঙাংব যাবমখৈ ঙাংলমলগ অমুক থানিল্ মপাল্ থোক্খ্রে। তসেংন লৈকাইনি ফৎতে হাইবগি খুদোংচাব লৌবগ নোংঙিল্বু লৈতে লাইবৈ হাইদুন থাজনিংদদুন সিল্লিব পোবমদু থাজাসু খংঙি। অদুবু মাইপাকপগি আসা মাংসিল্লকলব লানমিগি

থমোইনুংদ মসাগি ফিরেপ অমা লৌখি। উপাই ওইন থাজা মপানথোংদ য়ানিংব উৎলে, ঙসিদি কবিবু অমুক তৌবুখিনি হাইদুন মতৌসি নুপাদু থবদি চিংনব পোকই, অদুবু নুপিগি থমোই হাইবদুনি খনতোকলে। অসুমন অহিংস্মি চবক্-চহিংন্ন হৌখ্রে।

নুংসিব হাইব অসিদ ঙম্দব কবিসু লৈতে। সিব চংব হাইবসি নুংসিব মাগিদমক কবিসু নৎতবগুমনি। অযুক-যাহৌবকপদ অঙকপ পাও অমন খুনসি পুমনিল নিনখি। পাওসিন কনাগুমবগি থমোইনংদ অফ-ফৎত অচুম অবান নৈনহললি। অদুবু চিনদি থোকনখিদে ইনাক খুনব থানিলগি ইমুং ওইখিবন। মিকপ মিবাওখোলতন থানিলগি ইমুং পুমনিল নিনখ্রে। লৈকাই মিনুংসি লৈবসিং পাওসিন থমোই মচেৎ তান কাইহললে। অতৈ কবিগি নৎতে, থাজান মাগি কাদ থৌবি যানদুন সিবমব অসিদনি লৈকাই মযাম চংদুন ধব্মগি মথৌ মঙম পাংনব সিল-লাংঙি। থব্রাই যাওদ্রব হকচাংদু কু-দোলাই তোংদুন থোংগাল ব্রাংম লানখ্রে।

- ইমাগি ইবেমা -- ইমাদি লোইবেদকো,
- ইপাগি ইবেমা--,

  ঙসিত ইপা গ্যান লাকলে।

ও খোংন কপলদুন মমা-মপা অনিমক কু দোলাই মতুং ইনখি।

- ঙসিত ইমা ভাপ্ তাবকলে,

  নুংসিব কবিনো হাইব।

থৌবম যাওব লাকখিব মযামগি মবকত মদোম তুমিন খনজৈ, সিসনু পবানি মসি, মিবু মিন হনথন যেংব। মখোইগ সংগ ওইদুন ইবুংঙো নোংঙিলদু সেমবিব যাইন। ঙসিদি কবি থোকলে, মিচা সিসনু খল্লগ, ইচা ওইন সিবেদো। অসুমন কাইন মৈসালক্ত লোইসিনখ্রে।

ঙসিদি নোংঙিল্ মযুমদ অমুক থোবকলে। মতমসি থাজাগি সোবাৎ মতুংদনি। মাবু উবদ মিযাম লোন্ন মিৎলুদ পিবাং তৈথোকনখি।

ময়ামগি নুংসুক নুংজান্নবদো মযুম য়ৌবকপদদি ভাপ্ তাবে। পাওদু থমোই মচেৎ তান কাইহনখি। তৌফম খংলকত্রদুন থাজাগি মংফম তান্ন চেনখ্রে। মংফমদুবু চিংন য়েং থমোই সোক্ন কপ্থোবকখি যৌদৌদু খংলবদ থাজাগি মমা-মপাসু নিংদোল পোমখি। সোমা নোংঙিল খাংব ঙমলকত্রদুন খোনজেল থোকন কপ্ন ঙাংলকলে,

- থাজা -, নহাককি নোংঙিল লাকলে হৌগৎলো।

কবিগি নংন লোন্থোকতবি অমগুম মংফম্ অসিদ যাতাবিব,

হাইযুনে নংবু খুলকলো ----।

---- লোইবে -----

